# তীর্থ যাত্রা

**অহানবা উৎপা**

. ভানস্নাগী যুম ওযুক— . ভানস্না মনু ওইনা লাইবিক থীবি.
তম্পাক হরাই খল্লি. ইবোতোম্বী চঙলকই

ইবোতোম্বী— ইতৈমা । কবি মঙ্গা . থাগদৌবিনে ?

তম্পাক—হরাই থোগে তৌবি ইবঙো ।

ইবো অতৈদি যাওবাইদ্রে ?

তম্পাক আলু ক মেৎ অমগা

ইবো ডা কা যাওবাহৃদ ?

তম্পাক—ডসিদি একাদশীনিনে ইবোতোম্বী ।

ইবো পাজি অযুক চংা হেনগদৌবা নত্রা ?

তম্পাক হেনগনি ।

ইবো— পাজিনা চবা হেনবগীদমক ঐখোযদা ডা পীভদ্রবা । পাজি
চাস্থ চাবাইদৌবত্রবু, ইতৈমা ভাহুম পোংউবা ।

তম্পাক—য়াদেনে ইবুঙো।

ইবো—হেবা? কনা যাদে হায়বিবনো। একাদশী থৃদি গীনি ঙো বন্দ তৌবিব। ঐ ঙাঙনগে, হোবেন নুংদা হবাইগ আল কংমেৎকো।

তোনস্না—হায ত্রাক্। নঙ কশি ণামিসিনা লঙক্তনা নমায কাযগেব? চৎলু লাই-তীন শাল্লিবৈদো গাযবৈদবা।

ইবো—পাজিদ নঙেযে, ঐনা হায়বিবসে।

তোনস্না—যোগী মচা। ঐ ণাগিবসিদি। মচোম্পাক কণা নাই ড্রিবনোসে। হায নুপীমচা ণম্পাক মচু চসি চাক হাপলুপ শুকপীবু পীজকুপ।

ইবো—পাজি চাস্ত চাবোইদৈবত্রবু, ঐখোযমশৈদা চাগদৌনি, কৈদৌযগে? হোবেন নুংদা দো সাণদ০ থাজলা লোইক।

তোনস্না—অহু য়াদেনে। একাদশী চবাহৈনবগী অর্থ নঙ খঙব্রা? ধর্ম্ম-কর্ম্ম মফম-মক অমত্তা খঙদবা শাদন।

ইবো—হন্ত্রবহুনা চাবা তৃমদহুনা পাঙ্গল মাঙথবকপড়, নোম চা হেল্লগা প্লক কামহনবা, পাখাহনবা, অসি নস্তব অথ কবি নৈ? পাজিব চসি শাঙ্গামগ গ্ণফাইগা চাইবাই দা। ব্রাইন্ত চবা হায়দো। মহুদি ঙাদগী হেন্না হাটবা জাৎনি। ঐস্ত্র থব চাগে ঐখোযদি চাশিমৈখ তৃম্মি, যেঙ্গাংস্ত্র অহাওবা চানীই। পাজি০ একাদশীগী মিদ অহাওবা পোৎ চারগা ঐখোয়দা কবিগী ঙা থিংইবনো?

তোনস্না—মসি ঙসি শিনিকো। লাই ঙহাক্ত পুক্লাং চঙনা থুরুম্বসি

তোনম্না—উম হৈরেদা। পরিক্ষাদস্তু হৈববদি ফদৌনি। সুপমচ হীদাক ঙাগ্তক অমত্তা হাল্লকউ।

ইবো—ইতৈমা নঙ লৈত্রা? লুপা ১০ দা পুগেবা।

তম্পাক—ইবংঙো ইতৈমগীদি লৈরে।

ইবো—নোবোক তাগে নখোযসি ওন্তোর। ফৎখিদ্রবা মী ঙাক্তা ওইবে ঐঙোন্দা লুপা ১০ ফাওবা পীনীংদবনিনে।

তম্পাক—(ইমুং চঙনা) ইতৈমগীদি লৈতবনিনে ইবুঙো, লেবগন নঙঙোন্দা পীদ্রনে।

ইবো—খঙনি, খঙনি হাযবা। (চঙখি)

তোনম্না—ওস্তোকপা অঙা নিদ, চালম চাখিদ্রে। উম হুম শিবমদাইদা ওস্তোক্লা শান্তি ফংলোইদৌবিদা।

তোনদোনবী—(মপান্দগী চঙলক্লনা) ইনম্মা ইনম্ম।

তোনম্না—কবিনো হীদাক হানবা চঙখি।

তোনদোনবী—রা অমা হংগে তৌবনি। (চঙখিগে তৌই)

তোনম্না—ঙাইখো। নঙ ইকুজববা নত্রা।

তোনদোনবী—লুবে।

তোনম্না—নফি অশেংবা নত্রা শেংলিবহু?

তোনদোনবী—মানি।

তোনম্না—উম ইপাগী চন্দোন লাইগোৎশি, ইমুংদা অমুক্তা থাংজিল্লমউ।

তোনদোনবী—এংতল্লি ঐ থেঙগ্রে কলেজদা ইমান্নবশিংনা ঙাইনরম্মনি।

তোনম্না—কয়াম কুইদোনোনে শিবো?

তোনদোনবী—ঙস্মবোই ঙস্মরোই, মিনিট অমা কাইথোক্লবা মতম

লেত্রাপাৎনি, মী ইলেক্সনগী ভোট খোম্বা চৎতৌরিবনি।

তোনস্না—কবি ভোট ?

তোনদোনবী—কলেজ ইলেক্সনগী ‘র অমুক কোইনা মতম মাঙহল্লে ঐ কলেজ ইলেক্সন লেপতৌবিযে মোরেল এণ্ড বিলিজনগী সেক্রেতবী খঙলত্রা। ভোট খোম্বগী মতম কাওবা কোম্নত্রবদা অমুক লাইপোৎ লোইশিল্লু হায়যে। কে কান্নবা লাই খুরুমলিবনো।

তানস্না কৃষ্ণ কৃষ্ণ। মাঙলেদনা। কমদোনিসিদি, চুম্না লাইপোৎ লাইশিনবা ঙমদে অহুম মহাযযু, কৈ কাম্ন' লাই খুরুম্মিনো হাযনে। কবি হাযব নঙগী হোজিক সেক্রেতবী হাযবদো ?

তানদোনবী—মোবেল এণ্ড বেলিজন।

তানস্না—ধম্ম মশক খঙদব ঈশ্বববু থওইদবা নঙগী কবম্বা ধর্ম্মগী থবক তৌগদোবিবা ? সবস্বতী পুজাগী তন হোবগী সেক্রেতবীবা ? নঙনবু কদাযদগী ভোট কাগবনো ?

তানদোনবী অহু হাযবদি পাজিগী ধর্ম্মহুদি চুম্মিত্র ?

তোনসনা ঐন কেদোবব।

তানদোনবী—ইলেক্সন লেপলিব ঐবু ভোট কানবা খনগেদি হাযদ্রগা কদাযদগী কারগবনো হায়শিবু নচাদা অস্থুম্না খনগদবনি হাযনা পাজিগী গীতানা হায়ত্রা ?

তোনসনা—বিষ্ণু বিষ্ণু। মসিগী মচিনসিদি মানা গীতাকাস্থু পল্লিনে। নঙনা গীতা খঙবা নতীকলা ? ঐনা হায়বিবসি থুমখো। ঐনা লাই খুরুম্বগী লাইপোৎ লোইশিনবদা মতম

মাঙই খনবা নঙনা কবম্বা ধর্ম্মগী রেলিজনগী সেক্রেতরীনো ওইদৌরিবা? মপাদা হায়নি হায়রোই খঙদবা নঙনা করম্বা মোরেলগী অফবা অচুম্বা ফজবগী থবক তৌদৌরিবা?

তোনদোনবী- পাজিগী রাম্বুগী চপচাবা পাউথুম্মনি। পাজিন পাম্লিবসিবু রা অহায়বা খুদিংগী "ঐজ্জ ঐজ্জ।" হায়দুনা থুরুমউ'সিরা? থানা পাজিনা আমিন ওইরুবগী চাউরুবদু কাউদ্রিব্রা?

তোনস্না – ইযা, মসি লমচৎনাই, নযানদনোসে। ঐনা চাউরুবগী চাউনিংবগী র নাওনে ব্যবহাবগী রানিনে। ঐনা আমিন ওইরিঙৈদা চাউবত্থাদ মতমগীনিনে

তোনদোনবী— ঐনা হায়নিবসিসু মতমগীনি। রা কাযবনা পাজিন হৌরগা ঐ ডান্দা তাইনানিবা কবিগীনো? ঐ থেঙথ্রে। পাজিগা খৎননবা মতম লৈতে। ইনম্মা। ইনম্মা। (চঙখি)

তোনস্না – ওস্তোকপনিদা! ওস্তোকপা ব্যবহাবনিদ। ঐনা জীবিবামদা চহী ৫/৬ তং লৈরুবসিদা অঙাংমখৈ শোয়ববা। থবক তোক্লমদাইদা ইম্ফালদসু লৈজবল্লবদি খবসু ফগাদৌবনিদকো। হে পৈশা। নঙদবু যেংলুবদা ইচাশিং অমত্তা য়েংশিনবা ঙমখিদেদকো ওস্তোকপা হায়বত্তু ওইরে।

ইবো—( থোক্লকুনা ) পাজি! লুপা ১০ হায়বত্তু পীররোইদ্রা?

তোনস্না— করিগী লুপা ১০ নো? লৈতে হায়রমক্তুদা!

ইবো—তোনদোনবীগী ভোট লেপ্পবা পৈশাদি পাজিনা পীদৌরি। ঐনা লুপা ১০ দা হায়বদা পীনিংদ্রিবসি করিগীনো পাজি?

তোনস্না— ইযা, কযাদা মচিন থিখ্রবা। তোনদোনবী ভোট লেপ্পগী পৈশা ঐনা কদায়দগী পীদোবিবা? হৌজিক্কো খৎনদুনা চঙখিবা মানা ঐঙোন্দগী কবয়া পৈশা লৌদোবিবা?

ইবো —লৌনি হাযবনি লপা ৫০ লৌনি হাযবনি, পাজিনা পীদবা ঙমগদ্রা?

তোনস্না —লুপ ৫০! নখোয মখাম চঙদুনা ঐগী শেলসি য়েন-থোকপিবোনে। কযাদা ঙকথ্রবা মচাশিংনোনেসে। লৈতে, লৈতে। মাগী লপ ৫০০ দি হাযকন্নু, মখুবাই থুদক্কনি হায়যু।

ইবো —পাজিনা পীদ্রগা পাজিনা চোপচবা হায়বসি ঙাযদন।

তোনস্না—ঐনা কৈদোনা চাপ্পৌবিব? পৈশা লৈতদুনা মানা ভোট কাদ্রগা ঐনা কবিগী চোপলুগনি? মানব সেক্রেতবী ওইবা মতীকলা?

ইবো—মাদি হৌজিক নমদুনা ভোট কাগদোনি। পাজিনা হয়েং অরাবা ঙাজনি হাযবিরানি।

তোনস্না মানা ভোট কাবগা ঐনা কৈদোনা রাদোবিবা? তানীংদবা রা ঙাঙগন্নু ইবোতোম্বী।

ইবো ঙাইখোনে পাজি। ভোট লেপ্পদা লুপ ১০০০ হেন্না চঙগনি। পাজিনা পৈশা মবি ক্ষাও পীরোই হায়রি। মাদি লুপা ১০০০ হেন্না তিংগদোরি। মতুংগী দায়ী পাজি পুবা ঙমগদরা?

তোনস্না ইবোতোম্বী। চৎলো চৎলো ঐঙোন্দা কান্নদবা রা

ডাঙলগনু । মানা কবম্না লুপা ১০০০ পাথোক্কদৌবিবা ? কবম্না পৈশা মবি পায়দবা মানা লুপা ১০০০ তিংগদৌবিবা ? চাবতা ওইগদৌবনি ।

ইবো—অদুনবু হায়বীরিবসিনি পাজি। নচানুপীসিদা নঙন পৈশা পীদ্রে নম্মাক ওইনীংদুনা লৈবিবা তরুক চসিনা লুপা ২০০/ ২০০ খাযগৎলক্কদৌবিবনি খঙলববা ?

তোনস্না—কবি ? নঙ নমায অদু থুগাইযুবা ? কযাদা মচোমপাক নাইদ্রিবনোনেসে। ইম্মাক তরুক শেবা। নঙ উশিক্তত্রা নঙ ? নঙ মতোয়নবা নঙ ? ( হৌংথলি )

ইবো—ঐদি অশেংবা হায়বনিনা পাজি। ইচনন্থপীগীদমক অফবা নম্মাক খনদুনা থাজনি হাযবদাইনে ? হোংডিক মী তরুক লৈবিবসিন নচানুপীগীদমক লুপা ২০০ তি থ্রবদি মখোযদি হয়েং ভোট কাবগা বাকি শিকি চপমান্নবা লাকখৎলকখিগনি। নঙনা নম্মাক অফবা খনবা ঙমখিগদ্রা ? অদুনবু পাজিনা চোপচনি রাখল তৌজহৌ হায়বিবেদনা ?

তোনস্না—কয়াদ ঙকথ্রবা মচিন্নোনেসে।

ইবো—অদুনা পাজি। মখোয তরুক অদুদি অফবা মী অমত্রা য়াওদে, নচানুপী নিংথিজন থাজ-য়োনজবগী রাদি হায়কনু । অমত্তা ঙায়জবনি চাউনা লুহোংনিকা হায়বদাইনে। হয়েং চিংথে, লাকথেকা হায়রগনে ঐঙোন্দা তাইনবক্কনু, ঐদি হান্না হায়বিহৌরিবসিনি ।

তোনস্না—ঙাইখো। নঙ লৈবগী ঐঙোন্দা অস্তুক কান্নদ্রিবসি

করিগীনো ? নডগা নচননুপীগা কলেজ তম্মিন্নবি । নডনা মাবু ঙাকশেন্দুনা ফত্তবা থৌদোক থোক্তনবা হোৎনফম থোকপা নত্তবা ? নখোয় অসিনা অস্মুক সায়া ফজ্রিবসিবু কবিগীনো ? ইচানুপী অমত্তং য়াওজবা. মমানা লুনা তৌজরমগ্রবা ইচা অসিতং মপুন্সি নুঙাইখিনবা ঐনা শেমগে হায়না খনজবসি নখোয় লৈরিবনি ফগদ্রা হায়বগা কান্নদে-কান্নদে ইবোতোম্বী । নহাকনা তোন্দোনবী শঙগদবনি । মঙোন্দা অশোয়-অঙাম অমত্তা থোকপদা নঙ লোয়ববনি ।

ইবো—ঐবু তোন্দোনবী শংউ হায়ববদি- পাজীনা ঐগী তলব পীবা তাই. থাদা লুনা ১০০ পাজিনা পীবা তাই ।

তোনস্না কদি ? (মুন্ন য়েংদুনা লৈ)

তম্পাক—(থোরক্লুনা) পাজি হীদাক লৈবে । (অত্তম্মক তৃমিন লৈ) কবি তৌরবগে ইবোতোম্বী ।

তোনস্না (হীদাক লৌদুনা) তলব পীথু হায়রে ।

তম্পাক—কবিগী তলব ?

ইবো—তোনদোনবী শেন্নবগী তলব. খঙলব্রা ?

তম্পাক এঃ করিগী তোনদোনবী শেন্নগদৌবিবা ?

ইবো—ইতৈমা, নঙস্থু চোপচনি । নুপী মশেন্নি হায়দুনা নঙস্থু তোনদোনবীগী মীচং যামনা চঙই, মানা কবি তৌরিগে হায়বা খঙদনা নঙ মাবু পঙকন কনখৎচগনু ।

তম্পাক- মা হৌজিক ইমূংদা লৈবি । চাক চাগদৌগী তৌরি । মঙোন্দা হংসিনে—কবিবু তৌনববগে ?

ইবো—হৎউনু। হৎউনু, ঐদি ফুনীলক্কনি। কান্নদে পাজি! তোন-
দোনবীগী রাবীদা ঐগী লুপা ১০ কাউথোকশিন্নবা য়াবোই।
হৌজিক লুপা ১০ পীবো। লুপা ৯০ না কোন্না পীব যানি।
ঐ হৌজিক পৈশা যাম্না দবকাব লেববনি।
তম্পাক—ইবোতোম্বী নঙনা পাজিবু ওন্থোকন রাহল্লেদা ইবুংঙো।
পাজিগী ঙসি ব্রতনি নঙবু জ্ঞান খবা তাউ কৈদৌবগে?
ইবো—ইতৈমা ঐ জ্ঞান যাম্না তাবিবজাৎনি। জ্ঞান তাবদুনা লুপা
১০ পামই হায় বৈবসিনি—নঙনা লৈজবগা নঙনা পীয়ু।
তম্পাক—ঐনা কদাযগী পৈশা দৌবিনো? নখোয তামোন
তলব ফবা খুদিগী পৈশা অমফাও নতৈমদা পীদনে?
তোনস্না—ইবোহল তলব ফবদা নঙোন্দা পৈশা পীদ্রনে তম্পাক?
তম্পাক—পীদে পাজি।
তোনস্না—অদুদি কৈদৌবিব মাদি? মাগী তলবতুদি কৈদৌববা?
ইবো—শেলগী শীজিন্নফম রাৎপ্রা? পাজিব খব খব ঙাওব্রা?
তোনস্না–য়ুমগী খবচ ফসি শেলগী শীজন্নফমনি. নঙনা কবি খঙই?
চাবগা কোযবগা তমক হবে নঙো ইমুগী খবচকী মবমদা কনি
খঙই হা?
ইবো—কবিব হেন্না খঙনি চাউ লৈবগে? চাননবা চং পাজিনা
আমিন ইবিহৈদ লোইবা লো পনী মবি মঙাহুদগী
কাককপা কৌদগী লৈনি। খাননবা শীং তামোগী ওফিসত
রানোম্বা লাকপ মীনা নহান পীবম্ব গাড়ীহুমা লৈবি।
য়েন্দেম কাংশোই, কোবী মশোই ইবোম্বগী খবচ ঐনা পাবগা
কৈদৌদৌবিনো? ঙা অহাউবা, শঙ্গোম, হৈ-বা নুতিগী চায

হায়ববদি খবচ চঙব যাই। পাজিনা খঙলিব হিসাব ঙডু ঐস্মু লোইন খঙই।

তোনস্না— অডু নঙনা পুবিব্রা? যেন্দেম কাংশোই কোবী মশোই ইবোনবডু দৈশ যাওদ্রবদি চাবা যাদে।

ইবো—ঐদি কৈদৌবগী পুনৌবিবনো? ঐদি হৌজিক যুম পুবা মী নত্তে, যুমগী মকোক পাজি লৈবি, মথ তামো লৈবি ঐদি অচাবত ওইগনৌবনি

তোনস্না ঙডুনি ঐনা হাযবিবাস, চাবত ন নঙনা খঙব। কবি তৈবগা মাং ওইগদাগ হাববদি খঙ্গ্রাই। নখিবো হায়ব পুখম অমমম হেন্না চাবা নঙব কনানা থাকপা ঙমদৌবিবা?

ইবো—অডু থাকপা ঙমদ্রে—দৈবু যুমদ লৈবন্ত সিব?

তোনস্না—মকোক অডু মাসা থাওদে. হাপ্ন চঙঙি নীথিনা শংদোক্লগা রাখল খনব ঙমউ।

ইবো পাজিনা হাযবিবসি মাসা থাওদবগী রা নত্তে ঐনা যুমদা লৈবসি চাবা তিংল হাযবগী রানি। অচন অচুম্বা রা ঙাঙনসি। পাজিনা প্যাব্রবন্ত কবিনে? ঐবু চাক চাবন্তু. যুমদা লৈবন্ত সিবা?

তোনস্না—মসি মতাম নিনহে।

ইবো—ঐবুদি মতামনি ন। কবিগীনো পাদিনা ঐনা চাক যাম্না চাবদা যেংশিল্লিবসিবো? কবিগীনো পাজিন ঐগী থিবোদা পন্দুনা ঙাঙলিবসিবো?

তোনস্না—কবিনো নঙনা হাযবিবডুবো? হ নপা হনুবা ঐঙোন্দা ফুগে হাযবিববা?.

তম্পাক—ইবোতোম্বী। ইবো' পাম্বী।

ইবো- ফুবা ফুদবগী রা ন.ও'ন ঐনা হাযবিবসে, ঐগী থিবোং পনগনু হাযমি। কযা কুইবে পাজিনা ঐগী চাবগী মবমদ ঙাঙলিবসে ?

তোনস্না—কবিবু তৌবিব'গ নহাকপু। চাক তিংখঙন চাব, গুন্দ মযাম সঙ্গ তৌবা, মীঙোন্দা খৃগ্রিনা যানবা, নুংনা শুবা, 'সি নল্রা নঙনা তৌবিসে ? খিক্ত ঙাইবে লুট যাওই হাব-বক্কদোবিবা। নঙগী হাক্তক অসিদা ঐ লোইদোবিবনি খঙলব্রা।

ইবা—মবীন ফবা মীনা মী যেনবা ঙম্বনি পাজি। ঐস্ন মবান ফবা মীনি। মীকিথী নত্তে খঙঙ্গ। পাজিখোয তামোখোযগী মণাগী ওইজবত খনব, লোজনাম-পুজনাম হুখাবে খঙলবব ? নাখাযগুম্বা মযাম অসি লোইথোক্লে হায়বগা ঙনৌবা সমাজ তমা শাদোবিবনি খঙলব্রা ?

তোনস্না—বাবব বা। তো ইবুংঙো বিভোলুসন। নঙ মঙাইবেনেহে সমাজ শেম্বা লৈবাক প্লবা হেবসে। মীনাই ওইদোবিনিদি খঙদ্রদন।

ইবে—কনাগী মীনাই ওইদোবিবা ? কনাগী মীনাই ওইদোরিবা ?

তোনস্না— নবুঙোশিংগী। খিঙা ঙাযবে খঙলক্কদোবা। ইপা লৈবিচৈ ইযাম্বা লেবিচৈদা ইশাগী ফীভম শেমহোগে হাযবদি খনদ্রে, খবা তৌবে খৎনবা হৌ, খবা তৌবে হেক ঙংখৎ, খব তৌবে লান, খব তৌবে নোংমৈ। কান্নদে কান্নদে, অযুক অসিদনে

ভগাক্তা পোখাবা কংদে নখোয় অসিবু ইচানি হায়না পোক
লুবিবসে মহা পাপনি।

ইবো—পৈশা হাযবদু পীবো।

তোনস্না— লৈংঙ হাযবেদনা ইবোতোম্বা, নয়াম্বদা পীযু হায়য়ু হায়ব-
মক্তদা তম্পাক, ইবোহলবু কদাযদা চৎখিবনো?

ইবোহল—(চঙলক্লন) কবি তৌববগে পাজি? ঐ থবক অমা চৎলুই।

তোনস্না—অং নঙবু তলব য বদা তম্পাক্তা পৈশা কবিমত্তা পিদে
হাযবসি কবিগীনো?

ইবোহল—পৈশাবু পাহুনতা লৈগদ্র? দবকাব দবকারগী মতুং ইল্লি,
পানিঙাই লৈতহুনা পাদ্রিবনি (তম্পাক চঙকই)

তোনস্না কৈদোবগী পানিঙাই লেত্রিবা? কদায় চৎখ্রিব?

ইবোহল—ঙচু খঙলগা ঐগী অরাৎপদু পাজি হাপ্পীগেবা, পাজিদগী
খবা পাযু হাযবদি যাবোই। তম্পাক। তম্পাক চাক লোই-
ববা? (চঙখি)

ইবো—তাবেদনা? লুপা ১০ দু পাজিনা পাবো হায়বিসিনি।

তোনস্না—ইবোতোম্বী নঙবু লুপ ১০ অসি লৌদ্রবদি য়াদ্রবজাৎলা?

ইবো— যাদদনা তৌবিবনি হায়রানি পাজি। যাবদবু ঐনা পাজিদা
হায়খিদ্রা?

তোনস্না—নঙবু নয়াম্বদ অমুক্তদি হংদনা য়েংউ কৈদোবগে?

ইবো—ইতৈমফাওদা পৈশা পাদবা তামোনা ঐঙোন্দা পৈশা পীগদ্রা?
পবপা পবপ পীবো; পীবো।

ইবোহল—(থোবক্তনা) কৈদোববগে? কবি অমুক তৌনববগে?

তোনস্না—পৈশা পীয়ু হায়রে . লুপা ১০ পীয়ু হায়রে , ঐগীদি লৈতে নঙ পীংগা খবা পীখো।

ইবোহল—কৈদোদৌবিব লপাংনা ইবোতোম্বী কৈদোদৌবিব। ? সিনেমা য়েংনবা, ছবি শাননবা • ত্রা ? কবিগীনো নখোয়গুম্বা ওফিসস্তু কাদব , থবকস্তু .ভৌদব কাঙবুনা পেশ দবকাব ওইবিবা ? নয়াম্বনা পৈশাগী দবকাব ওইবিবসি নঙ খঙলবব ? নখোয অসিগুম্বা কাঙবশিনা মবক্ত মযাদা পেশাগী খোযদৌ যাম্না শাউগৎহল্লিবা কবিগীনে ? চৎলা চৎলা ঐনস্তু পীবোই পাজিনস্তু পীবোই। চাক চাথোক্তনা কলেজ চৎলো, চৎলু

তোনস্না—খবা তাইনৌ,খবা তাইন ঙসাইদগীনি ঐডোন্দা নৈবিবসে. নঙ লৈবগ খবা ফে ' খব খুনমদৌবর্বনি মানা ঐবু ঙসি।

ইবোহল—চৎলো চৎলো ইবোতোম্বী। পাজিগ রাবী শাগে চৎলো। পাজি অতৈদি লাবেনন ঐগী স্তুতব লৌথারে হাবনা ঙসি পাবমিশন পীবক্ত। ঐগী লেঙবম্বা পেশ কপুম্বা হান্না এদভান্স থীবদা যাওখ্র। মীডোন্দগী খবস্তু পুকবে। পাজিদগী পেশা খজিক্তবু পুগেনে। লৌথারবা পেশা কান্নদ্রে

তোনস্না—নঙনা অমুক ওনশিল্লক্লেনে। ঐডোন্দবু পৈশা লেব্রনে কৈদৌবগী স্তুতব লৌদৈবিবনৌ ? একাগাডী তাংলিবহু কেদৌবদনা ?

ইবোহল—একাগাডীগা স্তুতবগা খেন্নেন। পাজি। থবক অথু অকায় নংবা চৎথোক-চৎশিন নুঙাইবা, অতুগী মথক্তা একাগাডীদগী স্তুতরনা লেমইদনা। একাগাডীদি লুপা ২০০/৩০০ না ফংই, স্তুতবনা লুপা লীশি ৩ গী মথকনি। শেল লৈতবা মীনা

পঙলৈ লৈবা ভম্বা নত্তে। লৈববস্তু কোটা ফংদ্রবদি লৈবা ফংপোৎ নত্তে।

তোনস্না—শেল লৈতব নঙনা কবিগী লৌনিংঙুরিবনো? একাগাড়ীনা চেনবা খোঙজেলদগী হেন্না য়াঙবা নঙগী থবক্কী দবকার করিস্তু লেতে। নঙগীসি দবকাব লেতনা গব শব তৌবনি।

ইবোহল—পাজি মতম হায়বসি লথবা রাক্মনি। মতমগী চৎনবী খবা খঙবা তাই, চাওখৎপগী ন্যঙাইব শক্তক শব লৌক্ম থাকই।

তোনস্না- য়ুমদনা চাদবা মপান্দ গব শব তৌবা সিবা নঙগী চাওখৎপসিবো? চানিংঙাই লেঙনা চাওখৎপা যাবোই নঙগী রাত্র দৈ তানিদে।

ইবোহল—পাজিখোযগী থাইনগী উফল মবক্ত খোঙনা চেনবা অহুগা হৌজিক্কি মতম চঙদবা চৎথাক চৎশিন অসিগদি খেন্নবেনা পাজি কবি রানোনে?

তোনস্না- উম খেন্নৈ ঐস্তু ২ঙই। চাবা রাক্তন খাঙনা চৎকে, চরা হেল্লগা নঙগী গাড়ী তোদো শরক।

ইবোহল—কেনোনে পাজি। অনংবা মীনা গাড়ী লৈবা ভমই হাযব্রা?

তোনস্না—নঙনা লেদৌবিবহুদি? নঙবু ইনাক খুনব্রা? নবন লৈতবা নঙনা ইনাকখুনব শাবিব কবিগীনে?

ইবোহল—খুদোংচাবা অসিদি শান্তোকহনখিব ফব্রনে পাজি। অহুগীসু মথক্ত ঐগী পাজিদি ইনাকখুল্লিনা। পাজিগী মচা ওইরগা ঐনা ইমান্নবশিংগী মবক্তা একাগাড়ী অসিমদি ইকাইহুনা তৌবনি। পাজিগী হৌজিক লৈবিবা লুপা লীশিং ৪ অহুদগী

লুপা লীশিং ২ খক্তনিনা ঐনা প্াগে হাযবদি। ঐনা থুনা অমুক ওলবতগী কক্তুনা শিংজনগদৌবনি কৈনো? অহুগীসু মথক্ত। ঐদি শেন্দোইবু পীগদৌবিবনি।

তোনম্বা—ঐনা লুপা লীশিং ৪ খক্তা তবং তবনা থমজবনি। নখোয়না অসুক য়েংশিল্লিবসিবু কবিগীনো? ঐগী অকবা থবক্তা শীজিন্ননবনি নখোয়দা পাংনবা শেল লৈতে।

ইবোহল—পাজিনা থমজিল্লিবসি ফনদি কুইরে, পাজিবু কৈদৌবিদৌবিবনে। পৈশাহুন?

তোনম্বা—তীর্থ চৎনবনি তীর্থ চৎননবা। নখোয়গুম্বা ফত্রব ধবানালা ময়াম অসিগী পাপ ময়াম সিদগী মুক্তি ফংনবা লাই নিংলুগদৌরিবনি খঙলব্রা?

ইবোতোম্বী—ঐখোয়না তৌবা পাপকীদমক্তি লাই নীংবিকনু পাজি। অবেম্বদা শেল মাঙনবনি।

ইবোহল—ইবোতোম্বী। নঙ তুমিন লেয়ু। নঙ হুজিকফাওবা চত্রিব্রা? চৎলোনে,- অদো পাজি। পাজিগী তীর্থসু চৎলু। হৌজিক্তি বৃন্দাবন চৎননবা মতমসু খবা রাংলি। ঐগীদি লুপা লীশিং ২ অসি লৈত্রবদি স্কুতব অসি লৌথোকপা য়াদবা তাবে। ঐগী হান্নগী এদভান্স অদুসু মাঙবা তাবে। ঐ পাজি শোযদনা শিংজগে, লুপা লীশিং ২ দং পাজিনা পীবীদবা য়াদ্রে, তীর্থ চৎপা নংনবা ঐ শোয়দনা শিংগে, শোয়বা যাদে কা পাজি। ( তুমিন্ন য়েংহুনা লৈ )

ইবোতোম্বী ঐগীসু লুপা ১০ দা পীযু তীর্থ চৎপা নংননবা শিংগে।

( তোনম্বা ইবোহল ভন্না য়েংই )

# অনীশুবা উৎপা

(থা খবগী মতু, চাকশঙ, নুমিদা, মপান্দা স্কুতব লাকপগী মখোল। তম্পাক রাই তেথোকই। চাক থিদুনা লৈ ডহাক লৈবগা ইবোহল চঙলকই।)

ইবোহল তম্পাক, কনা কনানে থোকখ্রিবসে ?

তম্পাক — এখোয় তোননদোনবীগী লাইনিংকি তম্মিন্নবী মমান্নবী শিংনি।

ইবোহল—নুংদাং পুং ৯ তাবফাও কৈদো শম্মিন ?

তম্পাক -- মখোয় কলেজগী সরস্বতী পূজাগী থবক ইনখা ময়ামগী রা তান্নবা ওইবমাল্লে।

ইবোহল—কলেজগী থবক কলেজদা তৌগদবনি, যুমদ কলেজগী কবি থবক তৌগদোবিব ? ঈবা তৌনিবনি নঙন চাঙগদি হায়দ্রদুনা তৃমিন তৃমিন লৈবিবা কংগীনে ? নঙস্থ য়াওবিব্রা ?

তম্পাক—কৈনোনে, মখোয় তামোহলনা এডোন্দা তাইনবিসিবো' ঐনা কবি হায়দোবিবনে ? রাবকপীগদবা মখোয় তামোনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুমদা ডহাক্তা লৈবিদে। লৈশাবী অসিবু ঐনা রাবকউব ওমব্রা ?

ইবোহল—কবি ওমদনি। কৈদোনা চৈদ্রিবনে ? কবিগী অথেওবদা পাখঙশি যুমদ ফমহল্লিবনো ? নঙনা য়াদুনা তৌবিবনি।

তম্পাক—ইথৌমক্তা হোৎনবদা মিকুপ অমত্তং কাইথোকপা ওমজদে। ওন্তা ওন্তা হনবিবক্লগা মখোয় তামোহন্না শেন্নবিববদি ফদোনি।

নুমিৎ খুদিংগী পু, ১১ তাদ্রবদি হল্লকত্রিসিব কদায়দবু চৎলি বনো ? ঙসিতনি খব ঙন্না হল্লক্লিবা ।

ইবোহল—এন হল্লকপা হল্লক্কবা নঙ’ নখোৈ করি লৈগে ? করিগীনো নঙনা ঐগী চৎফম থিবিববু ? নঙনা কৈদৌগে হায়রিবনো ? অঙাংনা ইরা তৌবদি থিদ্রহুনা এনা থেঙনা হল্লকপদা রা ওইনা ঙাঙলিবব ?

তম্পাক– অঙাংদা নংত্তু ঈরাং তৌরিবদি। অহলনা ঈবাং হৌববদি অঙাংনা ইনবা মশান তাবনি। ঈবাংনা অদোম্না তৌরগা য়ুমদ শাউবিববিবসিবু কবিগীনো ? ঙসি ঙন্নানা হল্লক্লিসিব করম্বা অশোয়ব য়াংবেবগে ?

ইবোহল—মসি ঙসি চে চানি য়উ। (কহ্না) নঙ ফবকউরা ? হা ফুরকউবা ?

তম্পাক—অনৌবা থবক নংত্তে ইনম অসি থাগৎলবনি, মখোয় তামোগী চেক্নুদা। মপান্দা খাইদো শাউগৎপীবক্লগা য়ুমদা তাইনববা হায়বসি মহৌশানি। (শাউনী না) ফুনীংঙগা ফুবিয়, ফুনীংদ্রগা তোকপীদ। ঐ কৈস্থ থৌশাদে

ইবোহল—নঙ নপাম চৎলো, চৎলু চৎখ্রো চৎলু !

তম্পাক—ইপামক শুকচৎ চৎচরোই ! কৈদৌবগী চৎত্তৌরিবনো ? রা খুদিংগী ইপাম চৎলু হায়বসিবু করিগীনো ? ঈনাংলুপী অমা পুরক্কদৌরিব্রা ? পুবিবকউ হন্না কাও য়েংজরোইয়ে ; করিমত্তা কল্লকচাদে। ইচা অল্লুম অসি হোৎনবদ ঐ কল্লকপগা শাংজদে।

ইবোহল—মীনা হায়বগা হেন্ন হেন্না খুমইনে। মসে পাক হেক থারক্নুনা ময়াকা পুন্নতেক তেক্কনিসে।

তম্পাক—য়েবিগে হায়রগা ঐ থোকচরকখিগে। চাকখুমদা লৈরিঙৈদা ফুবিবক্কনু। পাজি লুক হাদ্রি, চাকখুম মাংহুনা ঐ চফুকা ফেঙলগা চাক থোডবা ঙমজবোই।

তোনম্না—( মপান্দগী ) কদোম্বগেনহাই? কেদোবগী চফু ফেংগদোবিবনো? কনা কদি তোবে? য়ুম মা বা য়াওবব্রা? ( চঙলকই )

ইবোহল—চক্ নত্তে মাগী খাসি ফে দবা কুইবমান্নে, থাউ মবেন্না থাগৎপা হেল্লে, যেঙ্গা হাউববোই, খব ফেঙউ হাযবিবা।

তোনম্না—হৌজিক কনান খা ফেঙউনি হাযগে, হয়ে ফেলগা অহুঙাইদনা। তম্পাক, নচন নুপী চাখ্রববা?

তম্পাক—চাখিদ্রি পাজি।

ইবোহল—চাক চাবকা শদে, হৌজিক্তা পাখঙ শঙ্গু অমা লেবমই। নচা ইবেম্মা লাইবিন তেবীগী মকপ, কলেজগী থবক্কীনি হাযযে। চাওখৎলে, নুপীনা নুপী সঙ্গ তোদ্রদনা নুপা ডাক্তা তিন্নবদনা পাজিনা গডা নারাঙহল্লীবসি কবিগীনো?

তোনম্না—কৈনোনে মসিনা ডাডলিবসিবো। ঐ কনান খঙবগেনে? ঐদি ঈশৈ তিন্নকবগী হৌজিক্তা হল্লক্লিবসিদি।

ইবোহল—হৌজিক ঈশৈ তিন্নবা ঙহাক চৎলুবগী ফল নত্তে, কুইরবনি তোনদোনবীনা লুৎফেৎ তৌবিবসি, পাজিনা চৈদ্রিবসি কবিগীনো?

তোনম্না—ঐনা ঙাঙববু লৌববদি কদায়দগী শোয়গদগে ? ঐনা হায়বদি কনামত্তম্নু লৌদে। নঙস্নু অহুমঙাই, নহালমখৈ নঙবু ঙসি মতমসিদা অমুক্তা হল্লকপা থেংনদে, কদায়দা চৎপগে ? নুত্তিগী ঙন্তা ঙন্তানা হল্লক্লগা শেন্নববদি কবিগী রা ঙাঙন-নিঙাই লৈগনি।

ইবোহল— ঐনা মখোয় শেন্নহুনা লৈবা ঙমব্রা ? য়ুমদা লৈনবা মতম ফংলবদি কৈদৌনা লৈবোইদৌবিবনো ?

তোনম্না—নঙবু কদায়দবু চৎপগেনে ? নঙন ওইবিসি থানাস্নু নত্তে, ঐদৌনা সর্ভে চৎপ অবাপ্প থবক চৎলি হায়বস্নু নত্তে। চুম্নগী ইউ, দি, সিনি কবম্বা ওফিসকী হেন্না চিনবা থবক নুমিৎ খুদিং নুংদাং পু ১১ ফাওবা লৈবগে ? রা ঙাংনেসি। ঐ ফি হা লুখিগে তম্পাক, ইপাগী চাক্তু থিদোকঅম্নু। ( থোকখি )

ইবোহল—কদায় ঐ চাক্তু পীবকউ। ( তম্পাক চাক পুথোকই ) হন্নবা অসিনা অমুক আইন থিববে। খোয়দৌসি শাউগৎ-কদৌবে। (চাক চায়) উম। য়েঙ্গাংনি তৌবিসি হাউখিদ্রে, কদিগীনো অম্লুক হাউতবা য়েঙ্গাং থোংলিবসিবো ?

তম্পাক—অহুদগী হেন্ন হাউবা থোংনিঙাই লৈত্রে।

ইবোহল— কবি লৈতনি। নঙ মহা চলাকনি। নুমিৎ খুদিংগী য়েঙ্গাং হাউতবা থোংলগা ঐনা পৈশা পীদে হায়দুনা ঐবু বদনাম তৌগদবগী তৌবিবনি।

তম্পাক পীবু পীব্রা ? ঐনা কদায়দগী পৈশ লৌকহুনা অহাউবা য়েঙ্গাং থোদৌবিবনো ?

ইবোহল—নওবু লল্লোনবা য়াম্না কনবদাইনে? নওনা ফি শাবগী পৈশা কদায়দা থমখ্রে? নপামদা থেগ্রবরা?

তম্পাক – নুঙাইবিরেদা সৈত্য। ওস্তোরুস্থু ওম্বীখ্রেদা। লংকেল খরা রাৎলে, পৈশা খিত্তা পীয়ু হায়ববু লৈতে হায়বদাইনে। ফি কক্তবা থা মখায় অম হেল্লে। য়েঙ্খাংদা থাক্লিবা ফাবোঙ্ নহান চেঙকুপ য়োনবগী পৈশানা লৈরিবনি।

( তোনদোনবী চঙলকই )

তোনদোন—ইনম্ম চাক লোইরববা?

তম্পাক—লোইরে ইবেম্ম। চাররে লাকও।

তোনদোন—তামোতোন হল্লকত্রিবরা?

ইবোহল—( কন্না ) হল্লকত্রি ( তোনদোনবী তুমিন্না লৈ, ফমদুনা ) কনা কনানো য়ুমদা লৈবম্বা ময়ামদো?

তোনদোন—ঐখোয় কলেজগী সেক্রেটরীশিংনি।

ইবোহল—কৈদোবম্মীবা?

তোন সবস্বতী পুজাগী পোৎ লৈবগী হিসাব পানবম্বনি।

ইবোহল কলেজদা পাদ্রদুনা য়ুমদা করম্বা অহেনবা হিসাব পারিবা! হা! কলেজগী থবকপু য়ুমদা নুংদাং পুং ৯ দা তৌই হায়বসি কনানা হায়বগে হা?

তোনদোন—ঙসি নুংথিলতা পোৎ লৈরুবনি কৈদোরগে? হৌজিক হৌজিক পাহোদ্রবদি হয়েং পৈশা মাঙলগা ঐ শিংবা তাগনি। হয়েং ঙাইবা য়াদ্রদুনা তৌরিবনি।

ইবোহল - বা। সেক্রেটরী য়াম্না থবক ফবী নত্রো? সরস্বতী পুজানা কলেজদা, ইরাংনা য়ুমদা নত্রা? শেলদি কয়াম হাৎলে?

লৈশাবীনা শেল হাৎপা হৌরক্লৱা যুগ নত্রো ? কলেজদা তল হৌবা কলেজদা শীল-লাঙবা, হিসাব পাবা য়াম্রবরো ?

তোনদোন—করিনো তামোনা হায়রিবসিবো। কলেজদা তল হৌবা, কলেজদা শীল-লাঙঙগা ওজানা লোইনা শেল হাত্তুনা তোকই। যুমদা হৌরগা ঐখোয়না কান্নজবনি। মতম মতমগীনি কৈনো ?

ইবোহল—বা ! মতম খঙবী ওইরমাল্লেনে ! মতম খঙবী ওইদুনা য়ুমদা মী লৈতবা কান্দ সঙ্গ ময়াম পুশিল্লতুনা হিসাব তৌররিবা নত্রা ? কলেজগী ছাত্র গুন্দা ময়ামগা য়ুমদা হিসাব শুমিন্নরবিবা ? নমায অত্ত থুগাইয়ুরা ? নঙনা ইমুংগী ইজ্জৎ মাঙহনগে হোৎনরিববা ?

তোন—কৈনোনে ! লাইরিক তম্মিন্নবা ইমান্নবা কলেজ ষ্টুদেণ্টস ইউনিয়নগী মেম্বর ডাক্তনি। ময়ামগী থবক তৌমিন্নববু করিগী ইজ্জৎ মাঙহল্লিবনো ? হৌজিক্কী মতমগী মও তামোহল করিমতা খঙদ্রমাল্লে।

ইবোহল—মতমগী মঙং খঙবী, নঙ নমায় অত্ত থুগাইনি। নঙনা ঈবাং অসি য়োনা পামলিবসি করিগীনো ? নয়ম থুনা পান্নব তৌরিবা ঈরাং নত্তরা ? নঙ ফুর নঙ ?

তোন—ঈরাংনা তামোহলনা তৌরগা ঐঙোন্দা তাইনরি করিগীনে। ? নুমিৎ খুদিংগী নুংদাং স্কুটরদা সিনেমা য়েংবা পুরিবত্ত খঙদবোই নীংব্রা ? ঐনা ইনম্মদা নুঙাইখিরোই হায়দুনা তম্বীদ্রগা।

ইবোহল—মসে, মসে! মচীনসে য়েংউনহৈ।

( তোনসা চঙলকুনা )

তোনসা কদায় নুপীমচা ঐগী চাক।

( তম্পাক্না নুংঙাইতনা চাক পথোকই, তোনসা আচমন তৌই, ময়াম তুমিন তুমিন ঙহাক চাক চায়।)

নঙগী পৈশানা কৈদৌদৈ পীদোরিবা নুপামচ? নহাক্না লৌখিবা লুপা লৌশীং অনিহু কৈদৌদৈ পীগে হায়রিবা?

ইবোহল—পাঙিগী তীর্থ চৎপগী মতম রাৎলি হায়বদাইনে? কালেন্দা চৎকে হায়বা নত্রা?

তোনসা—কালেনদি য়াম্ন রাই হায়নে। হৌজিক হৌজিক নিংথমথা লোইশিল্লকপা অসিদা চৎহৌনব তৌহৌবনা ফত্রা?

ইবোহল—হৌজিক্তি কদায়দগীনো পাঙি! করম তৌহুনা করম হায়না হৌজিক চৎকে খল্লক্লিবনে?

তোনসা—মখোয় হৌজিক বৃন্দাবন, হরদ্বার, নবদ্বীপ য়াম্না চৎনরে হায়নে। ঐন ইশৈ তিন্নকবদা মখোয় ঙাউনরকপনি। মখোয়গী কাংবম বীরচন্দ্রনা বৃন্দাবন চৎপা ময়াম খোম্মী, মহাক্না তোৎনবীনি হৌজিক চৎহৌ হায়না হায়রকইনে।

ইবোহল—উম! বৃন্দাবন লাল্লোল্লিবনি মঙোন্দ শেল খায়জিল্লগা লৈকায় ময়াম অহুনা চৎপগী রানিনে পাজিনা হায়রিসে।

তোনসা—হোয়নে, হোয়নে, হৌজিক মখোয়না পৈশা খায়জিল্লগা ঐখোয়না অমুক রাক্নদো লৈত্রে হায়। বসকী টিকেট, রেলগী টিকেট মখোয়না লোইনা ককথদোবনি। হৌজিক ঐগী

ইমান্নবা ময়াম শেল খায়জিন্নবা হৌরে- এস্ম য়াওহৌবসিবা খল্লবনিনে ।

ইবোহল - কাংঙবম বীরচন্দ্রবু পাজিনা থাজকবিবা করম্ননো ? নহালমুকস্থু মী চহুমগী পৈশা খায়জিল্লগা মথুবা য়েনি হায়রগা পুরিদগী হল্লক্তুনা বেল য়াদ্রেকা হায়জিন্নরগা হল্লকপহুদি ? মানা পাজিখোয়গুম্বা কয়াদগী শেল হান্তুনা কাবরাব তৌরিবসিদি ?

তোনস্না—খঙদেনে কমবোমদা ফংলে শেল হাৎপা কাঙবু, অমরোমদা ফংলে শেল হুরানবা কাঙবু, লৈবাক অসিব কমদোদোনো ?

ইবোহল—খরা তপ্না চৎলু পাজি, এখোয়না শীনবাগে । হৌজিক মখোয় কাঙবু খরদনি চৎলিবা, মখোয়গ চৎমিন্নরগা অবেম্বদা পৈশাস্থু মাঙ, তীর্থস্থু অমত্তা নীংবা থুংনা কোয়বা ফংলক্তা অরেম্বদা মাঙলনি ।

তোনস্না—খঙদেনে অদুম্না তৌগদ্রা ? বীরচন্দ্রবুদি খববুদি চিংনৈ—অদুদা কালেন য়োরগা যাম্না শাগদ্রা খল্লিনে । নঙগী পৈশাদুনা কমদোবা ? নঙনা লুপা লীশীং হনী, তোনদোনবীনা লুপা চামঙা, ইবোতোম্বীনা চামা শুবে এগী পৈশাদগী লৌখিবসি । কৈদোউঙৈ শিংগে হায়বিবনো ? এবু পৈশা অসি লৈশিল্লক্কনে নঙনা খর পীনবা তৌনে ।

ইবোহল - তোনদোনবীনা লুপ চামঙা কৈদোবগী লৌখিবা ?

তোনদোনবী—পাজি এগীদি শেল, কলেজদগী কাইবা লোইবগা শিংনি ।

হংচিৎ সরস্বতী পুজানি। সরস্বতী পুজা লোইথগা পৈশা হিসাব তৌশিল্লগা শিংগে।

ইবোহল—বাঃ বেশ। সরস্বতী পুজাগী শেলদগী পাজিগী পৈশা শিংদোবিবা। কংগলগী ছাত্রশিংগী পৈশা নঙনা লৌবগা পাজদা পীদোবিবা?

তোনস্ম—কলেজগী পৈশা ওইগে ওইযু, ওইবোই তোকউ, ঐগী লুপা চামঙাদি তোনদোনবীনা পীদবা যাদেনে।

ইবোহল—কবিনো পাজিনা তৌবিবসিবে? অঙাংশিংসি পাজিনা লোইনা মাঙহল্লে। অঙা দা পৈশ পীবা তম্বদনা পৈশা পাম্বা হৈহল্লে। নুপী লেশাবী মানা মী কলেজগী পৈশা কবিগী হাৎতৌবিবনো? সিবু কনম্বা নুপীগী শাজৎনো? ছাত্র-ছাত্রীশিংগী পৈশ হাৎপা ডম্ব মহাক্না হাৎপা ডমলোই-দোবা কনা লৈবি। খবা লৈবদি মপা হাৎকে, মবুং হাৎকে হায়বনি। মসি পাজিগী দোষনি।

তোন—কবিনোনে নঙন ও ঙলিবসিবা? ঐনা পেশ পীবা পীদবদি লায়বদন নঙবু যুমসিদা পৈশা কয়া পীবগে? অঙাশিবু কবম্বা মতমদা নঙনা শেল্লবা য়াওথবগে? নত্ত্রে, নঙনা তৌবিবসিবু কবিনো? নঙনা পাম্বসি মীগী মিৎয়েংদা ইনাক-খুনবা শাবা অসিবা?

ইবোহল—ঐনা কদায়দা ইনাকখুনব শাবগেনে পাজি?

তোন—তৌরিবহুন্নিদনা। ইনাকখুনবা মাল্লবা খরচ তৌবদা যুমদা পৈশা অমত্তা পুশিন্দে। খাইদগী হেল্লা ফত্রিবদি নঙনিনে।

**ইবোহল**—ঐনা থা অমত্তং অনীদং পৈশা পীদবসিদা অস্থক য়াম্না য়েংশিল্লিবসি করিগীনো? পাজিনা হনুথওদা অহুক য়াম্না লীকশিল্লক্লিবসি কবিগীনো? খবদংস্থ ইমুংগী য়েংশিনবা য়াই। নোংমা ফাদোক পাজিস্থ ঙা চাক খরা লৈবা য়াই।

**তোনস্না**—নঙ তলব চাবনা লৈদনা ঐ থবক তোক্লবনা কবি লৈদোরিবনো? ঐনা থবক তৌবিভৈদা য়ামদ্রবদা নখোয়গী ফননবা, চারা হাউননবা তোৎনবকই, হৌজিক্তি ঙমদ্রে। পেন্সিনগী পৈশা খবা অসিনা ঐ হবদ্রাং চৎকদোবিবনি ঙা চাক লৈনবা কাইথোকপা ঙমদে হায়বেদনা।

**ইবোহল**—পাজি যাম্না ফৎমন্দ্রবা জাৎনি। ঐদি থবক তোক্লবনি হায়দুনা যুমদা পৈশা পীদবতা নত্তনা ঙা শিং ফাওবা রাবকত্রে। তীর্থ চৎকদোবিবনি হাযদুনা যুমগী হরাৎ গপা ফাওবা মেল্লোই হায়রিবসিদি পাজিস্থ ওইজবা যান্না তানবগী রানি।

**তোনস্না**—নঙনিনে ময়ামসিগী মরূদি। নোংমফাদোক্তস্থ হঙাংশিংসি কবি পীজবগা কবি পীথক্লগা মথায় হগাওগদগে হায়বদি খন্দে। মখোয় মখোয়না থোকপা থোকপা লৈজনি হাযহ্না কবিগুম্বী ফাওবা থওইবা লৈতে। চাওনে, ঙসি য়েঙ্গাংশিংদো নঙ অমুক্তা হাউত্রা য়েংউ।

**ইবোহল**—য়েঙ্গাং হাউত্রিবসিদি ঐনা নত্তে—অথোংবা মীননি।

**তম্পাক**—কৈনে, পাজিগা ঙাউনবীবা হৃদুম ঙাউনবীযু ঐঙোন্দা অমুক থৈথবীবক্কনু। অস্তুক কুইনা যুমদগী অঙাংপীশক ওইরিভৈদগী চাক থোংলকপসি কাংশোই থোংবদদি ঙসি থোংলিবা অসিদগী হেম্না হাউনা থোংনিংঙাই লৈত্রে।

ইবোহল—নঙ' কাংশোইসি হাউত্তেনে। পীজরুচো কনাজনো! মৈত্তৈ নুপীনা কাংশোই খোংবা হৈত্তবসিবু ঐবু তাবু ভারকত্রীনে।

তোনদোনবী—মৈস্নাম সুনিতাখোযদদি কাংশোই ফাওবা হাউবনি!

ইবোহল—নঙ নমায থুগাইযুবা? নঙ নমায় থুগাইয়ুরা, নঙ ····
( হৌগৎলি )

তোনস্না ভাইখোনে, ভাইখোনে। কবিনোনে ভাংনরিবসিবো! ঐবু জ্ঞানবু অমত্ত তাদ্রিনে।

ইবোহল—অহনকাওবা অঙাংগী মী চঙ চঙলে। অঙাংনা থকশি-খাশি নাইশিল্লকত্রে। ( নুপীদা ) নঙননি নঙনা ঈনশিন্দুনা তৌবিবনি। মতৌ ইম্মান মালহন্দনা মানা মৈ থারিবনি—নঙ নপাম চৎখ্রো চৎলু। চৎলু।

তোনস্ন—কবি? তম্পাক কবি তৌবদন? মপুম খিৎ'মখৈ নোমজনিবা ঐগী ইমৌবো। নঙনা অঙাং শাদুনা কোয় লংদুনা লৈবগা মী ইমৌসিদা তাইনবিনে? মা লৈত্রবদি ইমুংসি নহাম্না শাবখাব শাবগদোবনি খঙলত্রা? তৌনু. তৌনু; অদুম তৌননু ফত্তে।

ইবোহল—উম পাজিদি মাগী মীচং চঙগনি পাজিদগী পৈশা পীযু হায়দবসি মা মতোমত্তনি। নাংমতা ঈংনা রাখল খন্দুনা মাথা অসি পোত্থাহন্নবা মতম লৈত্তে। যুমদা হেক হুজ্জিনবগা খোয়দো হেক্তা লংখৎপা। তু তরেৎ খারে, খারে। য়ুম অসি জেলদা লৈবগা চপ মান্নে। ( মতাং অসিদা য়ুঙাওববা ইবোতোম্বী তৃমিন্না, মশা ফাজিল্লহুনা চঙলকই। )

তোনস্ম নঙনা অমুক কদাযদা চৎলুবিবা ? (ইবোতোম্বী খুমদে)
তম্পাক—ইবুংঙো নঙগী চাকসিদা লৈবে। ( চাক থাংদোক্কুনা তোনদোনবীগী মনাক্তা থাই। )
তোনদোন—(ইবোতোম্বী ফমথবকপদা) উম। নমথিখ্রেদ। (হন্দোকই)
তোনস্মা – কৈদোববগেনে নঙবো। হা কদায চৎলুবগে হায়মি ?
( ইবোতোম্বী খুমদে। )
ইবোহল—ইবোতোম্বী। ঙাওশিন্নবিবব? কবি চাগে হায়না ঙাওশিন্নবিবনা চৎলু চৎলু মপান্দ চৎখ্রো চৎলু। চাঙ্কা অমত্তা পীজরুনু মসে।
তোনস্মা—নঙব কৈদোববগেনে ইবোতোম্বী। রানি লাল্লি অমত্তা ঙাঙদে, চাকস্তু চাদা তুম্মিন্না শত্রিক যেত্তুদা লৈবিবসিবো। হা নঙবু ঙাওববা হাযমি ?
ইবোহল—পাজি মঙান্দ ঙসি পেশা পীত্রা ? পৈশা কযাম পীখি ? মানা পাজিদগী পৈশা লৌখিব্রা ?
তোনস্মা—পেশাদি নাদি লৌহুনভা লেবিবনিনে। নঙবু ঐগী লুপা চামা শিগদেবনি কাউব্ববা ইবোতোম্বী। নঙনা ঙসি তৌবিবসি কবিনো ?
ইবোতোম্বী—ঙসিদি মী চানীংই। ঙসিদি মীহু মকোক ফৎ থদৎলগা ঈহু চুরুপ-চুরুপ চুপ্নীংই। ঙসি মী চানীংইকো। ঐ মী চানীংইকো। মঙক অহু ফৎ থদৎলে হায়বগা, ঈহু চুরুপ-চুরুপ চুপ্পা। মী চানীংই ঙসি ঐ মী চানীংই। ( হন্না-হন্না হায )

তোনস্না হায় কৈনোনে মানা তৌবিবসিবো নুপামচা ইবোহল—
মসিবু ভাওববরা কৈনো অমা তৌবে হায়রমি!

( ইবোহল হোৎগত্তুনা খুৎ ওইনা ইবোতোম্বী মনঙন্দা চিংখৎলি )

ইবোহল—ইবোতোম্বী নঙ যুবকউরা নঙ? চৎলো। উশিৎ থওইদ্রিবা কবিগীনো। চৎলো চৎলু। ( চিংই )

ইবোতোম্বী—শোকলক্কনু, থাদোকউ তামো। ঐ মী যাম্না চানিংদ্রুন লৈবিবজাৎনি কান্নদে, ঐঙোন্দা হৌবক্কনু। থাদোকউ হায়রমি।
( কনথোকই )

তোনস্না—কৈদোবগে হাযমি। হা নঙবু ভাওববরা, কৈদোবগে?

ইবোতোম্বী -( শপ্না ) পাজি। নৈ কবিমত্তা ভাওদে, ঐ জ্ঞান যাম্না তাবিবজাৎনি।

ইবোহল - অদু নঙনা তৌবিবসি কবিনো? কবিনো নঙনা পাম্লিবসি, কবিনে? হা' নঙনা পাম্লিবসি কবিনো? নঙ ফুনবা পামব্রা নঙ? হা ফুনবা পামব্রা?

ইবোতাম্বী—ঐনা তামা ফুনদুনা কৈদোদোবিবনো? তামোখোয় পাজিখোয নখোযন থোকপা অদুম লৈযু। ঐঙোন্দা য়েৎলিবা কবিগীনা? ঐ তামাবু, পাজিবু কবিস্নু যুনীংদে - নখোয ফবগা ঐগী চজ্জৎ মাঙই।

ইবোহল—কযাদ উশিদ্রিবনোসে। কবিনে নঙনা পাম্লিবসে হা? নঙনা সুমহাযনা তৌবিবসি কযাম কুইরে. হাযযু—শেংদোক্লসি নঙনা পাম্লিবসি কবিনা?

ইবোতোম্বী— কম্না কান্নদ তামো। ঐ ভসি রা য়াম্না ভাওনীংদে। ঐ ভসি থরায খবা পুঙাইতে। থরায নুঙাইতে হায়বিসিনি।

তোনম্বা -কৈদৌরবগে নঙবো। মীকা ফুনরুরবরো নুংনকা গুনরুরবরা হায়মি? ঐদি য়ুম অসিদা লৈবা ঙম্মোইদৌরি। নখোয়গুম্বা ময়াম অসি তিম্নবা ঙম্মোইদৌবি, ঐ খাঙবা ঙম্মোইদৌরি। নখোয় পূম্নমক ঐগী পৈশা শিংবিরো ঐ তীর্থ চৎচখ্রগে। কাম্নপোৎ নস্তে ঐগী পৈশা শিংবিরো ঐদা চৎচখ্রগে।

ইবোতোম্বী—পাজিবু পৈশা কয়া য়াম্না পাম্বগে? শৈশা পীগেনে লাক্ষ লাক্ষতা পীগেনে পৈশাদা উচুনা লৈবনি নঙদি। পৈশা পাম্বা পাজিগা নুঙাইবা পাম্বা তামোগা লৈমিন্নহো-ও ঐদি চৎচখ্রগে নখোয়গী হাবী জানী অসি অমুক খাবে। সিগুম্বা ইমুং অসিদা লৈদৌ শরুক ঐদা মাঙজখ্রগে। (হৌগৎলি) লৈহৌরো লৈহৌবো নুঙাইহৌবো (চৎকে তৌই থোঙলোমদা, মপান্দগী থোঙ থিল্লি। "থোঙ হাংদোকউ। থোঙ হাংদোকউ! পুলিসনি! থোঙ হাংদোকউ।" ইবোতোম্বী পাখত্তুনা হন্জিল্লকই, চাকশঙ মরুমলোমদা চেনশিনখি।)

তম্পাক—(পাখৎনা) থানানা ইবোতোম্বী তান্নরকপা ওইবমাল্লে! কমদৌনি। (ইবোতোম্বী লোৎফমদা অমুক য়েং মপান্দা অমুক য়েং তৌদুনা লৈ)

তোনম্বা—ইবোহল করিনো অমুক্কা য়েংউ নঙবো! ঐবু ইপা পাখৎলেনে। নঙ থোক্নুনা অমুক্কা ঙাঙনৌ।

তম্পাক—লৈত্তে হায়বিয়ু, লৈত্তে হায়বিয়ু! শোয়দনা ইনাও কাগদৌগী তৌরিবা ওইরিনি। (মপান্দা—"থোঙ হাংদোকউ)"

তোনসা—ইবোহল। ইবোহল। অমুক্ত কৈনো অমা তৌনে। (ইবোহল খুৎ হামদোক্লগা থোকখি) হুমঃ হুমঃ হুমঃ ঐবু শিবমদাই প্রসিদা প্ররাবদা থেংনগদৌবি।

তোনদোনবী শো দনা রাথোক অমা থোক্লমগনি। ওসি মখোয় মযাম খাইবন্দা লাঙহৌবনি।

তোনসা— বাধে বাধে। রাধবেদ হে ঈশ্বর। (ভুমিন্না লৈনৈ)

ইবোহল -( ওহাক্তং লৈবগা চঙলকই ) পাক্তি।

তানস্ন —কৈদোরে, কবি হাববে। কবিনো?

ইবোহল—উম ইবোতোম্বী তান্নবকপনি। সব ইন্সপেক্টব কুপ্লেনি।

তোনস্ন —( লোম্না ) কবিগীনি হাবগে? কৈদোবগীনে?

ইবোহল—( তপ্না ) ইবোতোম্বী ক্ষাদুনা পুখিদবা যাদে হাযবি। যমদা লৈবমগনি হা বা পাউ ফংই হায়।

তোনসা—(কিনা) মবমদি কবিগীনি হায়বগে? লৈতে হায়প্রব্রা নওবে।

ইবোহল—ইমুদ চওহুনা থিগে হায়। মখোয়গীসি যাম্না লুবা কেলকী ওইবমাল্লে। পঞ্জাবী মচা হুম্না ওসি মখোয়না থাওনা থিল্লম্লে শিবে হাযবে।

তম্পাক, তোনদোনবী (পুন্না) ইমা।

তোনসা হবে হবে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ। কমদৌনি অহুদি, হে ঈশ্বর। কমদৌনি অহুদি।

ইবোহল—পীগে পীথোকপ্রসি। মা লৈবগা ইজ্জৎ যাম্না মাওশিল্লকদৌবি।

তম্পাক করাদা মবুক অসি ফৎখিদ্রিবনো? মমাও নুপা জেলদা পীথোকপ্রসি হাযবিবসিবু কবম্না নুপানো?

তোনস্না—হুমঃ ইবোহল ! ঐদি জ্ঞান মাঙলেনে। কবম্নো তৌবিবসি' অদু কবম্ন' ইচা অতোম্ববু পুলিসতা পীথোকখিগদগেনে ? কবি পুণ্যনো অদুবো ?

ইবোহল—(তপ্না) পুহল্লোই হ যবগা পৈশা পীযু সিদনি। পাল্গীনা লৈরগা লুপা চামডা খক পীবিখ্রে। ঐদি পৈশা অমত্তা লৈতবনিনা জেলদা পীথোকখ্রসি হায়বিবসিনি।

তম্পাক কয়াদা মবুক ফৎখিদ্রবা নুপানোনে মসিবো। কযাদা ঙকখ্রবনো ?

ইবোহল—নঙ তুমিন লৈযু। নমায থুগাইবক্কনি। কবি কান্নবা চবেৎ চবেৎ ঙাঙলিবনো ? ঐ পৈশা লৈত্তে হাযবেদনা।

তম্পাক—নঙনদি কদায়দগী লৈনি ? অসিগুম্ব নুপা অসিদা ঐনা যুম পাল্লবিবসি তঙকপনি, মনাও নুপা ফাওবা নু শিবা লৈতে। কবম্না হিংগদৌবনোনে

ইবোহল—Shut up ! থাজল্লকউবা ? ( ফ্গ .তৌই )

তোনস্না—ফবে, ফবে, খিৎ তুমিন লৈবিবো। হে কৃষ্ণ, তম্পাক ইপাগী পাক্লি অদু অমুক্তা লোরুচা। রাখবেদকো ঈশ্বর। ( তম্পাক থোকখি অমস্থু পাক্লি অমনবা গমা থাংজিল্লকই, তোনস্নানা লুগুন্দা কিরিবা শোনা হাংদোকই, লুপা চামচৎপী মপুন অমা পুথোক্লুনা ইবোহলদা ) সে, সে নঙ পীরুবো। হে ভগবান। ঐগী কবি পাপ তৌখিদনা পুন্সি অসি লোইরমদাইদা ওম্বোক্লা রাহল্লবেদকো। ( ইবোহল পৈশা লৌরগা থোকখি ) তম্পাক, চাক-নুংগাসি শেংজল্লু ঙসিদি চকম অমা হঙ্গৎলেহায় ঐবো। (তম্পাক চাক শেংজল্লি )

ইবোহল　( চঙলক্তুন , ইবোতোম্বীরোমদা ) ইবোতোম্বী, ইবোতোম্বী, থোরকউ লাউ, পুলিস চৎখ্রে। পাজিদা খুরুমউ নঙ ঙসি নখরায় অদু কনবিরবনি খঙলব্রা ? ( ইবোতোম্বী তুমিন্না তুকথদুনা লৈ, তপনা মপাদা চঙশিল্লি ) ।

তোনম্না—ফবে ফবে নকশিল্লক্লন্নু—ইপা ওক্রে উমঃ উমঃ উমঃ (শেল য়েংদুনা ) লীশীং মরিদগী লুপা লীশীং অনীগা চাতরুক হান্না লোথোকখ্রবা ! লৈহোবা লুপা লীশীং অমগা চামরিদগী হৌজিক চামঙা অমা চৎখ্রব । লুপা চামাপন । থা অমদা লীশীং অহুম চামা লোইশিনখ্রবা ! হুম । নুঙাই, নুঙাই । হে পৈশা হাঃ হাঃ হঃ ( কপ্পা ) হরদ্বার বৃন্দাবন মথুরা, ঐগী ইচা অহুমদং পোকপদা লৈখিদ্রবা ইপা ইপু শাগৈ লোইনা মুক্তি ফংগদৌরি ! ( কপ্পী ) ।

ইবোহল—করম তোদুনা মী থাঙ খিন্নব য়াওরুরিবনো নঙবো ? করম হায়না সুমহায় থোরক্লিবনো হায়রানি ?

তোনম্না ফবে ফবে। মঙোন্দা রা ডাঙবীরুরনু, ঐঙোন্দদি নখোয় লোয়নমক চপ মান্নে। অমনা থাঙ পায়বা, অমনা স্কুতর তোংবা অমনা পাখঙ সঙ্গ তোবা। লোইনা ঐঙোন্দদি অঙ্কানি। কনা কনা চাক চাখিগদৌরি ? তম্পাক নঙসু চাক নুং চাথোক্লো, ঙসিদি তুমিন্না অমুক্তা পোথাসি, নপা ঙসিদি রারে ; কৃষ্ণ, কৃষ্ণ । ( রানা শোল্লি ) ।

ইবোতোম্বী—(চঙশিল্লক্তুনা খুরুম্মী) পাজি, পাজিবু ঐনা য়াম্না রাহল্লে । ঐ অমুক পাজিদা অরাবা পীজররোই ঐ চৎচখ্রগে ।

তোনস্না কদায়দা চত্তৌরিবনোনে নঙবো ? নঙগীদমক্তা পৈশা তিংলে কদায়দা অমুক চত্তৌবিবনো ।

ইবোতোম্বী—ঐ ইমু অসিদা অমুক খোঙদাজববোই । ঐ অস্তুম মাঙজখ্রগে ।

তোনস্না—ইবোতোম্বী । ইবোতোম্বী । ( মপান্দা থোঙ থিল্লকই. ইবোতোম্বী পাখত্তুনা অমুক চেনশিল্লক্তুনা লোৎখি কনানো ' থানা অমুক তল্লক্লব্রনে ইবোহল ? ইবোহল অমুক্তা য়েংউনে । কৃষ্ণ । কৃষ্ণ । ( ইবোহল থোকখি ) ।

ইবোহল—( চঙলক্লুনা ) ওজা বীরেন্নি । চঙলকপা য়াগদ্রা হায়বা ?

তোনদোনবী—ওজ বীরেন । ( চেন্দুনা লোৎখি ) ।

তোনস্না— কবিগীনো অস্তুক থেঙলবকানসিদা—চঙলকউ হায়য়ুদনা ।

ইবোহল—ওজা বীরেন লেঙশিল্লকউ । তম্পাক মোড়া অমা থাউ ।

( বীরেন তপনা তুকথন চঙলকই, তোনস্নাদা খুকমই, তম্পান্না মোড়া থাই ) ।

তোনস্না—ইবুঙো ফমউ, কবিগীনো ওজানা অস্তুক থেঙলবকানসিদা ?

বীরেন—( রানা ) খুড়াইবুংগে, ঐব ব্রাবৌবিগন্নু । ইবোহল বার ঐবু ঙাকপীয়ু । ( মপী তবং-তবং চেন্দুনা লৈ ) ।

ইবোহল—কৈদোবগে কবি তোনববগে ? ঐখোযনা মতং পাংব য়াবা কবিনে তাকপীয়ু ।

তোনস্না- ইবুংঙো ইচাদি কবি হায়নীংই —ননাও নচন অনী অসি নঙন লাইবিক তম্বীবিবনি ইচানা হায়নীংবনা কবিনো ? ইপাখোয়দি ঙসিদি ওস্তোকপা অরাবা অমা তারদনা—নহাক লাকপফাওদ পাখৎলুবেদনা ।

বীরেন—ঐ ···খঙজে, ঐহাক · কুইরে পু অহুম্লোম কাবে মপান্দা ভাইজবিবা। থানা কাওবু ·মা চঙখিবা, চৎখিবা ঐ লোইনা থে'নজে। ঐহাকসু চৎলসিপা হায়না তৌবনি—অদুদা ঐহাক উপায থমা লৈজদ্রদুনা চঙজবকপনি ঐবু ভাকপীযু।

তানম্না—হেঃ হেঃ কৈদৌই হাযবগে। কবিনো ইচানা পাম্বদি?

বীবেন—(বানা) ঐ তোনদোনবী অমুক্তা উনজবা য়াগদ্রা?

তানম্না—এঃ কৈদোহ হাযবগে তোনদোনবী, হায তোনদোনবী, নচ ওজ বীবেন লাকইনহাই, লাউনে—থোবকউ লাউনে।

তানদোনবী—(থোবকই, কন্না) ওজা? কৈদৌনা লাকইনে? ঐনা লাকনু হাযদ্র? ওজা, নচ অসিম ঈকাইবা খঙখিদ্রে। কৈ কান্না লাকইনো?

তানম্না—হায। নঙগী ওজাদা অদুম থকশি-থাশি নাইদবা, তীহৈদনে, গুরুদ লঙজবা হৌনদেনে।

তানদোনবী—কবিগী লঙজকুগবনো! ওজা ঐনা নঙগী পৈশাদু কবিসু হাৎলোই হাযবেদনা। শিংলবোইদৌনা পবপ পবপ হেক্তা তকপসিবু নচ অসিমা ইজ্জৎ ওস্থোক্লা লৈখিদ্রে।

তানম্না—কবিনোনে ভাওনবিসিবো। কবিনোনে রাক্ষমদুবো ঐবু জ্ঞান মাঙলেনে।

বীবেন (রানা) খুডাইবুংডো, রাবৌবীগনু। তোনদোনবী নহাকসু মীদুংশি যাম্না খঙদে। লীবমদাইদদি হেক শিথ শিথদুনা ঐগী পুক্লীং পুংশুম শুদ্ধৎলি ঐ নঙবু যাম্না থাজরুই। হৌজিক নহারু চৎলিবা শাজত্তুনা ঐহাক নঙবু থাজবা

ঙমদরে। নঙ ঐবু ৱারৌগনু ঐহাক উপায় লৈতহুনা চঙসক-পনি, ঐবু ওৎলগনু তোনদোনবী।

তোনস্না করিনোনে ঙাঙনরিবা ৱাসিবু। ঐবু ভাব অমত্তা তাদ্রিনে।

বীরেন (ৱানা) খুড়াইবুংঙো ঐবু ঙাকপীয়ু। তোনদোনবীনা ভোট লেপ্পগী ঐঙোন্দগী লুপা লীশীং অমথক্ লৌথি; লুপা চহুম অমদি ঐগীনি। চাতরেৎ অমদি ঐখোয় ইমাদা মখোয়গী মরুপকী শেল খায়জিল্লকপগী পৈশানি। চাতরেৎ অহুদি পীখিদবা য়াদ্রে, হয়েংমক পীখিদ্রবদি ৱা থোক্লবা তারে। ঐহাক উপায় অমা লৈত্রদ্রুনা....তোনদোনবী নঙ ঐবু ৱারৌগনু তথুবগীনি হায়দুনা পুরুবনি -ঐ উপায় লৈত্রে।

ইবোহল—(মায় ঙাঙনা হায়। লমকেং লমহায়বী, নঙনা ভোট লেপ্পগী ওজাদগী পৈশা পূবা হৌনব্রা? ওক্কবী, নঙ ঙসি লৈরম্মু খঙনি! ( চঙশিল্লি, তোনদোনবীগী মশম পায় )

তোনস্না—ঙাইখোনে। ঐঙোন্দগী চামঙা অমগা নঙগী ওজা বীরেন্দগী লীশীং অমগা লৌরুরিবরনে তোন্দোনবী?

তোন্দোনবী--(শাউনা) ভোট লেপ্পবু লীশীং অমা চামঙানা ওকপরা? লুপা লীশীং অনী হেন্না চঙলীবনি খঙবরা? ওজা নঙবু পৈশা অদু শিংদ্রবস্নু য়ারে হায়খিদাইনে? নহাক ঐঙোন্দা নমথাক তৌরিব্রা? নমায় অদু ইকাইদ্রা?

বীরেন—(শুকথনা) নহাক্না ঐবু চানবীনি হায়খিবা অদুদা হায়খিবনি। হৌজিক অশাই নঙনা নঙগী পাখঙ মরুপ অদুদা চৎখিবা শাজত্তো উরুরগা ঐহাক নঙবু থাজবা ঙমলক্রুরে। খুড়া

কুইনা কাজিন্দুনা লৈবা ঙমলক্তবে। ঐবু ফুগে হায়রবস্থু ফুন্সিয়ু ঐহাক ঈকাই ইকি হুন্দোক্তুনা চঙজরক্লবনি। তোন-দোনবীনা চৎলিবা শাজৎ অসিনা ঐ মাবু অমুক থাজজবা ঙমজদবে। অতুগীস্থু মথক্তা পৈশা লুপা চাত্তরেৎ অতু পীথোকখিদ্রবদি রা থোকপা তারে। ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।

( তোনম্মা শুকথহুনা লৈ )

তোন্দোন—নুপানি হায়বগা ইজ্জৎ অতুক য়াম্না য়াঙদবা—থুই। ( তিন শিৎলি )।

ইবোহল—নুপীনি হায়বগা ঈকাই নাইদবী, ওক্তবী নঙবু ঐনা ইচলনি হায়না থমখিগদ্রা চৎলু চৎলু—( কম্না ফুই। )

তোনম্মা—( হোগঙ্গনা ) ঙাইখোনে, ঙাইখোনে। ভাব অমুক্তা তানখিসিনে।

ইবোহল—( শাউনা ) করিগী ভাব তানগদৌবিবনো ? অসিদগী হেম্না ভাব তানিঙাই লৈতে। নচানুপী অকাওবী অসিনা কৈশু খঙজদবা ওজা অসিদগী লুপা লীশী অমা লৌথোক্লে, মাগী নুপা ওইনি হায়শিল্লে, অতুগ পাখঙ অতৈদা····( ফুহুনা ) চৎলু, চৎলু, ইমা অসিদগী লাপথোকখ্রো, চৎলু মবুং মৌপ্বা, ইজ্জৎ মাঙহনবী চৎলু, চৎলু—( ঈল্লি )।

তোন্দোন কৈ লৈবীরোই য়ুমসিদা লৈবীরোই, হায়—ওজা লাউ নঙগী নুপা ওইবিবগে লাউ—চৎসি হোগৎলু। অতুগা নঙগী পৈশাদি শিংঙরোই—ইশা ওইনা লৌজো। লাউ।

তোনম্মা ঙাইখোনে। ঙাইখোনে। অতু হেক য়াবরনে ? লৈকায় খঙনবক্তুনা রা থোরুবা তাবেনে। হে ঈশ্বর। ঐগী পুন্সি

অসি ওস্নোকপনিদা ( কমথহুনা ) ইবুংঙো ওজা নঙগী পৈশান কয়া হায়বা ?

বীরেন–লুপা লীশীং অমনি খুড়া ইবুংঙো। লুপা চাতরেৎ অমনা ইমাখোয়গী মরুপকী শেলনি। চহুম অমদি ঐগীনি।

তোনস্না—করে, য়ুম অসিদা থোক্লিবা থোঁদোক অসি লৈকায খণ্ডহন্দুনা রা রা লাউদুনা ঐহাকপু শিরমদাইসিদা ঈকাইবা নঙলুবা হৌনদ্রে। সে সে নঙগী চাতরেৎ অমদি ইপা পীরগে! চহুম অমদি নহাক্লা ওজা ওইরগা ইচানুপী ছাত্রী অসিগা খঙন চান্নরম্বগী মমল ওইবে। মনা-মনিল নাইরন্নু। সে সে লুপা চাতরেৎ অসি লৌবো। চৎলো, চৎলো।

(বীরেন পৈশা লৌরগা তুকথদুনা চৎখি)।

ইবোহল—অসি য়ৌনা মোৎলবা, তুক্কচখ্রবা য়ুম অসিদা লৈদুনা ঐহাক শোয়রবনি। লৈহৌরো, মীহাৎপ ভমগা, গুক্কবী অমগা, চক্রি অমগা, পাজিগা লৈমিন্নহৌবীবো—ঐ য়ুম অসিদা লৈদুনা ঐহাক শান্তি ফংলোইদৌবে—

তোনস্না—নঙনা কদায়দা চৎপা য়াগদগেনে ইবোহল ? নঙদি ইচানুপা অহলনি—ঐ শিখ্রগা পিণ্ড পীবিগদৌরিবনি। য়ুম অসি নহাক্লা পুহৌফম থোকই। নঙ চৎপা য়াদে। নঙনা খাইগী মকোকনি। নহাক্লা তাইশিন্নবা, অকবা তান্নবা হোৎনৌ। হুম! হুম! চাতরেৎ ভমস্নু নাস্নোকখ্রবা। লুপা চনীখক লৈরি। অহুনি, হৌখিবা মপোক্কী তৌখিবা পাপ—রাধে, রাধে....
( লোইনা তুমিন্না লৈ, ভহাক লৈরগা তম্পাক কিরুক খুমহুনা তোনস্নাদা থুরুমই।)

তোনম্বা— কবিনে ? নওগীনা করি রাকৎনো ?

তম্পাক পাজি, ঐহাক লৈদ্রুনা যুম অসিদা অরাবা য়াম্না থোক্লে, ঐহাকস্তু ইপামদা চৎচখ্রগে—পাজিগী সেবাদি মাইস্নান সুনীতা দেবীবু তোইহনবীরো ঐবু থিনবীরো পাজি।

তোনম্বা— কবিনোনে নওনা হাযবিবসিবু তম্পাক। ঐবু ভাব অমত্তা ওাদ্রেনে।

ইবোহল উম পাজিনা খবচ তৌদ্রিবসি মঙোন্দদা ঙায়বে। অদু চলাক্লি পাজি।

তম্পাক চলাকী নচ্চদে পাজি। ঐ পৈশা পামজদে। ইনাওনুপী ওশেংনা চম লৈববনিনা ঐ লৈবগী কবিস্তু কান্নদ্রে পাজি। নহালমখে মশক খঙদ্রিঙৈদদি ফাগি ওইববোই নীংলুই; হৌজিক্তি ফানি নৎলমদ্রে। ঐহাক্না অমুক ময়ামদা অরাবা পীদৌ শব্দক নি ইপামদা তঙা অত্তম অসি পুবগা চৎচখ্রগে পাজি।

তোনম্বা হুম। হুম। নওগুম্বা ইমৌ থেঙনদ্রি, নওগুম্বা ইমৌ লৈতে। ঐগী ইমৌ অতোপ্পা অমুক থিব য়াদে। ইবোহল নওগী লপা লীশী অনী হুদু শিংলক্লগনু, তদুগা তম্পাক্কী মথরায় নুঙাইহন্দবদি য়াদেকে। নও মদুগুম্বা রাখল ঙসিদগী থাদোকউ। ফবে ইবেম্মা, সে সে লুপা চনী অসি নওগীনি। নহাক মসি লৌশিল্লো।

তম্পাক ঐহাক পৈশা পামজদে পাজি।

তোনম্বা—সে সে লৌশিল্লুনে নওগীসিদি ইপানা য়ানা পীবা পৈশানিনে —যামদি থামদ্রে- সে সে ( তম্পাক লৌই )। বশ। পূমকোক

কোক্লে—শিৎ নাল্লে! (বাক্সি ফাক লাউনা তাহন্দুনা খুমজিল্লি, স্বর শাংনা হোন্দোক্লুনা) য়ারেকো, নখোয় লোয়নমক্কী নীংবা থুংলেকো? নখোয়গীদমক ঐহাক্না লৈজবা পৈশা তিংলে। ইমুং মহী লাওদনবা শীল্লে। ওসিনা অরোয়-বনি। তুংদদি পাজিদা অমুক হায়রক্লগনু। নখোয়না জ্ঞান তানা রাখল তৌদুনা য়ুম অসি মনা মনিল নাইদনা পুহোবো। হৌজিক্তি ঐসু ইশাগী নুংঙাইনবা অমুক য়েংদবা য়াদ্রে। তম্পাক, ঐগী ফিরোন্দু শুদোক চামথোকউ। ঐ হয়েংমক তীর্থ যাত্রা তৌখিদবা য়াদ্রে। ঐ তীর্থ চৎলগে।

ময়াম—পাজি!

ইবোহল—পাজি, করম্না তীর্থ চৎকদৌরিবা? পৈশাদি লোয়না লোইথোক্লে। পাজিনা করম্না তীর্থ চৎকদৌরিবনো পাজি?

তোনস্না—(মোমোন তৌদুনা) ওসিগী ফিভম অসিদা ঐহাক য়ুম'সিদা কুইনা লৈবা য়াদ্রে। ঐ হয়েংমক তীর্থ চত্তবা য়াদ্রে। ঐহাক্না নখোয়দা তাক্তবনি। ঐগী লুপা লিশিং মরি অমসু লৈরি। (ময়ামদা য়েংই) হিঃ হিঃ হিঃ নখোয় কনামক্তা খঙহন্দনা লো য়েনবগী শেল চাবদা খাকচিলহৌবনি। লিশিং মরি অমদি নখোয়না লোইথোকপিরে--অতোপ্পা লিশিং মরি 'সিমদি ঐ ইথন্তা লোইথোকচক্লরগে—রাধে রাধে, (চঙখি)।

ময়াম -পাজি পাজি (কপলি কপলি লৈহৌই।)

# য়াওগদবা মীওং

**নিপা—**

১ ইবোপিশক ন ১
২। ইবোপিশক ন ২
৩। তোম্বৈ ( সি. আই. ডি )
৪। মুহোং একা ( শিব শম্ভু )
৫ শগোলমেল ম্বর
৬। শান ঠাকুর
৭। বুধ সিংহ ( ব্রাঞ্চ মেনেজর )
৮ তম্বল্লম্বম আচৌ ( মহাজন )
ষ্টেজমেন ( ফিমু শেৎপা )
ভাবোক ন ১
ভাবোক ন ২

**নুপী -**

১। ভাবতী ( রাহু )
২ মায়পাকপী ( কেতু )
৩। বিবি পার্ব্বতী ( চৌং নুপী )

# হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্বে

মতম—নিংথমখাগী নুমিদাংবাই।

মফম—লঙ্কাপুরগী, ভাবাদা শানবা কা অমদা, সহরগী নোংচুপ চিদাইনি, লমজাওহু মী খরা চীকই।

[ মেজ অনানবা অমা থাবি, মথক্তা কোল্লি বেল লৈ। অকোয়-বদা চৌকি অহুম থাবি। মীহুৎথোঙ হাংঙি, মীদি অমত্ত লেবা উদে মাঙ্গোন্দা চেবা অমদ চাউনা ইবগা থেৎলি—থবক হাঙই, তলব ৩০০-৫০০- ০০ ১০০০।

ইংবাপিশক নং ১ অমদি তোম্বৈনা মফি মোলপ (থবক কংদবগী) শেৎ, হরা চাব লাকপদা থেৎলিবহু পাই, ভরৈ, মী কোয়না নেংমিন্নে অনাওবপ লা তৈক্লে।]

ইংবা ১ থবক হাঙই, তলব অমুক অমুক ·····ঐখোয়বু মনমনা খঙলহুনা কনান লকনবিবনো? অওইববু ওইরবদি ৫০০ চাবদা বাজারগী দোং লৌশী মঙাহু পীগে। থবক, তলব চাবা অমা পান্দ্রি হাযহুনা মশানস্থ মম মপানস্থ যাবৰী অমা য়াক্লহুনা লৈবে হায়বনি ( চেদা ভাঙউই )

তোম্বৈ—ভাইখোনে, চেনা খুম্বা হৌনদেয়ে। ( ভক্লা কোয়না য়েংলগা ) লঙ্কাপুরগী নোংচুপ চিদাই মিত্রং রোড, ইবানিনা নুতিগী হরা-চাবা চৎপা লম্বীহুনিনে মসে। নমিৎ ইমিৎনা উরিসিবু অচুম্বাও?

ইবো ১—লম্বীবুদি চুম্মী, কৈদৌববগেনে?

তোম্বৈ—ঙবাং নহালদি উদে, ঙসিদি তম্মবিবসিবু লেনুংদৈ লৈবাক্কৈবা নত্রগা অতিয়াদৈ তাবকপা লাম্বৈ চাকপগী তাঙ্গাইবাও

ইবো ১ -ওইনীংবা ওইজসন্ন তলব ৪০০/৫০০ বু চাববদি লুহোংবা নুমিৎ লেপ্লব্বা যাবে

তোম্বৈ—ঙাইখো, বব বাস্তোন তৌবকখিনু। মবোল কুপ্না থিগৎখিসি রা অমতা হংজগে? কনা কনা লৈবগে? তাবিবিব্রাও? (মিতুৎখোঙদা যেংই। কনাম্ব লেবা উদে। রাবোই পোক্ত্রি পুরেখ্র। (ইবোপিশক্না কোল্লিং বেল থীংজি)

ইবো ১ মী মখৈ কদাইদা চৎখ্রিবজাৎনো?

তোম্বৈ—কামদে চৎলসি ভায়. ওমববনি। ফাগি পাম্ব কনাগুম্বা ভূতন থবক তাঙলে হাৎবা খঙলদুনা লরুবনি। কাম্নদে চেনপ্রসি (মখুৎ পায়নৈ কিবনা)

ইবে ১—কন. কন। কনা লৈবগে? ভূত ওইববস্থ থোবক্লো ঙাঙনসে থবকপু পাগে হাযববদি লুপা কয়া পাম্বগে?

তোম্বৈ—লম্বীসে মী চৎনদে নুমিৎস্থ তাগ্রে ইলেকট্রিকস্থ থাঙ্গৎতে চৎলসি ভাযা ইবোপিশক, মমথবগা মথোঙ চারোই (চৌংই অমত্তুরু)।

ইবো ১—ঙাইখো কিনু, নুমিৎ তাবদা ভায়বি। চৎসি হায়রবস্থ ইরিবসি মী অতৈনা উখিদনবা—(খব্বব চেনা অমনা খুম্মুই)।

তোম্বৈ মী লৈতে, লেম্মা হনবা হৌনদে। (য়োৎকী চৌকি অনী থুপ্লগা মখুৎ নাম নামদা) অমত্তু নঙগী ওইজরো, লাও হায়।

ইবো ১— করিনো তৌরিবহুবো ? ( নেম-না )

( চৎপা তৌবদা কিমু শেৎপা ষ্টেজ মেনেজরনা খুদোম্বীনা থম্মু হায়না ইঙ্গিৎ তৌবদা হান্নগুম কি-না থনম্মি, হনীহু চেনবগুম কিনা চৎখি। কিমু শেৎপগী মনঙ্গন্দা "ষ্টেজ মেনেজর" হায়না ভ্রোন থাই। )

( মুহোব একা, পায়জম শেৎ, গরুরা মচু খুদাং লাওবী লিং ক্রিষ্টেল বোল অমা পায়বগা য়েংদুন লাকই। চৌকিদা ফম্মী। নোত্নুনা য়েংই। চৌংফি শেৎপী পার্ব্বতী লাকই, নোকফেৎ তৌবগা

পার্ব্বতী—খুরুমজবি শিবশম্ভু, দর্শন ফংজবা নুঙাইজবে ( মখুৎ লোন্নবগা 'নমস্তে' )

একা—হুক রানা চৌংদগী ওম্পাকসিদা ? ফোন তৌরকপা যাদ্রা ?

পার্ব্ব—দর্শনস্থু ফংজনীব, অদুগা জ্ঞান হাদপা রাফম খবস্থু—

একা—হংনৌংবা হংউ নঙোন্দগী লোৎকদবা অথুপ্পা ৎমত্তা লৈতে।

পার্ব্ব—ননাইশিং নহাবোল মংাম্থ, নমথাক লৌনম্ব নুংহুম ওইনা থাববা লম্বী অখোয়ব কয়াদা মপুন্সি লেলহনবিরিবসিবু হুংদা কবি থোক্লদগে ধর্ম্ম কায়দবা মীয়াম্না য়ানবা লম্বীদা হিংহনবিবা য়াদ্রব ?

একা—থুপ্লবা লাইরা হংলে পার্ব্বতী, নঙোন্দদি তাক্লবা য়াদে অছুবু.... সে, তাইবংপানসি য়েংউ, ধর্ম্মগী মশক ওইরবা কুরুক্ষেত্রদা নচা নয়া ময়াম্না থেংনরিবা লান্দু য়েংউ। ( ক্রিষ্টেল বোল পীরগা য়েংহল্লি )

পার্ব্ব খুৎলাই পাযদবা চদৎনবশিংগা মবুক থল্লবা অকনবা খুৎলাইশু পায়বিবশিংগা লান তৌনবি, তশোনবশিংব শেক্তুনা চাবিবে। মসিদি য়েংজনীংদে, মিৎয়ে নাবে প্রভু (বোল পী)

একা মতু তাইবংপানগী শক্তমনি, অকনবনা মন্দুন' চানবা। বিশ্ব-রূপকী দর্শনদ্ নুঙাইত্র ?

পার্ব্ব - শা ঙাগী তাইবংপানগ মসিগা খেন্নবা হায়ববু মখল মখা অয়াম্বা মচুগী শাৎনা মীন মীব শুমহৎপদনি। মতু পামজদে প্রভু, সভা সমাজগী চাওখৎপা লীচিংতুদা ওন্তোকপীয়।

একা—চাওখৎপা লীচিং। সভা সমাজ। মতু ফনা ফজবা লোন্দা অমনি মতম্না, ফীভম্, নীগা মীগা খক মান্নবা ঙমদে। খরনা নুঙাইনা পান্নি, মীয়াম্না রানা লেল্লি হিংদবদি য়াদে মবুক থন্দবশিন অথনবশিংগী মথক্তা লাল কয়া হৌবি, সত্যাগ্রহ তৌনবি। মথায়বক ফবা ফীভম চারবা কাওবুনা শান্তি পাম্মি, ধর্ম্ম পাম্মি—মতাং তৌদুনা ধর্ম্মগী মিংদা মীবু ওৎপা মীবু পওপহনবদি লোক্তে। ফীভমদুদা মবুক থন্দব-শিংনা হিংনবগীদমক, ধম্মগা শীনদুনা আইন থুগাইদুনা লুট চৎপা তাই, মী হাৎপা তাই, ঙমদ্রগা থরায়গা লোয়ননা হিংবগী পোৎলুম থাদবা।

পার্ব্ব—অকবা, অচুম্বা, আইন, ধর্ম্ম করম্বনা কদোম্না ঙাক্লগা চৎনরিবা ? জ্ঞান তাদ্রে প্রভু ?

একা—থুপখবা খিবিক্তগী খাইদৈ ঙক্লবা রানি নঙনা হংলিবদু প্রিয়ে। অকবা, অচুম্বা, ধর্ম্ম, আইন হায়বসি মিৎয়েং মিৎয়েংগা মরী

সেনবা বাখলনি .পোৎ তুবানবা ধর্ম্মনি, তুবান্দ্রবদি হিংব উমদ্রবশিংদদি। মতু পোৎ মপুদা অধর্ম্মনি অবানবা আইন কায়বা থবক্নি। মতীক লৈবা, মক্ষম চাউবা অঙম্বনা শেল চাবদি, অবানবা থবক তৌবদি, ধর্ম্মনি : পৃক থন্দবশিংনা পিগৎপা অচুম্বা নত্তে আইন নত্তে।

পাব্ব—লাযববন আইন কায়বগী লৌচৈ. জেল অঙম অথোম্না আইন কাযবগা দলাল কাল।

একা—মতুনি বিবি পাব্বনি, বিশ্বরূপ দর্শনগী ভাব ওাগদব। মবম অতুনা আইবংমীন মীচ কন্নবা থৃৎ লিনবিনা, শেম্নবিব রাজনীতিগী পার্টি কথা, পাণ্ডব কৌবব, শিবসেনা, লচিত সেনা, নাজি ফাসিষ্ট নক্সলাইট অমদি গান্ধীইট। মীচংবু কল্লবদি ইনাত খুনবগী পকৈদগী কোৎলগা লায়ববা ময়াম্না য়েন্নবা, সাম্যবাদান।

পাব্ব—ওতুবু হৌজিক্তি সমাজনা ধর্ম্ম অমদি আইন শেমতুনা থম্মি, মতম কুইনা মীযাম্না ইকাযথুম্নবকইবা মতুব শীংনববদি চদৎ-নবশিংতু অরাবদ ওাবোইদ্র ? সনা বৃদ্ধি তৌবিয়ু।

একা—চদৎনবদগী হেন্না ব্রানিংঙাই কবি লৈবি ? জেলদা থমখিবা নন্ত্রগ হাৎখিবনা ফঙ্গ্রাও ? কুরুক্ষেত্রদ ভিক্ষা নিতুনা হিংবা, সমাজগী ধর্ম্ম অমদি আইন হিংনবা থরাযবু কংহনবা, মীগী হৌনলীচৎলাও ? হিংনবগীদমক কবিগুম্বা থবক তৌবা ধর্ম্মনি পার্ব্বতী, .যরুবগী কৈশুমশঙদগী .চল্লরুবা খোঙডাকপা হাৎলম্বা

পাপ নত্তে, প্রিয়ে। ব। য়ামহনা কান্নদ, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা মী হাৎলু হায়বা য়ানবা তাকখিবা রা লৈ। ধর্ম্ম পুম্বা থাদোক্লগা ঐনা হায়বা ইল্লু, রাকনু, নঙবু পাপ পুম্নমক্কগী ঐনা লানবীনি (ভাঙলিবদু তানা গানা ভাবোক অনী চঙলক্লনা ফম্মে স্টেজগী মতাই অমদ)

এক।—কবিনো কবিনো? অহ-- হনী?

ভাবোক ১- ভাবোক্কি ঐখোয়, খব নক্ক তাবা ফনবা লাকচবনি, রাবৌবা য়াদে। (খূৎ লায়ে)

ভা ২—অরানব থবক তৌরগা মত্থগী পাপতুনা লাদা কথোকপা য়াই হাযবদু নুঙাইমনগ্রহুনা ওজার'

একা—পাপ হায়বদু পক্কীংদ নপ্লিবা লায়থুংনি।

ভা ১—কনানা নপ্লিবা?

এক—ধর্ম্মগী কারবাবীশিনা থাজবনা মম ওইহুনা মীগী পুক্কীংদা নাহনবা, পাপ পাক্কে থাজবগা থম্নাদা ইশিং পক্কবগুম্বনি।

ভা ২—মহুদ ইবুংঙে। পাপু, পক্কবসু হুবান-চাওবা, ফুবিৎখাও চপ্পশিংগী খজাইদা থূবাক, নঙ্গন্দা চৈকম পক্কাল্লিদ।

একা—মহুদি অহল ফেল ওইবগনি, মফম চাউব অওম-অথোকাওবা ফেল ওইরবদি সাস্পেন্দ ডিসমিস

ভা ১—তুমিন্ন লৈয়ু, য়েৎলুখিনু হৌবদা ঙায়রি, লীশাং থাহল্লগা কুক শুংলব মতমদা চুমপোকসে।

ভা ২—চৎথবীয়ু, চৎথবীয়ু।

একা—নুংপাক নরবা মীদি পুকথন্নবা কবিগুম্বা থবক তৌবা তায়। চৎপা ভমদবা পাম্বী ফাওব। নুংশা থিবদা মশা ফন্দোকই, লৈহাও থিবদা মবা শন্দোকই।

পাৰ্ব্ব—সমাজনা বাংকপা, চৈবাক পীবকপগী রাদি?

একা - নিংথৌ, অঙম-অথে, খুৎকনবা পাটিনা মীগী ফুবিৎখাও চপ্পা চৌকি থাদোক থাজিন তৌবদি সমাজহু কবিগী তুমিন লেং মনা পান্দে মম্নিং টং হায়ব্রাড? কবি চৈবাক পী? সমাজনা অবানব থবক যাইয হুবানসে, লুট চৎসে লৈবাক মচা পুকথন্দবশা। দলাল লানখৎনবা, কাব তোনবা, লৈমশিংগী মঙক্তা সনা মপান শাৎনবা শেল চানবহু সমাজনা যাববদি পুকথন্নবা হুবান চীন্থী খবদ কবিগী যাবিবোইদগে? লুট চৎসে, চদৎনবশা। ধর্ম্মন পাপ নত্তে। (শাওনা চৎখি, পাব্বতীন ইন্নখি)

পাব্ব—চৎকদবনি। (গম গম চঙখি)

ভা ১—ফাবু ফাদ্রবদি কাববাগী জাৎনা হুবানবনা মতোলনা। কোলদা চেঙ তাপা মহাজন ফাওব শতকমনগী মথক্তা, লক্ষ্মী ত নবা হাযহুনা চেঙ মুৎ অমদি খৎথনবিবনি।

ভা ২ - তাধন হুবানবনা যাম্বা লৈবাক্তদি হুবান্দবা মীশিংবু ফাদোক পীনগদ্রা?

ভা ১—ফাদোকমক খমদ্রবসু লোমীশিং, ওঝাশিংবু পাঙদবগী নত্রগা তনবগী খাজনা খবদি থীহল্লনি।

ভা ২—নমথাক লোনম, হুরানচীন্থি তম্বিনবা স্কুল, কলেজ, লাই-বিক, ওজা লোইনমক হোংবা তারেদো?

ভাঃ ১—মশানা তারবনি, নত্তে, তুবান চৌস্থী, নমথাক লোনম, শেঙ্গা থুমজাগী মতেং য়াওদনা ইনাক খুনখিবা কয়া য়াওবগে ?

(শনিঠাকুর অভাউবা শেৎপা শগোলসেল গুরু অশংবা শেৎপা, মায়থুম হাপ্লগা খোবকই রাবী শাদুনা।)

শনি—মুহোব একানা নুমিৎ ওইবগা ঐখোয়ন গ্রহ মচা মচা শাদুন মাগী মনীং তম্বদুদা উওদুনা কোক ভাওবসিব নুঙাইহিবিব্রা গুরু শগোলসেল ?

শগোল—হিংবগী অর্থসি শিন্নব খাওবা হায়বদুনি শনিঠাকুর

শনি—গুব ইবানী অমুক শাসন্সি পায়বসিনে

শগোল—ইথক্তা লৈকা তাবকওইদাও মিত্তা উফুল চওদুনা তৌক্রবদি ?

শনি—মাগা তিন্নবগী মি চৎস্থ মাঙলে, শনি নীব হক্কোইদবা মী লৈত্রে। সাব খল্লসি হায়ববস্থ মীনা থাজদবা লৈত্রে। মতো হয়াম্ব নানা চানীইবা নাপলসিব খাঙবা রাদ্রিব্রাও ?

শগোল—মাবু মাঙহনবা যাদ্রি ঠাকুর, ঐগী নওগী লন থুম, মিংচৎ মতম মাওথিবশিংদুগী ক্ষতিপূরন ক্ষনব মাবু য়োকখিবা তাবি ক্ষনা নুংশিদ্রবস্থ।

শনি—মাবু ক্ষাহল্লবদি মনাদি চাউনি, ইবানীগী ইরালস্থ ডাকপীয় য়াবা য়াট।

শগোল—ঐখোয়না তৌখিবা কোলেবাগী জার্মগী মহীকমুক য়াম্ব পাপশিংদু কনানা কোকপীগদগে শনিঠাকুর ? নীংহন্নবা কান্নদে, তাইবংপান পৃম্ববু জয় তৌবা, অমুক ক্ষীবাল হান্নগৎপা সহর

খুদিংদ নত্রগা ঙমম্বদা িঙ্কুন মাঙখিবা অসি মন্তনা ঐখোয়গী লম্বী অটৈ লৈ:ত।

শনি—ঐখোয়গী থবকসি মহৈ পবপ পবপ য়ামহন্সি হায়রবদি ধর্ম্মগী লাইরিক অমদি াইশঙশি সি মৈদা লোইনা থাদোকপা কে। (মুহোব একা ফিম্ ংশং, ফিমু তাফসাই অম লিং, মায়থুম হাপ, লাক্লগা)

একা—ধর্ম্মব মেপা থাদোকপসি, শনি ঠাকুর, লাইবিক অমদি লাইশঙ মাঙহনবনা ওইদ থাদে মীয়ামগী মবুক্নীংদা লাংলিবা ধর্ম্মগী রাখলদু মনিল ওইনা পাইথোকহনগদবনি। থবক্তা থরায় দাওনগদবনি, ধর্ম্মনা মীবু নহল্লি, অধর্ম্ম পাম্বা অঙম ওথোকিন পুঙাইদাইফাত্র তায়বা খঙনবক্লগ ধর্ম্ম মথন্দা শিজখিনি মে থাকহনবগু।

শনি পুলিশকা চেবাক কিবন, হরান চাম্বীবা মশী ইয়াম্নু য়াম-খঙে

শগোল য়াম্দে হায়বদি হায়নু, মবুক থন্দব, যুম্বাল ফত্রিবা, সনা শিনীংবা, কাদ ভোনীবা পেন্দবা মী, হুগে লাক্কে ফাদ কাবিন্ন হায়ব ঐখোয়গী মীচং য়াম্না লৈশ্রবপোংনি পৃথিবীগী মফম মফমদা।

শনি—মখোয়শিংদু ঐখোয়গী কম্পানিদা মমিং চল্লব্রাগে? ঐখোয়না সত্যাগ্রহ নত্রগা লুট চৎলসি নুংথিন্দা হায়দুনা কৌবা মতমদা লোইনা লাকদ্রাগে?

মুহোব—লাক্লবা ঐখোযন মখোযবু মমি চলহনগদবনি মক্ম মক্ম মিটি তৌকবা তাবনি, হূবানবদা মপুনা ফাংনবা মহৈ তম্বিব তাবনে শনি ঠাকুব। অতনব মীনা তাইবংপান্দা কৰি তৌবা ওম্বগে ? লুট পাটিগী মী খোম্ববু কযা রানি ফাবা ওম্মাই থাজহল্লবদি তঙহীং অমদ ইনাক খুলহনগে কনা কনানো নম্গিং চল্লো। মং মনাদা অমুক্তা তাংহল্লু মী ক্রাব কযা লাকনি।

শগোল—ফাংনবা মহূবাল, শেঙ্গা থুমজা অঙম ওংথোশিনা তৌবগুম বৈজ্ঞানিক ওইবা শোযদবা পান্থে লোব হায়বা খঙলবদি মী যাগ্নি

শনি—তম্বীগে হাযবদা ধর্ম্ম কিহূন যাদ্রিবস্থ মণী ফন বাস্মি।

একা—শনি ঠাকুব, নমিৎতুনা খনা যদুনা পশাদ তাহল্লু মীশিদা দশা কাকব ডাকু থোবক্কনি, ডাকুনা ডাকাতি পোক্কনি, ডাকাতদগী চেল্লাক, চেল্লারা খুবিৎখাওচপ, ফুবিখাওদগী শেঙ্গাওলাক, শেঙ্গাওদগী উপুশোক্ক, উপুশোদগী লুট, লুট্টগী উৎপাৎ, ননথাক লোনম, থাজহল্লগা হাৎপা, মম মপা, মকপ মপা, মবী মচ খাকনদবা, ওজা গুরু, নুপী অঙাঙ, নুংশিনবা খঙহন্দবা……মপুংফানা নী তম্বা হি বঙম্নবা।

শগোল—নিথৌ, অঙম ঙাথো, মনাই অচানবশিনা শন্দোবকপা ধর্ম্মনি পেন্দবদগী, ঐখোযন ধর্ম্ম লৌবিবনা হিংবা ঙম্নবা নুংশাস্নব হোম্নব।

বুধ—(স্টুট-টাট) খুকমজবি গুরুশিংবু, ননাইশি থবক হাপ্পগী ইণ্টবওিগ্ন মতম ওইবে।

মুহোব—খ্বাইদৈ মতিক চাবী অনীদা, ওসিদি-থবক য়ামখ্রে (ঘড়ি যেংই) (ওহুজ শীনবশিংনা চৌকি অমস্থু থারৈ। মায়খুম লৌথোকই অতুমহু, সাড়ী শেংপী ভাবতী লাকই, হেগুবেগ অমা পায়বগা কেনা।)

ভাবতী—নমস্তে গুরুশি।

একা চৌকিদুগী ফম্মু। (ফম্মি)

ভাব—থক্ষ যু সান

শনি—থবক তাওলবা মতমসিদা থবক ফাগে হায়রবদি থাজমানবী লাইবকফবী অমবু উস্থব।। মতুৎ শিনব ফত্রাও ?

ভাব—ফবিবনে, কনাবুনো এনা মায়হীং কাহন্দোবা মীদুবো ?

শগোল—নমি কবি কোই ?

ভাব ভাবতী কোজৈ

শগোল—নমিদু ওহংউ, বাহু কোবো। মীবু মায়হীং কাহল্লগা নহাক ডানখৎনবা

ভাব তলবপু চাউহনবিববদি বাহুগী থবক খওদে, তেঙ্গালীগী থবক খওদে বেনা লৈজদে ইমান্নবনা কাব, দলাল, সনরীক, মনাই মশল, ঐ অমদি এগী মবী মতানা পুকফাও নীংথিনা থন্নদে, অনা ওয়েক, ফদি ফরা . .. ।

শনি—নওবু ফনা নফি নান্না উইদা, নওস্থু নংব্রা।

ভাব লম্বীদ মতৌ মান্নবা রাইংকপনা অয়াম্বনি। থবক নোম্নবা শেলস্থু মীওান্দগী পূজদোবিবনি।

শগোল তলব কয়া চাবা থবক পাম্মী ? লুপা কয়া তিংবা ওমদগে ?

ভার—পামজবদি লুপা ৬০০ ৭০০ চাবনি, নত্রবদি মীয়াম থাকপ কোন্নরোই। থবকপু কবি কবি লৈবিবগে? শেলদি পংয়াম য়াম্না পিজনিঙায় লৈংে চানবীদুনা নুংশিবীয়।

শনি—শেল নত্তবা কবিগুম্বা কনাগুম্বা অমত্তা ঐখোয়দদি নুংশিদে মহু ভাব তাউ নহাক নাইহব কবি করি হৈ?

ভার—বিঃ এঃ দা অঙ্গমক ফেল ওইজরে, লীলা জগোচ ঈশৈদদি সেকেণ্ড ক্লাস ডিগ্রী পাইজ।

একা—লাইরিক য়াম্না হেত্রবস্থ মীগী মচৌ তম্ব লীলাগী একটিং ফববদি তলব চাউবা থবক ফনি। কম্পুনা চাকনিবী পাব. নোক্তন বাণী শাবহৈবী মী য়াম্না দবকাব লে।

শনি লুপা ২০০/৩০০ চাবা থবক, চাক্রিবা চাকিবী, অচা অমদি অহল গাডী মথাং অমা কৈথন্দ সহবদা থাদোক্লগা শেল নিহনবা, চেঙ নিহনব, মানা ফংলকপগী তঞ্জায় তঞ্জায় পাথ্রগ হবেথনা কম্পানীগী ওইবা, মহুগী থবক্তু শিনবা পামব্রা?

ভার—মাহু নত্তবা হৈত্ত খবা লম্বা লেবিদ্রা?

শগোল—পাখঙ লৈশাবী নমান্নবা খবা খোমগা জীপ্পা শেল থায়বা, নিবা, চেবিটি টিকেট য়োনবা, ফজবা অবেন্না থবক্কী মালহল্লগা ঈকাইবা খঙদব হৈনগদ্র? মহুনা তলব ২৫০/৩৫০ ফাওব থাদা ফংনি।

ভার—খব হেন্না লেম্বা, ঈকাইনিংঙাই লৈতবা থবক। শেল খর, য়াম্না তিংলবস্থ তৌজগে।

একা —নমিং নথা লৈফম মেনেজরদা ইতুনা পীবম্মু। থবক্কী অকুপ্পা মথোলস্থু মঙোন্দা হংউ। হয়েংদগী অয়ুক পুং ১০ দা কাবকউ।

ভাব থবক্তি কাব তোংবা, লুপ ৫০০/৫০০ থা। চাবনিদে?

একা—শোয়রোই করিমত্তা চিংনবু। (মহাক নমস্তে তৌবম্মগা চৎখি মায়কৈ অমদা, কোল্লীংবেল খীংবদা নাকল শমদগী মায়পাকপী মৈতৈ ফনেক্ল কেবগা তেংগুবেগ অমা পাযদুনা চঙলকই, নমস্তে তৌবৈ।

একা—চৌকিদুদা ফম্মু, মৈরানবী।

মায় ঐগী মিং মৈবানবী কৌজদে।

একা— করি কৌই অদুদি? নশক্ত অমুক উথ্রবগুম তৌই।

মায়—মায়পাকপী কৌজৈ।

শগোল—মহুগী মিংদু য়াংবোই, ঐখোয়গী কম্পানিদা থবক তৌগে হায়রবদি। নঙগী নমিং কেতু কৌবা তায়, নথবনা ৩৮।

মায়—করিগী কেতুকি কৌবিদৌবিব। ঐদি লৈবাংস্থু নত্তনা?

শগোল—কেতুকী নত্তে, কেতু হাযবনি। নঙ থবক ফংদদুনা ঐখোয়গী কম্পানিদা ভ্রংভ্রং ভংদুনা উঙদুনা লৈদুনা চঙলকইবা কুইবে গ্রহ উপগ্রহগুম মাম অদুনা কেতু শাহুগুম্ব।

মায়—মহুদি চুস্মি। থবক ফংনবা, যুম্পানবা ফঙনবা, লৌ ইঙ্খোল, লন থুম, লীক কোল লোইনা বক্ষক থমগ্রে। ঐনা কম্পানিসিদা সিদ্ধা থিঞ্জখিবা মচিৎ মচিৎ লুপা লীশীং মবি শুগ্রে। হন্দকপু থবক হাপ্লিদ্রবদি ঐবু হিংচাবীনি হাযবীস্থ, ঐ মহু মাল্লবা থবক পায়জরনি।

একা নত্তেগী নবমচৎকী সার্টিফিকেট ?

মায়—লিলাদা বিঃ এঃ জগোয় ঈশদা ওনর্স। য়ুম পাঙ্গদ্রি নিপা মতীকচাবা লৈতত্থনা অফিসতা সার্টিফিকেট লোযনমক পীজখ্রবনি।

শনি লীলাদা বিঃ এঃ পাস তৌরবা নত্তনা তফ্জিক ফাওবা ?০/ ৬০০ চাবা থবক. অমদি গেজেটেড অফিসারবগী নুপা ওইবা ফদ্রিব কবিগীনো ?

মায—থবক নাম্নবা শল মৈ কম্পানিসিনা তাৎপীখ্রবা। অচৌ তশাত্তনা অউনপোৎ যাওদ্রবদি হাযত্থনা খাত্তইবা

শগোল—ইনাক খুনবী অমনা লহো খাত্তদোবা চৎখ্রিত্তেদা মহাক শাত্থনা অল্লক্ত। মথুমদা চত্তলগা ইনাক খুনবা যাদ লীলা হেবী।

মায—ষ্টেজদ উৎপা লীলাদদা হৈজবনি।

শগোল—মত্থনা নত্ত বিঃ এ দে হেন্দবনি। তাইবংপানগী ষ্টেজদা মীতে তমত্থনা মীহুৎ ফজনা শাবা হৈববদি এম এঃ ইনাক খুনবী শইগদবনি।

মায—ঐগী থবক কৈদৌত্তে পীবিনি? ত্তসিব অবেপ্পা অমা তাক-পীদ্রবদি ঐ হল্লোই খত্তবীযু।

একা—নত্তগী বেগতু কবি কবি য়াওবি?

শনি নত্তগী থবক ঐনা পীগদবনি, বেগতা যাওবিবত্থ ঐত্তান্দা—খত্তত্ত

মায়—করিস্থ থোইনা য়াওজদে।

শগোল—পুথোবক্লো য়েংলসি।

মায়—য়াওদে হায়বমক্তদা যাদ্রবদি (ছুবী অবংবা অমা লৌথোক্লগা মখুৎনা পায়, বেগতুনা মেজদা থম্মী, ফীভম তৌহুনা লৈ।) ঐগী থবক পীবা নত্রগা শেল হল্লো। নখোয়গী নমথাক লৌনমহু খাবে।

(বেগতু মনুংদা পায়হুনা য়েংবদা খন্ট, টেবলদা হৈদোকপদা লিন ওইবমহুনা খনৈ, ভক্লে।)

একা—ইমুং কয়াগী অফিস কযাগী অবোনবা পাউ পীবা সিক্রেট সার্ভিসকী এজেন্ট, মীগা খওনবা চান্নব হহুগা হাৎপা যানবা লম্বী থিবা, কাব তৌহুনা কাগনা চৎপা—লুপা ৫০০ চাব পামত্রা নত্রগা শেল হনবিবোব ? শেল য়াম্ফাত্তহুনা খব খাঙবনি।

মায় কাবদি কম্পানিনা পীবিগদ্রা ?

একা--পীগনি, থবক্লা হযেংদগী পায়বা য়ানি।

মায়—শেল কয়া হাপখে হায়বা ?

শনি—লীশীং হনীদং হাপখো, ঐঙোন্দকো। মেনেজর উন্নরু হগে অয়ুক পুং ১০ দা ঐবু থিবকউ।

মায়—থেঙ্ক য়ু, মসি পাম্বীদ্রবদি ঐ পুজথগেকো (নোক্লগা লিন হাপচিনখি।)

শনি—মহু হৈনদে হায়। (কি) (চৎনখি মহৈ মহৈ)

ভা ২—লিন পুথোরকপদা শেঙ্গাবশিংনা খংবহু পেল্লিদা। অহিংবা অত্তম পুথোরক্লগা তান্নহল্লবদি নুংঙাইদোবা।

ভা ১—পূন্সিনা লীলাদৈ হেনবনিনা অশেংবদি কদায়দৈ। শনি শাবনা লিন্দ খবহু ঐদি ওক্লে লীলাগীদি।

ভা ২—ঙাইখো তাধন, মখোয়সিবু ধানানা থিবকত্রিবা সরকাবন ফাবিদ্রিবা কবিগীনো ?

ভা ১—এক শাবিবা, শনি ঠাকুর, শগোলসেল গুরু শারিবশিন্থু লঙ্কাপুবগী তণ্ডম অখা মফম চাউবশি ডাক্ত ওইবমগদ্র হায়বনি। মশক খণ্ডদাও ?

ভ ২ শক্তি মুন্না খণ্ডদে, ওইবম্বস্ত য়াইনে তাধন। নত্রগা অণ্ডম্বশিংগা থানাগা মখোয়গী অমত্তা ওইবা, শেল য়েন্নবা হা ?

( বুধ লাকই নুপীমচা অনী লোয়নহুনা )

বুধ—নখোয়নী নয়ুম পান্দ্রিবী শহামচা ডাক্তনিকো ?

২মক—মানি, হোয়, তাইবুংঙোবু।

বুধ নুপাবু থবক নামহল্লগা হয়া খোই বাণীগুম যুমদা ফমহুনা চাগেদি হায়দনা তলব চাবা থবক পাম্মুবিবা করিগীনো ?

বাহু —অউনপোৎ ওইনা, নুংশি খণ্ডদবা খোইমু কনাগুম্বনা উবীনব হায়হুন।

কতু—তাইবুংঙোবু যুম পানবীদ্রিব্রাও ?

বুধ—( খাংলগা ) হায় কবিগীনো ? নুপী ২/৩ বক্তি চেল্লুরে, থক্ষম লৈতহুনা মমা মপাদা পীথোকখ্রে। লুপা কয় কয়া চাবা থবক্লো নখোয়নীনা তৌদৌবিবসি—শেলনা কয়া কয়া চনশিনখ্রে ?

রাহু—৬০০ চাবনি হায় তলবতি, ঐনা কংশিনখিবা শেলনা লুপা লীশীং ৬ শুখ্রে।

কেতু—ঐগীদি ৫০০ দা চাবনি, লুপা লীশীং ৪ দি চনশিনখ্রে য়ামদে অমা অনীগা হাপখ্রা হায়বি।

বুধ—হায়, হাপ্পুবন্থ মীরক্তি তিন্দনা কৈথেন পাউদ থবক নোম্ব শাবতুনা। নখোয়না পীশিনখিব লুপ লীশীং ৫/৬ তুদগী নখোয়গী তলব তঙ্খায চনব ফাওবা পীদোবিবনি। ভাব তারিব্রা?

রাহু—লীশীং ৬ কী তঙ্খায অতুদগী ৬০০ ৬০০ থা ৫ থবক তৌহল্লগা পোথাবা, অরেম্বা অহুমতুদি?

বুধ—অরেম্বা অহুমতুদি কম্পানিগী শরুক, থা ৫ গী ট্রেনীং অসিদা লুপা লাখ ১/২ ফংনবা তাঞ্জাগনবনি নহেনা নরৌশিংনা।

কেতু—পার্মেনেণ্ট নত্তবা থবক্কী অতুক য়াম্না শেল তিংলুবদি, ঐখোয় অহল লমন্না করি হায়দগে। থা ৫/৬ কী মতুংদা দিসমিস যুমদা অহল লমন্না চঙহন্দবা তারে। তাইবংঙোখোয়গী শঙ্গাইদুং খরা চাউব্রাও?

বুধ—হায় কদায়দৈনো, মীগী কা পীকথ্রব অমদা ভারা পীরগা উচিদোন লোন্না থুপ্না লৈরিপোৎনি।

কেতু—অহুদি থা ৫/৬ কী মতুংদা কবি চাহুনা কদাইদা লৈরুবা? মরী মতা মরুপ মপাও পুম্ব পুক থনফাওবা ময়ুম-মকে, মফি মরোল মথোং চাদবা ডাক্তা।

রাহু—থা ৫/৬ সিদ লুপা লাখ ১/২ ফংনবা তানবা হায়বদুবু তাই-বুংঙোনা সনা লুপা থোকপা চীংদগী হেক্তা পেক্কদবজাৎলা?

বুধ—নরৌশিং লৈজরবদি চীংদগী পেকপনা তেন্না রাবা থবক্কি, সনা,

গঞ্জ, কানি, য় মীরৈবাক্তগী পুবক্লগা য়োনবশিং অমদি মখোয়বু ফাবা এক্সাইজ অাফিসারশিংগা মরী লৈনগদবনি। হেজ-শিংজববদি নোংমদা ইনাক খুল্লে, থবক ইমুক তৌরুহনা কবি কান্ননি?

বাহু কনানা তম্বীহনা হৈজশিংজদোরিবনো ?

বুধ—মতুগুম্বা বিদ্যা মখল কয়া তম্বীনবা হৈব-হৈরবা প্রোফেসর লে, খা অনীদা লোইনা লাব তানি। মীবু হাৎপা, নঙনা তিংবা, মীব মুৎহনবা, নঙনা হোৌদোকপা, মতুদা পাম্মু থরায় তানা।

কতু—ঐগীনা কবি থবক পীবিগদবা? কাব তোংহনা চৎকদবা থবক্রিদি হায়রে

বুধ—নঙগীদি মেমা, অঙম ংখে, মহাজন মতীক লৈবশিংবু খনবা, খাজহনবা নতুগা মরল হাংপা, মখায় হাংপা তারবসু পাম্মদবা মীগী থবক নোম্বীবদা শেল হাৎপা; ওক্তবশিং থকক্ষম চাফম, জুরাব শান্নফম শঙ লিংখৎপ মীবু মিহৌহনবা, কল্লকহনব ……এদভবটাইজ তৌবা তম্বা।

কেতু—মীভোন্দা থবক হাপ্পীগে হায়হনা শেল চারুরগা থবক পীবা উমদ্রবদি মীনা ঐবু হাৎকে হায়রোইদ্রাও?

বুধ—শেল থোক্লবা ফত্তবা থবক রাৎপা লৈতে, তৌবীনবা মীনা রাৎতুনদা তোক্লদোবনি। শেলদা হান্না নথুৎ চন্নবা লাক্নৌ, সহর অমদা থবক হোংখিবা য়ানি। শেল লৈরবদি ফরিগুম্বা মফমদা নুংঙাইকবা য়াই।

কেতু—তামোদি তলব কয়া চায়, করি থবক তৌবীরি ?

বুধ—মসিগী অঙাংসি ঐগী মরমদা পঙথিদা থিগৎলকইনহায় করম্লো ! ঐদি তলব চাউদে, থাদ লৈশীংদনি, অচারমস্তু কয়া লৈতে। নুপী ওইনা, থোৎনা নৌনা পোকপী নখোয়দি নবাইবক ক্ষবনি, তলবকী মথক্ত শেল-লেম খুন্নবা লম্বী য়াম্না লৈ।

রাহু—তামোনা তৌবীরিবা লুপ লৈশীং অমা চাবা থবক হায়দুবু করি থবক্লো ?

বুধ—নঙস্তু ইবেম্মা থিগৎপা য়াওরব্রা ? ঐগী থবক্তি থা অমদা মী অমত্তুং হাংলগা লোইরে, কম্পানিগী ডুম্মন অমত্তুং। অদুগা—

কেতু—( খংনে ) মী অমত্তুং হাৎপ থা অমদা।

বুধ—মদুদি অরায়বা নুঙাইবা থবক্নি, লমন খুম্বনি—ঐগী মরী মতা মরুপ মপাংশিংবু নংহনবগী। ঐনা তল্লিবদি অনৌবা থবক তৌরবা নখোয়গুম্বা ১০০/২০০ দা লেকচর তৌবনি, নোংমদা ক্লাস অমা তনী লৌবা তাবনি। ঐহাক এসিস্টেন্ট প্রোফেসরনি।

রাহু—লাইরিক্তি কয়া য়াম্না করি পাশ।

বুধ—আইন কায়বা থবক্কী থিওরী অমদি প্রাক্তিসতা এমঃ এসসিঃ নি ; মী হাৎনবা শোয়দবা অরায়বা পাম্বৈগী মরমদা থেসিস অমা ইরি ; মী তরা শুনবা হাৎপা তারি, তরুকতি শুরে হৌজিক। থেসিস অসি পীথ্রগা ডাক্তরেট ফংলবদি ঐ

প্রোফেসব কানি, লেকচবদা তৌবগা লুপা লীশীং অনীবোম চানি থা অমদা।

কেতু—লাইবক ফবিযু ঐখোয়বুদি হাৎপীন্ন।

বুধ নখোয়গুম্বী মীচম হাৎকদবা নত্তে, নখোযগুম্বী মীচমগী য়েক্লবা, মীওৎপশিংবুদা খন্দুনা হাৎকদবনি। ঐ থেংগ্রে। (চৎখি)

বাহু—থবকসি তৌগদবা কিজবে, শেল হনবিবো য়াগদ্রাও? তামো? (ফাবগ)

বুধ কম্পানিদি হন্দোকপগী থবক তৌদে, লৌশিনবদনি মখোয়দি। থবক ফংদ্রিবা, শেল নীংথীনা থাক্লিবা পূম্বা ঐখোয়দা লাকখিদোবা ঙাক্কনি। অঙনব নখো নবায়বক ফবনি। নী হন্নগন্ন কান্নগদবা থবক ঙাক্কনি অপঙবীশা। (চৎখি)

বাহু—কবম্নো ইবানীবে? হবে হবে।

কেতু—মীদি য়াম্না নুঙাইখিবা য়াওগ্রে মখোয়গী কম্পানিগী মতেংনা। লাইবক য়ে লুববনিনা শেল মাঙদনবা হোৎনবা তাবে। ইমানা ঐবু অশেংবা খঙলবদি -হ হা।

বাহু—নীংবা থুংদনা মরক মধাদা মীগী চগো য়েংহুনা হিংদৌবে শরূক তাকুবী ওন্দুনা নুঙাইনা পানবা য়াব্রা য়েংবা তারেদা।

কেতু—মখোয়গী থবকসিবু—খঙদেনে, হৈবু হৈনগদ্রা?

বাহু--উষ্ণা চাবা, তল চাবা হৈবমদবা লঙ্কাপুর বাসী ময়াম রাবন্না যেনবদা চানখিবহু কাউরব্রাও? লঙ্কাপুর বাসী ঐখোয়দি মহি-বাবনগী মায়াহু তমদবা য়াদে, হৈতবা য়াদে হিংগে হায়রবদি?

ধর্ম্ম লৈবা, পুকচেল শোববু কনানা লম্পুবদা লকদবা যাওবগে ?

ভা ১ ইচাশা নখোয়বু অহল-লমন মবীমতা লৈব্রাগে ? নখোয নশা নশানা থবক থিবা শেল পীজবদুবু চহী মতাংদুদা শোযবোইদ্রাগে ?

কেতু—অহল লমন্না থবক থিবীবদা হাৎথিবা শলসি ফন যাম্মে ইপল, অডাংগী পুকচেল চহলনমু খঙবীদে চদুনা ইখুৎ ইখুৎনা লাইবক যেঙজববনে। চদৎনদুনা শিবা হাযবা লাইদুনা ডাকুশিংদগী শাথীবা হেন্নে।

ভা ২—শাউনু, ইপলখোযনা হাযবদি শাযবগা মীনা চৈমন শি মল্লি নহানবু হাযদুনা কল্লক পেন্নখিনি হায়বনে

বাহু—ইপল, মতমসি নুংশিব খঙনদ্রে, থাজবা লনদ্রে মদুনা মুকথ বীগ্রম অকিবা খঙদন পাইথোকচবক্রবা খাঙবা কুইবে ঙাইবা রাবে, মীগী মতে থাজদ্রে। ইমান্নবগী মনক তিনবা ঙমখবগী শরুকপুদি মবল লৈবা মীহাৎপগী অত্তোম্বী ওইজবগে।

ভা ১—খুম্মুবনু তুমিন্ন লৈযু। মতম্মনি য়াববোই। মশান মশাবু ৱারকচবা তম্বীজবা নত্তনা কনানা তাকপীবা লোববোইদবনি।

ভা ২—কুম্মে য়েংলগা লোইবে মতমসিদি। (নুগা অনী রাখল তৌদুনা ফম্মী, ইবোপিশক নং ১ মফি মোল্লপ থবক থিবা লাকই।)

ইবো ১—ইবেম্মখোয়, রা অমত্রা হংজগে ? মুরাইদ তলব ৩০০/৪০০ চাবা থবক য়াম্না হাঙই হায়না তাজে। কনাদা ঙাঙনদগে ?

বাহু—ঐখোয়গা ঙাঙনগা ঙপাম্বা থবক পাবিবা ঙম্বা শেল্দা মতুং ইন্না থোক্কনি। ডাকুগী বিজিওনেল কমাণ্ডর মুহোব একা মমিং তাবিব্রা ?

ইবো ১—তাজৈ হোয়, নশক্তি উজদ্রি, মতৌক্তি চাউই হায়দা। লৈতবা লায়ববগী মপানি হায়।

বাহু—মসিদা লেংশিল্লিবী ইবেম্মসি, মুহোব একাগী অতোম্বী তবেৎ শুবীহুনি। মানা য়াবগা লোইবে।

কেতু—বা ঙাডলিবীহুন, শনি ঠাকুর হাযবা একাগী ঙমথংতুগী তবামাথোই শুবী অতোম্বীনি। মানা হাপ্পা ঙমদবা থবক লৈতে। শেলবু কযা পাম্বা ঙম্বজাংনো নঙবো ?

ইবো ১—তলবপু লুপা ৩০০ চাহনবীগে হায়ববদি লুপ লীশীং অহুম কৎচগে, থবকপু করি করি হাঙলিবগে ?

বাহু—নঙনা পম্বা থবকপু করিনো ? লুপাদি লীশিং মরি পিবা তাবে, হন্দক নোংতাবদগী থবক খর চিংশিনখ্রে।

ইবো ১—ঐনা পামজবা থবকপু পাবীনি হায়রবদি মরি শুনা কৎ-চগে। থবক্কী জাৎতা ঐনা পামজবসি লঙ্কাপুরগী ম্যুনিসি-পালিটি এবিয়া মনুংদা চেকিটি টিকেট য়োল্লিবা, করিগুম্বা কান্নবা থবক্কী মমিং হায়জিন্দুনা দান নিবা চৎনরিবসি ঐনা লুচিংহুনা কেশিয়ার ওইনা চৎচগে।

কেতু--মহুগী থবক্কুদি চহী অমমমদা লীশীং মঙাদগী তানা ডিপোজিৎ থমদবা য়াদে, অথোকপা শেলগী ১০০ দা ৩০ নঙনা লৌবা

য়ানি। দান পীদবা মী নঙন তারুকপন্থ চয়োল হমগী মনুংদ লঙ্কাপুরদগী তান্থোক্কনি ঐখোযগী কমাঙ্বনা।

ইবো ১ থেঙ্ক ইয়ু, ঐগী মহাজন অমুক্ত থান্নজকখিগে। (চৎখি)

বাহু—কুইবদি যাদে, ঐখোয থেংখ্রে।

কেতু—অফবা শেল মখে ইবানীনা হক্তা পাববা থাবেকো?

বাহু—অফং অফংব লাকনবিনা কম্পানিগী নিযম্নি।

(ইবোপিশক্না চই যাখ্রে। মশা নাল্লিবা মহাজন অচৌ পুবকই। নুপীমচা হনীদু উবদা পান্থন মখিৎতু মন-মনা য়েই)

ইবো ১—মাইবুঙে, ইবেম্মা হনীসিনি, কম্পানিগী থবক পূন্নমক হাপ্পা উপ্নগী শো পায়বিবসি। ডিরেক্টর পূন্নমক মখোযনীনা হাযবগা লোইরে।

মহাজন থবক হাপ্পিবগী ইবেম্মা অনীন লুপ কয় লৌবিগদবা?

বাহু—হহাপমন্দি লীশী অমক্তনা ইবানীনা যন্নবগা যানি। লুপা চহুম চাবগীদি ডিপোজিৎ লীশী অহুম থম্বিবা তায। থা অহুমগী মতুংদা কম্পানিগী স্কুটর তো বা যানি, থবক কোযন চৎনবদা

মহা থবক্তি কবি কবিনিন?

কেতু—সেলসমেন ওইগে হাই, ওর্ডর খোম্বা কেনভাসর, লক্ষ্মী-পুজাশঙগী মেনেজর।

মহা - লক্ষ্মীপুজাশঙ হায়বদি?

কেতু—জুরাব শান্নশঙগী মেনেজর, অচা অথক সপ্লাইয়র। তাস, লগাউ, হাউসি শান্নফম পান্নবা। চহুম চাবা থবক ডাক্তনি।

ইবো ১—ম্যুনিসিপালিটি এবিদা মন্নুংদা চবিটি টিকেট য়োনবা, দোনেসন চৎপগী লুচিবা ওইবস্তু চহুম চাবা নত্রা ?

বাহু—অপাম্বদ তৌবা যানি. তলব মান্নবা ঙাক্কনি।

মহা—ইবোপিশক, আমিনগী থবক্তি পামদ্রা ? মতুংস্তু কান্নবনি হায়।

কেতু—আমিনগী থবক পান্নবস্তু ইমক্তং হাঙই। লাক্কাক খোঙবান্দা লৌ নানবা. ঈশি শিংত্রাক্লগা

ইবো ১—দোনেসন খাযবগী থংজা তৌজগে। লুপা লাশী, অহুম ডিপোজিৎ থমগদবিবস্তু চহি তমা লৈবগা হন্দোকপীগনবা নত্রা ?

বাহু কবিগী হন্দোক্লনি, চহি অমগী মতুংদ

মহা ডিপোজিৎ থমদোকিদ লুপা লীশী অহুমতুগী বসিদ কনপাগদা ?

কেতু—শললা হাজিন থংনম্মা. পক্কা বসিদতি হায়ে প ১০ তাবা আফিস মংমদা ফবীনি ঐখোযবু থাজবিদ্রাগে ?

মহা—কবিগী থাজদনগে ইবেম্মাখোযন। চৎনবীত্ত খঙজদবগী ওংজবনি।

বাহু—তাইবুংঙো. ঐখোযসিদি থাজনবদা থবক পূন্নমক তৌনবা ঙাক্কনি।

মহ—ইবোপিশক নমক লম্লোবা।

ইবো ১— মাইবুংঙো. শল থীবীবো. অশোযবা মী নত্তে, ইবেম্মশিংসি।

মহা—(লীশীংগী মপুন মবি পুথোক্লগা ইবোপিশকপু পীহল্লি ।।

বাহু—( ওনী অনী পাযনবগা ) মিংবু কবি কৌবিবগে ?

ইবো ১—ঐহাক শোইবম ইবোপিশক কৌজে।

রাহু—অপোকপীগী মিংদি ?

ইবো ১—শোইবম ওংবী থম্বাল্লে দেবী।

রাহু—বাজিগী মিং ?

ইবো ১ শোইবম অহঙ্গাওসিং, পোৎশংবম বস্তি মমাঙ লৈকায়।

( কেতুনা চেদা ইশিল্লি। )

রাহু—হয়েং তাযক পু ১০ তাবদা কাবিবকউ—চাফিসাবগ শক খণ্ডননবা।

কেতু—স্কুটব তোংগা হৈবিত্রা ?

ইবো ১—হেজদে, নোমা তম্বদা হেজনি।

কেতু—মচুদি পবপ পবপ হোদোকউ। ওসিদি হনখিবা যাবনি।

( অনাদু নমস্তে তীবম্মগ চৎখি )।

মহা—নহারোল অতে থবক তৌনীবা খবা পুক্তবকপা য়াগদ্রা ?

রাহু—শেল পীজববু ওগ্রবদি থবক অনী অহুমখকস্থ হাওই।

মহা—য়াম্না নুঙাইজরে, হঞ্জরে।

রাহু—ফনি। ( চৎখ্রগ )

খবদি হঞ্জিল্লেদনা ?

কেতু—নুঙিগী মী অনী অনী হাপ্লবদি লুপা লীশীং তরেৎ নিপান্দি কোম্না তানিকো।

রাহু—থাদদি লুপা লাক্ষ অনী লায়না শুইদকো।

( হবাওনা চৎখি। )

কেতু—থা ফাবগা তলব পীরো হায়ববদি ?

রাহু—মাগা উনদনবা লংফৈদা লৈবগা লোইরে।

( নোকমিল্লহুনা চৎখি। )

ভ ১—তাইবা মীগা মীগা থাজনবসি সুম সুম হন্থবকপা তাবে।

ভা ২—থাজবগী মথক্তা শেল অদুক যাম্না শক-চু মুন্না খঙনদবা মীদ পীশিল্লুবসিদু কবি মীনা ফনা ঙকই। নংজবা হাযবদু মশানা তাবনে।

ভা ১—শেল চাব হাযদুন লোম্না যোৎনবিবশি দু অমম্বদা অসুম্ন তৌবা ঙাক্ত ওইদমান্নে।

(চরোপিশন ন ২ ফিজেৎ চরোপিশক ন ১ গা চপমান্ননা শৎলগা মীগী মমি মথা ইনা বাই অমা পাযবগা বুধগ বাবি শাড়ুনা লাকই।)

বুধ—ইরেম্মা অশাওবা অনীদুনা নংঙান্দ ন ব থবক পুহন্নি হাযবম্বাগে।

ইবে ১—ম্যুনিসি পালিটি এবিযাদা নহাবোল খব খাল্লগা কবিগুম্বা মা হাযজিন্দুনা চেবিটি টিকট থাল্লু দোনেসন খোম্মু তাকপী

বুধ—লুপা কযা পীখ্রে, শেলব কযা চাহান্নি হাব?

ইবে ২—লুপা লীশী মবি পীজখ্র, মহাজন অমদগী পূজবগ। তলব থাদা ৩০০ ৩০০ পীবীনি হায। মায পারবা থবক মতৌদি ওজাদা হউ ঙাকপী।

বধ—পি, ডব্লিউ, ডি, মেডিকেল আফিস, এডুকেসন দিপার্টমেণ্ট নত্রগা অরা দুকান নাংমা নানা এট্রেক, তৌগদবনি। পাখঙ নত্রগা লৈশাবী অহাঙবা তবা কুন পুগদবনি হাজিবা পীদুনা, লীসা নত্রগা সিনেমা টিকেট শাবগা পুগদবনি। লৈবাক নীংব-শিংগী উৎনবনি হাযজিল্লু, নত্রগা মমা মপা লৈত্রবা অঙাংশিংগী

অনাথ আশ্রম লাংগোলদা লিংখৎকনি হায়দুনা অঙম্ব দান ৫০ বা ১০০ বা কৎলু হায়য়। ভাব ংাবত্রাও? ব্রাখল তৌবগা থোক্তবা লৈত্রাও।

ইবো ২—যেস স্যাব—ভাব তাজরে ওজাব।

বুধ—অতুদি নুদ নঙন খাযকব .শলদুগী হিসাব ঐঙোন্দা শেংদোক্লে। .শল য়াম্ন তানবা লোশী অতৈস্মু ঐ অমুক তাক্লে. নঙস্ম খল্লু ঐ চৎলে. থবক অটেলে। হাদগী টিকেট অমনবা উপুদ যাংন্ধ যাই নুপী হনীদু কাবক্লগা মখোয়দগী লৌখা (চৎখি)

ইবো ২—য়াম্ন নু ভাইজরে, পেঙ্ক ম. .প্রাফেসব ( ফম্মগা বোইদা নোট খব .ওশিল্ল )

রাহু—হল্লো মিষ্টব ইবোপিশক. চন্ন কাবক্লম্মেদা।

ইবো ২—নমস্তে ইবেম্মশি। ।.ঠ গৎলগা মথৎলোন্নে

কেতু—কবি কবি ইবীরাম্মিবনো।

ইবো ২—প্রোফেসব বুধগ্রহনা তাকপাদুনা চেরিটি টিকেট খোনব চৎচবা তাবে বাচারদা অমদি আফিস খবদা টিকেটনা ইবেম্মশিদগী ফগনি হানবী। ঐনা ভুকইবদি ঐগা চৎমিন্নবা পাখঙমচা লৈশাবী মচা হাজিরাদা লোগদবসি কদাযদা ফংগদগে, ওবা কুন্দং?

কেতু—স্কুল কলেজদা লাইবিক তম্মিবা ছাত্র ছাত্রীশিং অঙ্কক য়াম্বদগী কুন্দং খোম্বব কয়া রাদগে?

ইবো ২—লাইরিক তম্বা কারকপশিংদুনবু য়াবীগদ্রাও?

রাজু—ভায নঙ যাম্না পঙলিদে। লাইবিক ওম্বা লৈথোকপ, ক্লাসতা চংদবা, লঙ্কা দা পোৎয়োনবী মনাক্তা, খোনাং মকমদা থিকচো স্কুল কলেজশিংগী কম্পাউণ্ড মনাক্তা।

ইবো ২—শেল খায়বা টিকেট যানবা চৎলুসি হায়দুনা হৌরকবদা শাওবক্লোইদ্রাও ?

কেতু—ইবোপিশক ইবুংঙো নঙনা নহালমখে থবক ফংদনা লৈবক্ষিদি নতীক চাবনি হায়—নাংদ. পঙ্গে হায়বনি। যানবা হায়রো সিনেমাগী টিকেট চমমম ককচগে—হোটেলদা চাম্ব লেজগে, ইতু ইনবীবু দুকান্দগী শেল খিও থোজরে হায়রো।

ইবো ২—দুকান্দগী শেল থোগে, ইতু দা খব লম্মীং হাযকবা ? অদুগ ঐন ?

কেতু—মখোযদু দুকানগী থাঙ্গান্দা লেপহল্লে, নঙনা দুকান্দাবগা ঙাঙনরো লান্ন চেকিটি টিকট লুপা ৫ গী ১০ গী অমা লৈয় হাযদুন। ভাব ওাদ্দিবাং ? লপ ১০০ ফংলগা লুপা ১০ দ পাখঙ লৈশাবীশি দুদা পীদুনা সিনেমা এ হল্লো নত্রগা হোটেলদা চাহল্লে। ভাব তাদ্রিব্রাও ?

ইবো ২ ভাব তাজরে, টিকট পীবিরবা চৎচবা।

রাজু—ঙহাক্ত ঙাইখো (চিটি পাদে।)

(ইবোপিশক নং ১ চঙলকই হপাও, হবাও নং ২ গা ফিজেৎ চাকচা চপ মান্নবকই।)

ইবো ১—নমস্তে ইবেম্মশি, ঐব থেঙথত্রা ঙসি ? টিকেট য়োনবা চৎমিন্ননবা নিপামচা নুপীমচা খব হৌবকপদা থেঙদোকখ্রে। টিকেট পীবিরে, চৎচবগে।

কেতু—কনানো? কবি থবক্কী ওইরবনো?

ইবো ১—ঐব কাউবিবব্রাও? ভবাং দক্ষিনা অমদি ডিপোজিৎ লৌশীং মবি কৎচবম্বা ঐবু খঙবিদ্রাও?

কেতু—য়েংউনে ইতা, মসিগী নিপাসিবু মশক খঙব্রাও।

বাহু—কনানো নঙবো? কৈদৌববগে? কনাদা কবি পীবম্মি হায়বা?

ইবো ১—ভরাং ইবেম্ম অনীদা ঐনা মহাজন অমদগী ইংখোল বন্ধক থমজরগা থবক হাপ্পিনবা লুপা লৌশী মবী পীজখিবদু কাউরিরব্রাও?

বাহু—ঐখোয়দ ভবাং শেল পীবদি সিদা যম্মিবা ইবোপিশক (২ নং দা) হায়বসিদনি অতৈ পীখিদে

কেতু—মানি, মহাক মথন্দনি।

ইবো ১—করি রানো মী শিনদোবা রাহুবু অহুক লাখনা ডাঙইদুবো?

ইবো ২—ঐগা শক অংয়েপ মান্নে হাযতনা ঐগী থবক মুনবদি কদায় য়াগদগে? ভবাং মহাজন্দগী লৌশীং মবি পূবগা অনী অনী ইবেম্ম অনীসিদা পীজবদু ঐ নত্তে অদোমনি হাযবা ভম্মিবদু থরায়বু কযা পানবীবগে? মহাজন্দু সাক্ষী লৈ, নমথাক য়-বোই ভায়া।

ইবো ১—অদোম্বু কবি মিং কৌবিবগে? কনানা পোকপনো? কবি লমদৈনো?

ইবো ২—ইবেম্মশিংনা ইখিবা মিং লৈবনি, ঐহাক শোইবমনি, অহঞ্জাওনা পোকপা, ইবোপিশক ইমিংনা পোৎশংবম বস্তি মমাঙলৈকায়দা লৈ। কৈদৌগগে?

ইবো ঃ—কনানা তাকুনা মসিনা ঐহাক শারম্মিবনোনে ? মশকস্সু ঐ শারদুনা তৌবশায়নে। নচ থানাবু ফাহল্লগা ঠিক তৌহনগে খঙনি ইবেম্মশি' ফাগি তৌবিনু, ঐ থরায শোন্না নাম্মিবা থবন্নি। মীশক অশেব ঐবু খনবিযু। থবক কংদবদগী রা অমা পাঙবা য়াম্রদুনা যাম্না রানা শেল মামদগী পুবগা কচ্ছখিবনি থরায থাবা ফাওব ঐ কেস তৌননি।

ইবা ১—ভদোম্মু খংনব পাম্বিব্রাও, থাঙনা খিন্নসি হাযব্রাও (শংলি চুবী) হিংহৌবনা থবকসি তৌনসি হাযব্রাও?

ইবা ১—নুপা লীশীং মবিস্তু তিংব, থাঙনস্তু খিন্নব, শিবা থোক্লগা থবকস্তু নঙনা তৌহৌবা মচুদি কদায় যাদগে ভায়, ঐদি নঙগুম্বা ডাকু নাদ্রে। (খংনগে তৌবদা নুপী অনিনা খাম্মি।) (দি, এস, পি, অমদি ইন্সপেক্টর শাবগা শনি অমদি শগোলশেল থোবকই ফিংলপ্পা।)

শনি—হায হায, কবিনো কবিনো ?

শগোল—কবি রাথোক্লীনে সিদ খংনবা যাদে

ইবে ১ হুজর, ননাই ঐবু নমথাক তৌবীবে মবাল লৈবশিংবু মতৌক চাব দণ্ডি পীনবীযু

শগোল—নঙবু অচুম অবান মশক খঙব্রাও, কনানা চুম্মি কনানা লাল্লি ?

ইবা ১—থবক হাল্লীনি হাযদুনা লুপা লীশী মবি ইবেম্মা অনীসিনা ঐঙোম্দগী চাখ্রে অদুগা থবক্লা ডাকু অসিদা হাল্লীখ্রে। ধর্ম্ম বিচাব তৌবিযু।

শগোল—নঙনা কবি হায়নীংবা? (ইবো ২ নং দা)

ইবো ২—ননাই লাইবক থীববনা (কপশিন্নে) লো ইংখোল বক্ষক থম্বজরগা লুপা লীশীং মরি কৎচখিবনি ইবেস্মশিংদা। পীবা উহৌবা মামস্থু লৈ হংবিয়ু।

শনি নখোয়নী হায়য়ু, লীশীং মপী পাবৈ হাযবা নিপাছু কবম্বনো?

রাহু অমস্থুং কেতু—ঐখোযদা শেল পীববদি (ইবো ২ নং দ) মসিনি।

ইবো ১—মুন্না যেংউ শীজ অনী, ঐনে অশেংবা নখোয়দা শেল পীখিবনি। ধর্ম্ম য়েংও, নহাকনে। ঐবু ওসি মঙলা তাইবংলা খঙদ্রে। (কপ্পি)

শনি—(ইবো ১ নং দা) নংগী কেসসি মখা চথনীংলিব্রা সাক্ষী সাবোদ শোল্লি, জর্জদা উকিলদ শেলস্থু যাম্না তিংদোবি। লুপা খব থিবা খঙগদ্রাও?

ইবো ১ ননাই ঐগী লৈজবপুম্বা ফোবসা তাবিবা থবক অসিদা চঙথ্রবনে। (কপ্পি)

শগোল—হায়, চৎলো নখোয। নথো নথো তৌরুবো চৎলু। (রাহু, কেতু, ইবো ২ চৎখি, শনি, শগোলশেল চৌকিদা ফম্মি রাখল তৌদুনা, ইবো ১ কপ্পি)

তোম্মৈ—(পবপ পবপ লাক্লগা) রা অমত্তা হংজগে। হন্দক্তা ম্যুনিসিপালিটিগী চেবিটি কল্লেক্তব অম নেনা হাপখিবা ইবোপিশক বাবুব ওহাক্তা উনজবা য়াগদ্রা?

ইবো ১—(মপি তৈথোক্লগা) ঐ সিদা লৈবে ভায়া।

তো—ওঃ। ভায়া, নঙগী গার্ল ফ্রেণ্ড ঐ উনরক্লে। মশক কজে হায়। ভায়াদি ৩০০ চাপ থবক ফংলে হাযরুবদা ওস্থোক্তা

হবাওহৌরে হায়। য়ারবদি (লোম্না) ওসি ছুটি লৌরো, মহাকম্ভু সিনেমা য়েংনীংবগুম তৌই।

ইবো ১—অমুক্তা ভাইখো ভাগ, ঐগী থবক্তা ঐহাক মান্নবা শাবা ডাকু অমনা মুল্লমদুনা পা থোক্লবি।

তো নঙ মানবব্‌ লৈবা হৌনব্রাও? ভূত্ত্ুম ওইশমদুনা চোকনিকো। (লোম্না)

শগোল - হায় নিপা, কেশ চত্থনবা লুপা লীলীং গমা থিরুবা ঙমগদ্রা?

ইবো ১—ননাই ঐ শেলস্থু থিজরুগে, ঐগী থবক মুনখ্রিবা নিপাদুগা বা অমা অনীদদি ভাঙনজখিগে য়াগদ্রা?

(তোম্মৈ অনীদুব্‌ মুন্না য়েংই।)

শনি—নীংথিনা চান্নগে মরুপ ওইগে হায়ববদি য়ানি, খৎনবদি য়ারোই, নঙ লাঞ্জনি।

ইবো ১—খৎনজরোই ননাই ঐ।

শনি—ঙহাক্কুং ভাইখো থোরকহনগে।

(মমিৎ খৎনবগা শনি অমস্তুং শগোল চংখি।)

তো—করম কৎম তৌরিবজাৎনে। অদুক শেল তিংবা থবক্তু ভদুক লায়না শোয়রিবব্‌ কবিগীনো? অনীদুব্‌ পুলিস ভচৌবা ভাক্তুরাও?

ইবো ১ মানবগী মানবা প্রাক্ত, মফম মবাং খওদে। অমস্তু অমস্তু মেজিষ্ট্রেট মাল্লি, ডাকু মাল্লি, সাধুস্থু মাল্লি।

তো—চাবা-থকপা কংখিদদুনা হরানবদগী থানানা ফুদুনা শিখিবশিংগী ভূত্ত্ুম ওইরমগনি। চেনখ্রসি কান্নদে ভায়।

ইবো ১— লুপা হললহনখিসি ঙাইখে।

তো— নঙগী গাল্ ফ্রেণ্ড মশক্তি ফজৈ হায, বিদ্যাসাক্ষী।

ইবো ১—ফজহুনা কৈদৌনি, থবক শোইববদি মাস্থ শোইরবনি।

ইবো ২— (পবপ্ ৎবপ্ লাক্লগা) কবিনো ভায়, ঐবু কৌথোকইববু খৎনবা পামব্রাও? (ছবি পায়রকই।)

ইবো ১—খৎনবগী নত্তে, ফিঙ্গৎপীন্থ। লুপা লীশীং মবি তিংজখিবা অশেংবনি। মহু হনবিবে, থবক তৌবিহৌবো।

ইবো ২—ঐস্থ লীশী মরি তিহুনা তৌরিবনে, কদায়দৈ হল্লুদগে? নুপীশিংহুস্থ হল্ল য়ারোই, পীখিগে হায়ববদি লৌখিগে হায়নি।

ইবো ১—ধর্ম্ম নত্তবা তৌনন্থসি, ঐ খুরুমজগে।

ইবো ১—(খুরুম্ব খাম্মগা) বা হায়গে, ভায়ানা শেল পূরুবা মহাজন্দু লুপা য়াম্না পায়বা জাৎল? মচা কয়া লৈ? নুপী লৈরিব্রা?

ইবো ১—শেল ফনা য়াম্না পায়, মচা লৈতে, নুপীস্থ হাকুম শিত্রে।

ইবো ২—নঙগী শেলহু মঙোন্দগী লৌবসি মহাক মুৎচরসন্থ

ইবো ১—করম্না?

ইবো ২ মহাক লৈশাবী অমম্ভ লুহোংহুন লৌ য়াগদ্রা? অসাইগী অনীহুদগী অপাম্বা অমা।

ইবো ১—য়াবস্থ য়াই, মঙোন্দা হংখিগে। মামচৌহু কদায়দা লৈরমগদগে?

তো— অস্থরাইদা ভায়াগা উন্ননি হায়হুনা ঙাইহৌই।

ইবো ১ অমুক্তা কৌশিনবিক ভায়া। (তোমৈ চৎখি)

লৈশাবীশিংবু হৌজিক শক খণ্ডনহনবা য়াগত্রা ?

ইবো ২ - মানবু লুহোংসি য়াববদি ঐ কৌথোকউগে, হিসাব শূহৌয়ে।

ইবো ১—মণ্ডোন্দগী শেল কমদোনা লৌদোবিবনো ?

ইবো ২—ঐনা তৌরিবা থবকসি ইবানী তঙ্গবমু অকংবা শেল্লেমমু য়েন্নসি, ঐস্ম নুংঙাইত্রে, লাইরমচা ঙাক্তনি ইবানিমক।

ইবো ১—হোয়নে অহুম তৌসিনে। ঐদি সিথ্রসিবা খল্লুরবনে। ইমানা তাবগ ...... ( হীক হীক )

ইবো ১—শিদো শব্দক মী অতৈ শিহনব্লি। নুপী অনীতুগী অমবু লুহোংতুনা মানা লৌথ্রবদি নিপাতুগী মবল পূম্নমক হাৎপা ঙম্বা মী ঙাক্তনি. নিপাতুম্ব মতা চাদ্রগা হাৎপা ঙমদোবা নুপা ঙাক্তনে। ধর্ম্মগী পাখল লৌকন্ন, নবুক ইবুক থল্লগা লোইরে। লুহো লবদি নিপাতু শিথ্রগা মবলতু ...হা.... ?

ইবো ১—ফরে, লাইবক য়েসি, কপ্তুনা খাচলকইবা কুইমল্লে অহীংসি।

ইবো ২ - ফরে ঙাইহাক্ত ফমখো, শেঞ্জাবী অনীতু ঐ থাদোবক্লগে। ( চৎখি )

ইবো ১—ফনি। ( দিল নুংঙাইন ফম্মী। )

( হবাও হবাও মহাজন অচৌবা লাকই। )

অচৌ—করিনো ঐবু কৌব্রা ? নঙগী থবক্তবু মীনা মুনবীগ্রে হায়বা চুমব্রাও ?

ইবো ১—কদায়দৈনো, ফাগি তৌবনি। ঙাইখো মামা, ঐঙোন্দগী শেল লৌখিবী লৈশাবী অনীতু অপাম্বা যাওব্রা অমা লুহোংতুনা লৌবোদো ?

অচৌ—হায়, য়াবু য়াগদ্রনে? অহল ওইমল্লেক্না হাযরোইদ্রাও?
( লোন্না )

ইবো ১—মখোয়দু চহী যেবা মীশক নত্তে শেল লৈবদনি মখোয়না খল্লিবা। ঐ থোকহল্লকে রাবী শাবিযু অপান্বা খনবিয়ু। চৌকিদা লেমনা ফম্বীযু।

( মহাজন অচৌ কে-না ফম্মি, ইবো ১ চঙখি। )

( অনীদু সাডী অমদি ফনেক্না কে-না লাকই। )

ভাবতী—তাইবুংঙো, কবি থবক্কী লেংবিবকপ?

অচৌ—ঐ স্নুম ইবেম্মা, স্নুম স্নুম…।

কেতু—কবীমতা হঙ্গোযবীনু, পুক্কিংদা লৈবা হপাম্বা অনীংবদু হেক্তা হাযদোকপীযু।

( অনীদুন কেশিল্লি। )

অচৌ—ইবেম্মখোযনা কম্পানিগী তৌবীবিবা থবক্ন নোংমদা পৃং কযানো? তলবনা কয়ানো?

ভাব যাম্পোৎ নত্তে, ৩০০/৪০০ দনি থাদা, অযুক্ত পৃং ৩, নুংথিন্দা পৃ ২ কাজৈ।

কেতূ—কবিগীনো তাকপীয়ো।

অচৌ—অশংবা মতমদা পৃ অমমমদ প্রাইভেটস্নু তম্বীয়ু হিসাবস্নু শৃবিয়ু হায়জনীংবা।

ভার—প্রাইভেটপু ইচা নত্রগা ইশৃ তম্বীনব্রা?

অচৌ—কনামত্তা লৈজদে, ইচা-ইশৃ নুপীস্নু। ঐনা তমজদোবনি, শেল লৈববস্নু আজকালসি লাইব্রিক হৈতবা য়াম্না নুংঙাইতে।

কেতু—ঐখোয়বু তম্বীজো কেরানী ওইজো হায়রবদি অযুক নুংথিন্দ

শংজদে নুংদাং য়ারোইদ্রাও ?

অচৌ – ঐদি নুংদাংনা হেন্ন পামজরিপোৎনি।

ভার – পুং অমা হিংসাব শূরবদি লুপা ১০০ !

কেতু—প্রাইভেট তম্বাবগীম্ভ ১০০ না য়ানি, করিনো তম্বীদৌরিবু ?

অচৌ—হিন্দী, ইংরাজী ইবা পাবা কাবক কাবক।

ভাব - ইনস্মশিং নৈবিদ্রাও ? রা য়ামূরক্কদবা জাৎলাও ?

অচৌ - কনামতা লৈতে, ইথৎনা চাক থোংতুনা চারিবনি। হৌজিক ঐ মী নেক্তুনা যুম শংতস্লস্মগা লাকচরিবনি।

কেতু—তলব পীদৌ শরুক, ইবানী তাইবুংঙোখোয়দা ভারাদরা করিনো লৈজবগে চাকস্ম পূন্না থোংবা, শীং তিংদনবা।

অচৌ—মহুদি পাকানিনে ইবেম্মা।

ভাব—ইবানিবু পূন্না লুহোংতুনা লোবিবা ঙমগদ্রা ?

অচৌ—অনীমকপু হোঙনবা শেল, থাক্রবা শেল লৈজনি, য়াবু য়াবিরবদি। কনামতা লৈতে ঐঙোন্দা বেবা তৌবিনবা।

ভার—মহুদি জীপ গমা রাইবিরুবো, ঙসি নুমিৎ তাবদা চেল্লসি হয়েং মুমদা হেক্তা লুহোংসি পূন্না।

অচৌ– অনীমক কে ? ইবেম্মসু য়াবিবব্রা ?

কেতু—য়াজবে, যুম লৈতহুনা ভারা হুনবদা খাঙবা ঙমদ্রে। চেল্লু-বগা হয়েং ফাগি ওইনা তৌবদি য়াপোৎ নত্তে রাখলবু তৌবিহো।

অচৌ—ঐ ইপানা পোকপা মচানি, ঐখোয় বাক্তিদু নুপী ৪ লোনখি।

ঐদি হায়খ্রগা লোইরে। লৈজবা শেল, সনা, কৌ, লিক-কোল বন্ধানগী লৈরিবশিংদু নখোয়নীদা শিন্নরগা ঐ পোথাবা পাম্মবনে পাই শংনা নহা অমগুম।

ভার—অদুদি অফিস ছুটি থাবা কান্দা, চেকথোংদা ঙায়বীরম্মাকো জীপ অমগা?

কেতু—শোয়নবা জাৎলা? ইবানীবু হায়েং চপ মান্নবা লৌনা তৌবিব ঙমগদ্রা?

অচৌ—ঐ শোয়বা মীশক নত্তে, মীচং মীখায় নাইবা মীশকস্তু নত্তে (অচৌ চংখি লুই খোংদুনা, অনীদুনা নোক্নুনা য়েংহোই।)

ভার—অম্বুম্বা অপঙবসি খর য়াম্না শেম্নীদ্রবদি ননাই ঐখোয় লায়রব তোল্লবশিংদি করম্ন হিংদগে?

কেতু—শেলদি হাৎননুসি চপ মান্নবা য়েন্ন সিকো! (চঙশিন্নখি) নত্তে, নঙন অহল ওইগদ্রা ঐনা অহল ওইগদ্রা?

ভার—ঐদি অতোপ্পী ওইজগে। (নোকখি।)

ভা ১—শাউন্না খুম্বা তাইবং পৃক্নীংনি, ঙক্লব রা কয়া ঙাঙনৈ, থাজনৈদকো তাইবং।

ভা ২—থাজবনা লান্নবা তাইবং মী, নঙবু করি থোক্লগব! তাধন ঐখোয়বু চহীসি খর হন্থজগে হায়দুনা রা নোম্বা য়াখিগদ্রাও?

ভা ১—মেজিষ্ট্রেটকী মমাঙদা এক্সিদেভিৎ অমা তৌরুরগা বিশ্ববিদ্যা-লয়দা য়াই হায়বনি।

ভা ২—লাইরিক তমদ্রবা ঐখোয়স্তু য়াগদ্রাও?

ভা ১—মচুদি খঙদে হায়।

(লুহোংবা চৎলুবগী ফিজেত্তা পার্ব্বতী কেন' লাকই তৃফি' তৃফি', ক'বোক দোনা অমা পায়)

পা রা অমতা হংজগে? মখোয় পাবুং।

একা—করিনো বিবি পার্ব্বতী অচুক কেনা অচুক ফিংবদে? কদাই লুহোংবগী ক'বোক্তে?

(লোতুনা চায)

পা—খানাগী অডা শি'-গার্ডীমপোং অমনা কোযখ্রে। প্রভুগা উম্নবা পাশ্মি হায়।

এক (ক'বোক চানা চানা) লু' ক'না চিনবগী রানি হায়বগে?

পা—লেল পীবগা যানি থাগদে। পাখঙ এস আই মখোমক ওইন' নব মা মাগুই স্বপ্ন ধবকসিদগী খুৎ শেনা হামদোক্লগা পাখাবিবা যাবোইদ্রাও? চটী মতাংডুদা তনবীদ্রাও কেকু লোৎপী শাম্নবা

একা হিংবগী চথ পাখাবা নঙ, থবকা পোখাবনি মীগীদি মরাইবক খীববা মীয়ামগী ফিদম ওইনা কুরুক্ষেত্রদ' কর্ম্ম কোবা তাবনি। নঙ চৎলে পবপ পবপ, এস আইডু চঙ-হল্লকউ, ক'বোক চাবো মথন্দা লাকখো হাযম্ভ।

পা হাৎপীদোবিব্রাও?

একা—কবিগী? চাবা হাওবা ওমু ডাক্রাস্থ নত্তনা। মপান্দা লৈবা ঐখোয়গী মী-শিং পাউ মথং মথং পীহনখে'—ওসি অহীং উচেক্রম ফদুং—বোম্বেদা কলিকতাদা।

পা—অনৌবা চঙবা নুপী-মচা নিপামচাশিংহুদি ?

একা—মখোয়হু অহল মহাজন খব গৌরমিঠাই মীশিদা তুমহন্দ্রিবা ফাওবা লৈখিসনু। নহারোলনা কুমসি উহৌবা লৌ-শিংহু ঐখোয়না নোংমৈ লোক্লনি। ইন্টরনেশনেল মিটিং অনী নিউ য়োর্কতা জানুৱারি থাদা, বোমদনা এপ্রিল থাদা ফমগনি, মহু য়াওরুদবা য়াদে।

পা—চেকশিনবিয় ঐ চৎচরে।

একা—কবিমতা নুংশা থীনু বিরি, কুরুক্ষেত্রদা নঙনা খুৎলায় পায় হায়না উবিবা লাম্মী অয়াম্বদৈ মথবাইগী ময়োলমখে ঐনা শৎথ্রবা ঙাক্লনি।

(এস আইগী পোষাক্তা তোম্মৈ পিস্তোল পাগদুনা চংলকই।

তো—মী অমতা লৈতে হায়বা চুমব্রা ঃ ? (ফিংনা)

একা—পাখৎকনু পাখঙ, ঐ লৈ। কবোক চাগরা

তো—নঙ নত্রা মুহোর একা ? নখুৎ থাঙ্গৎলু, নঙবু ফাগে লুম্মকইবা কুইরবনি। পুলিসনা মায়কৈ মরিমক।

একা—(মখুৎ থাঙ্গৎলগা) ঐবু ফাবগা নঙবু মনা কয়া ফংজনি ?

তো—লীশীং কুন্থ্রা।

একা—লীশিং কুন্থ্রাহু ঐ পীগে, সরকারগী থবক তোকউ, কম্পানিদা তৌরো থাদা লীশীং অমা পীগে। নথরাইস্নু কুইনা নুঙাইনা হিংজনি।

তো—ঐ থবক থিবা লাকপা নত্তে, লৈবাক্কী য়েক্লবা ডাকু নখোয়বু ফাবা লাকপনি।

( হুইশেল খোংলগা ডি, এস, পি, শগোলশেল আই, পি, শনি ঠাকুর পিস্তোল শিংলকই একাদা ।)

শগোল—চেনবা কাম্নরোচ. নোংমৈনা মায়কৈ মবি কোয়থবনি । সবেন্দর তে ডাকুমপী, নঙবুদা ফানবা লুম্মকইবা কুইরবনি ইশক ওম্থোক্নুন ।

শনি—তোম্মৈ বাব, নঙ চৎলু, লঙ্কাপুর থাইফলসকী লাম্মী চনী লোক । (তোম্মৈগী মখুত্তগী নোংমৈ মুল্লি, মওোন্দা তম্মি, শগোলশেলনা মাবু মখুৎ পুন্দুনা পুখি ।)

একা থিম্বা য়াদ্রে, লৈন্নুং লম্বীদা লোইনমক । অদুদি গুহাদা থাদবিবম্মা

তোম্মৈ—থবাইর্দদি কনবিয়ু, নতু ইঙ্গবে । (চৎখি ।)

একা মসিনি তাইবা শক্তম, ফত্তবনা ফত্তবা মথং মথং পোকপ, এটোম পোখাইবগুম নিংথো অঙম অথৌনা শন্দোকপা মহাক্কী লীলা ।

ভা ১—লীলা লোইবিরব্রা ?

একা—লোইজবে । মখাদি ভাবনা উবিবো ।

ভা ২ ডাকুশিংগী মতীক-মগুন্দ উৎপশিবু করি পাউতাক্লো ? নুপী অঙাংনা লান্না লৌখিদ্রা ?

এক পাউতাক্কী লীলা নত্তে, অহলথোয় কম অচৌবা পায়বশিংনা শঙ্গা-থুমজা অবান-অহুই তোবা কনামত্তনা ফাবা ভমদবদুগী মতৌনি ।

ভা ১—লীলাদুবু লোইকম চারিব্রাও ?

একা—অহনখোয়, ঐখোয় গুণ্ডাশিংগী থবকপু পৃথিবীদা লোইবা নাইত্রাও? লোইদববু লোইরে হায়রতুনা অমানবা উৎপা য়াত্রাও? (শনি, শগোলশেল অতৈম্মু খোরকই।) হৌজিক, নমথাক লৌনম শেঙ্গা-থুমজানা য়াইকরিকো।

ময়াম- হোয় হোয়।

একা—অদুনদি ঐখোয় লাইরবম্মু ছিংবা তায়।

ময়াম- করিগুম্বা পাম্বে!



# য়াওগদবা মীওঙ

**নিপা—**

১। চন্দ্রকানাল

২। ওজা

৩। গুণ্ডা অন্তম

**নুপী**

১। শুগ্রাবী

২। লেবাকপী

৩। ভানবিতোন

# তম্ন-লাই

নুমিদাংবাইবম নুমিৎকী মেশা মেওলক্রে। লুখ্রাবী মশা মথংম্মায, তামস্লুং মখাখল শোম্থনা ইমুংদগী মপাল থোবকই শুমাঙদা কুমথবকই। থেক্ষম খঙদব ক্ষিভম্নি, ক্ষি অমা ক্ষৌতুনা লৈবত্নুগা মাগী মিৎয়েংগা চান্নরমই। পবপ-পবপ পোলাংখোক তম্না চৎলি। অতুবু মথোদা যাম্নমক হৈনিংবগী ক্ষিভমদি নাত্তে।

লুখ্রাবী ফৌবম্নিবা ক্ষি চিংথগে তৌবমক্তদা খংলেপ লেপ্পী মবমদি তাম্না দেকোতা প্রেন তম্মা পাইবকপগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। মপূক্কি চঙনা তায় অগস্মু মশক উবা ক্ষংলক্লবদা য়েংঙি মিৎ কুপ্তুনা কোক্তোন লান্না পাইখিবতু। পাইখ্রে, তাখিদ্রে অয়েংনবা অমদা য়েংলিবা মিৎকী-মীৎলু অনীদগী শিস্থরক্লি পিনা।

লুখ্রাবী ( নীংঙমদনা শোল্লি ) ওঃ হঃ — আঃ লান্দবনিকো ঐ ইচাদো লান্দবনি, লান্দবনি, লান্দবনিনে। নত্রনে নঙনা সাক্ষী, ঈশ্বর নঙনা ঐ' ইচা লান্দবৈ শাক্ষী। মানি মানি'

ওঃ মাঙলেদে, লাইবেদো। ভদুবু ঈশ্বর নঙনা খঙহৌবগী প্রমাণ। কৈদৌনি নঙগী প্রমাণনা কৈদৌনি, হৌগ্রে-লোইখ্রে, লোইখ্রে—।

( ফীভম হোংলদুনা ) অ। ( ফি লৌশিল্লগা ইমুংদা থম্মুবে, থোবল্লে, উখোকাতন্দা ভাবদুনা ফম্মী. ত্থাবকই। )

ইমাইবুঙো নুংশিবা, ইমাই তাম্পোক চন্দ্রকংনাল, কবি মতৌ কৌবগনে থোকখ্রিবা মতৌদুবো। নখোঙদা যোৎহ্লিং কোৎহ্লা চন, যোৎকী পোন মন্ দা পাইশি পাই-থোক ঙমদা চোঙা মুবী চৈ চেক্লানা চেক-চেক খোংদুনা লৈবিদে, ইমাই থরাম কপম খাঙলসিগ ইমাইবুঙো নু-শিবা তাম্পোক চন্দ্রকংনাল। ( মুকম-মুকম শে প্লি। ) চাং চঃ চঃ চন্দ্র, চন্দ্র—ও

( ওজা লাকই। লুখ্রাবী ফুক হৌগৎলি, চনশিল্লকই অমসুং চপ সেপ্পী ) কনা ওইবিববনা?

ওজা—চন্দ্রকংনালগী ওজানি

লু—( হবাওনা চেনশিল্লকই মনাক নৱা অমসুং মাযোক্লনা ) ওজা ইচানা হা-বম্মী পবিক্ষাদা খাই মকোক থো…

ওজা—চুম্মি।

লু নুঙাইবা পাউ তম্বিগে লাকপীবি নত্রা?

ও ( মরু লুকথৈ ) লাকচবনি অবাবা শকক যাম্মিল্লসি। হায়কম খঙদনা ভকখ্রে, কবিগুরুদগী মঙগুম্না খনখ্রে। কৈদৈনে-

কৈদৌবদগীনো চমম্লথ্রে, বুদ্ধি তাখিদ্রে মনা অতম .তৌবরি থাজখিদে।

লু—কৈদৌনি ওজা, থোকথ্রে থোদোক অমা থোকখ্রে, থাজদনা থাজবৈ রাংমদা। সিবু মীওইবৈ দমা হায়দুর. সির .হৌং বীরা চৎনবীবা, সিনু ইবাযবক্ত তম্বিদব থাদ্রবা বিধাতাগী নোংদম হায়হুবা? ও .নাদম থীবা মপোক ওইবর লুখ্রা ইমা ইচাই—আং নোংদম থীবা মপোক ' ঈশ্বরন চান বিদ্রবা পৃস্সি। । খাওমদন লাউবকই।। .হ লাই '— হে লাই—' (চোকপনা ফমথৈ ফদ্রাক খুকউ অনি লেত্রা, অহুগা মথা তানা লাউবকই ) ইবাইবক ' ইবাইবক ' ইরাইবক—'

(ওজানা লুখ্রাবীবু হেংগৎপীরে। তদুগা কোনশিনবিহুনা মাঙ্গোল্লোমদা পুশিনবিবকই। লুখ্রাবী ইমুদা চংখ্রে )

ও—কবম্বা .থৌদোক্রা কৈদোবদে .থাকখিবনো.- খড়বা চুমদি হৌজিক। কবম্বা মীওইবৈ অবোনবা ফত্তবন থোদোকসি থোকহনখি চন্দ্রকংনালদা?

রাবীহু খওজনীংডি, খওবস্ত তাবনি। আশা লৈববা অডা থাজরিবা নোংমদি অচংবা মী ওইকনি. তত্তুব ওন্ন-তৈন নাতৈ তক্তা তমথ্রিবা মবাইনক, অকি তুজ, ফাওনা হাঙ্গোই নরবা মিংফম অমা ·' ও সিবা মীওইবা ' মী তমদা চেকশিঞ্জহুনতা চৎচবা মিকুপ, স্বপ্ন মীকুপ অমত ভাক শেলহৌদবদে তাখিবা দযা।

অদুবু খন্থনীংঙাইদি মতমগী মিৎয়েংদা মীকুপ মুপ্পে মীকুপ অমতং ঙাক-শেলহৌনবৈ খুদোংনা মাঙগ্রবদা লম্বী অমা লম্ফাখিবা - ঐখোয় খনবা তাই, খঙবা তাই, অখাঙ কনববু হুমদোকখিবা কনাই নোংলে নুংশিৎনো অশিৎ-অরান-থাই তমখিরবদো ?

( লুখ্রাবী ফক অমা পুথোকতুনা থাই। )

ইমা! নুঙাইনি খল্লম্বা আশাগী শেলবা অতিয়াবু খঙহৌদনা মিকুপকী নোং মপৈ মপৈনা কুপশিনখ্রবা, তানীং খদ্রবা অখাক অরাঙনা মাখকৈ শীনবা থু, নাকোং য়েংশিনবমখৈ খদ্রাক খদ্রাক, সিগীদমক ইমা নঙনা তেংথানিংহল্লি ইমা নঙবু কনানো ?

লু—লুখ্রানি লুখ্রাবী। চন্দ্রকনাল ইচানি, ইচা তোম্পোক। ইচানা চহী অহুম ঙাইরিঙৈদে ইপুন্সি লুখ্রাবীগী লেল্লক্লে রানা ইচা-তবু খন্দুনা। সিমন্থ হায়দাকে চিংনদে। নৌবি মতমহুদা ঐহাক চপচানা নৌবি। শাগৎলকখি ঃকচাংসে ফুং ফুং চহী কয়া; হায়বা তাই ইংখোলাংনিংখিবৈ মৈশানি। অদুবু নোল্লকখি ইচাটৈ যেং খালকখি সুম্না লাইক ঈপাল লাং, শাগৎলকখিবা মৈশালোক, চোকপরক্তি ফাঙবা শিংলিশিং, চহীগী লমজেলদা তশেংনমক লুখ্রা অমগী পুন্সি, কনাই নুপাগী নাকোং রা তারক্তমখৈ ইচাতবু ঈ মতুমদৈ নাওকোল্লক অহীং কয়া চুপ্পা নাউশুম ঈশৈ শক কাউথোরকপনি অতোপ্পা পুন্সি কয়া ইচাই মরাইবক্রা লোনথ্রবদা মতাং চাদনা

ইরাইবকস্তু সোমখ্রে, ইপুন্সিসিতবু নীংহুনা ইচাই মরুম থুপ্পা হিংলকপা।—কান্নদে হৌজিক্তি কান্নদ্রে।

ও মথংদি ইমা, চন্দ্রকংনালনা মপূ ফারকপা মতম?

লু—রাবীসি মপূখানা খুঙবীনি লেদনা?

ও—হায় থৌদোক চহু ফাওবগী।

লু—খঙলে মমুৎ তানা খঙলো ইচাই মবাইবক।

(চন্দ্রকনালনা মচি অমদা হকচাং শাজেল তৌবি। হৌগৎলকপা মতমহুক্তদ লৈনা মকুমদগী গুণ্ডানা করেম্মনা নোক্লকপা তাবকই। মতুং তাবকপদা কৈথাকপী লাকই।)

লু ইহে ইচেমসি থ্রেবু হুদ্রিনে।

কৈথাকপী—ইবেমগা নঙসু হৌজিক ফাওবু।

লু—রাবৌবিন্ন ইচমসি হৌজিক চক্তা

(ফিদা লৌথোক্লনা থাই।)

(চন্দ্রদা) ইবুংঙো সিদ অমুক্তা লাও।

(চন্দ্র লাকই) ইংঙোই নমাসিনা লেঙঙকইবসে নঙবু প্রাইভেট খব তম্বীথ হায়বিবনি।

চন্দ্র—পোত্থাবসিব খল্লে মবমদি হন্দক্কীসিনা অবোয়দা পরীক্ষানিনা।

কৈ—ইমাসিগীস্ন হায়দ য়াদহুনা হায়বিবনি। ইবুংঙোনা কোলেজদগী কুম্নকপদা পোত্থাবা ওইনা পূং অমমমদা ওইরবস্তু তম্বীদবা য়াদবনি। ইমাসিনে ইচাগী সাইকল অমা লৈগে, ফুরিৎ কোট অমস্তু তুগে।

লু—খঙদেনে ইবুংঙো, নমাসিগী মায়স্তু ভাক্তা যাদেদো।

চন্দ্র— ঙইহাক্ত খল্লগা ) তম্বিদোবিবু কনানো?

কৈ কনা ওইনগোনে নচনন্নুপা বুদ্ধি ফত্তবী ভানবিত্তোম্নিনে।

চন্দ্র—( মহোমতা ) লৈশাবী।

। মবী লৈনদনা গুপ্তাগী ফাক ফাক নোক্লকপগা ভানবিত্তোনস্নু লাকই। ইমা, অমুক্তা লাও।

লু—ইচেমচি, ফম্বিবমখোকে

মমা মচা চঙম্নিন্নখগা মাঙ্গোল মচিদ লেপ্তুনা রা ভাঙনবি। সাম্মদনা ভানবিত্তোন মমাগী মনাক্তা লেপ্লগা। )

ভানবিত্তন ইমা কমদোবে?

কে—নঙস্ন লাকএ

চো- কনি হাম্বনবগে?

কে খঙদদা, নঙনি হাযরুবদগী তম্বিনী'দ্রববা করিনে মমা-মচা বা শান্নবিসিনি?

ভা—এ ওইবগা কেদোববা?

কে -লেশাবানি হায়ত্নদা।

চো— এনা লেশাবা ওইবগা মঙোন্দ চিকউনি হায়ব্রো।

( লুখ্রাবী 'মস্নুং চন্দ্রকংনালদা য়েংলুবগা। ) হুম য়ানদ্রমাল্লে ইমা! যাহন্দবা য়াদে। য়াদ্রবদি মখোয় তৌবিমল খঙদবনি। লৈরক্তু কান্দা মথীবো থাকপিবিবা। অতুই মথক্তা উপায় কয়াস্নু শৌবিগ্নি। নত্রা? কান্নদে ইমা, এখোয়বু উশিৎখিরোই।

কৈ—ঙাইখো তুমিন লৈখো! (লুপ্ৰাবীদ) করি হায়রিবা নিপা মচানা?

লু—ঐবু খুমকম খঙদ্রেদ, ইচেমসি।

কৈ—তৌবদদি ঐখোয়সু য়ামাল্লে হায়বগী লাকপনি। করি হায়-বগে? তম্বিনবা ওজাবুদি য়ায়া লৈ!

লু—ফরে ইচেমসি চুমতা মাসু পরিক্ষা পংকুই কুইশিল্লক্তে হায়জবনি। অদুবু তম্বিদবা য়াত্রা কৈদৌঙৈ হৌনি হায়বগে ইচেমসিনা হেক তাকপিরম্মে!

কৈ—নুপীমচা করি খল্লিবা?

ঙা—ঙসিদগী হৌনিংলে।

কৈ—ফরে হৌরোনে। চৎসি অদুদি।

লু—লেংবিরসি ইচেমসি (ঙানবিতোন্না তুং থংলগা মমা-মচা চৎখ্রে। কোম্বোং রাংমা লাম্বোরকপগা গুণ্ডান হুইসেল সাংনা খোংহুনা ঙানবিতোন্দা লক্লরকই।)

ওজা—ইমা মখোয়শিং অসি নত্রা?

লু—মানি মখোয়গী করি মথৌনো ঐ খঙদে। নোং অমা ঙানবদৈ নুমিৎ অমা তাবফাও অদুম চাউ অউ লরুহুনা লাওহুনা লৈ য়েংঙুদো—। (চন্দ্ৰ কোলেজদগী কুম্লকই গুণ্ডাগী মপা লান্না লাকই। হুইসেন্না মরোল লোম্না খোংজিল্লকই। চন্দ্ৰ খংয়েং য়েংথোক্লুই! থৌ-রা ইশা শাদনা থীক থীক নোক্লুনা লৈহৌই।)

চন্দ্ৰ—(মমাদা) ইমা, কোম্বোংদা লৈরিবা গুণ্ডাশিংসে মী য়াম্না উশিংখিল্লে, ঐসিবু মী নক্তদোনা খল্লমাল্লে।

লু—শাউরুনু, খাংউ, অদুম তুমিন্না মতাথোক্কউ। ইচাসিদি নঙনা কায়রুদ্রগা লোইরে। মখোয়ন গুণ্ডা তাকু ওইরগা লান্দবা ইচাদবু কবি তোরগবনো। লাই লৈবিসিদি।

চন্দ্র—ঐখোযবুদি করিস্নু হায়বিদেয়ে। কনাগুম্বা মিহুন ফত্তবা থেংনরবদি মখোয়বু শোয়দনা শিবনিনে।

লু—অঙম্বা মী থেংনদুনা হাপ্তোকপিগ্রদি খরদুম করনি হাই-গুম্মদনা মখোয়না শ্বাইদা লাংলিবসে ইচিং হেক চিংনৈ পুক্লিংসি। সং। নুঙাইজখিদ্রে ইমাস্নু।

চন্দ্র—অদুদনে ইমা মহোশা অঙাং ওইরিবৈ মখোয়না ফম্লিবা খোং নাংখোসে লাই থোকই হায়দনা কয়া তঙ্গোইনংমখ্রবনো?

লু—অদুগুম্বা মতমদুগী ফত্তব তন্ন লাইশিং অদুনা ওল্লগা লান মতুংদা পোক্লকপা নহাশিংসে মপা মপুই মকমশিং কাউবা য়াদদনা লুম্লরিবসিনি অচৎ-অওক কয়াদা তম্নদুনা।

চন্দ্র—অদুদা তাইয়ে ইমাই রাসিদি।

লু—( নোক্না নোক্না ) চুম্ব চুমদ্রনে!

চন্দ্র—চুম্বদুনবু হায়রিবা।

লু—মসিগী খোংনাংখোঙসে ইমাখোয়স্নু কিবমখ্রে। নীংবু নীংশিং লকই। ( মতোমতা ফাক ফাক নোকথোরকই। )

চন্দ্র—কৈদোবে ইমা?

লু—হেরা নঙনা চহী মঙামুক্ত শুরকপদুরাইদা নঙবু পোরগা ঐনা কৈথেল কৃম্মকপা। লোয়নরকপনা মনীঙগী ননে কৈন্থা-সিগা। নুংদাংদো পঙথেঙদি থেঙদ্রিয়ে, মীদি কনামতা চৎনদ্রে।

ঐনা মাঙ থাই মানা তুংদ । মাদি মকোক্তা থুমোক অমস্থু লম্না পুবকইবনি চেঙ রাম্লকপগী। মপাসিদা য়োবংশদা ইবানি চেক-মোক লাউনদ্রে। তুমিন তুমিন তাঞ্জাহুদা হায়কেত্তু উথক্তা শ্রোৎ শ্রোৎ' শ্বাশ লাউই। 'হুৈ গমুক্তং ফদ্রৎ ফদ্রৎ ইমাই কোকথক্ত ? কোকচাউবী ফু' কায'। ঐন শোম্থানন 'ইচে কৈন্যা!' মাদি 'হা।' হাযনা লাউবগা ঐখোয়বোমদা চেনশিনখিববু। ঐস্থু 'হা' হাযহুনা গমুক্ত চেনববু। তাঞ্জাহুদা নঙনগ কপখৎলকখিবনা। ইমুংদা চেনশিনমিন্নবে। ংহুবু লম্পু ফদৎ ফদৎ, তৌকম খঙদহুনা লম-যাইদা চেংহু জ্বাই। -ংহুগদি (ইশি শিনা নোকই) শকপী মচ ংহুমথক পাইবদি হেৎশ চোংহুনা লৈবম্লে। (মমা মচ শিথ-শিথবে লাকমিন্নবি অসোমদনা গুণ্ডাগী অখাক অবাওগী মীনোক তা)

ওজা—খল্লুবগা থম্মোইসে থুক লাউই। মতমহুদা মী কিদে লাই কি। মীনিনতা তাবদা অকিবা কোকই থশাই চাউই। হৌজিক্তি মী কিবে লাই কিদ্রে তম্নবকখিদ্রে ভুত-প্রেৎ শবোই-ভাবোই লাইমুনচিবা খোবাম্লাই তিনখাক শাও। (ভানবিতান লাকই মথুক্ত শাইবিক শ্বব পায।)

ভা—ওজা ঐ লাকএ।

চন্দ্র—(ংমুংদগী থোবকই) লাম্লব্রা? (কক্তা ফম্মিম্লবে) অঙ্কদো ফাক্তোনউ। ঙবাংগীহুদি হৈবব্রা?

ভা—হৈত্রিদা'

চন্দ্র—হৈরনি ভাব তাবে হায়খিবদায়নে ?

ঙা—য়ুম য়োরগা কাউথ্রবা।

চন্দ্র—( হৈনিংদনা ) অমুক্তুংগা তাক্কে ভাব তারদ্র য়েংঙু।

(লাইরিক তাকই। সোমদা লুখ্রাবী ইমুংদগী কৌ পুথোরকই।

শুমাং মচি অমদা শুবি। শুন-শুন ফৌস্নু ঈশৈস্নু শরুকই।)

লু—হয়ুম য়ান্নবা থোদাংকোক

শীংজল্লকউ হায়বগা ফৌবু পুরকপা য়ান্নব।

ফৌবু পুবকউ হায়রগা শীংজল্লকপা য়ান্নব।

নঙনদা চাকপু হায়রগা

ফৌগাক্কি চজীক নমথিবী

চাকপুদা শাদনা পীজগে।

নঙনদা য়েঞ্জা হাযরগা

লফু য়েংঙ্গং থুম্নমদবী

য়েঞ্জাংবু শাদনা পীজগে।

নঙনা ঙাবু হায়বগা

খোংবালগী ঙাচক কোকচাউবী

ঙমুদা শাদনা পীজগে।

নঙনা মোরোক হায়বগা

কূরাও মপান অঙাঙবা

মোরোকপু শাদনা পীজগে।

নঙনা থুম্বু হায়বগা

তুরেলগী লৈঙোই চোচ্রোবী

থুম্বু শাদনা পীজগে।

( চন্দ্রনা লাইবিক পূক্তি চওন তাক্লি অহুবু ভানবীতান্নদি চন্দ্রদা মিৎয়েং লান্না য়েংহুনা লৈ ; তাকইবা থওইদে মহু খওলক্লবদা শাউনি না য়েলকই চন্দ্রনা । )

চন্দ্র -য়েংলিহুবু কনাদনো ? লাইরিক্তি মখাদা লৈবে।

ডা—করিগুম্বদা মিৎক্ম চোইখিবসিবু ইয়ামক যাদ্রবনে ওজা ?

চন্দ্র—অহুবু ঐনা তাকখিবশিংহু খওতৌব্রা ·

ডা—খওহোদে ।

চন্দ্র অহুদি সিদা কৈদৌন লাকইবা ? ঐগীদি হান্নদগী হায়বিহুনি লাইবিক তমগে হায়বগীদমক তাকপনি নত্রবদি ।

ডা—ওজাগী ব্রাসিদি নমদনা ঐবু পাখল শেপান্নহনবিদৌরে । ওজা পারৌবিনু । ইবুঙ্কি ফত্তবগী ভাব থুনা তাবা ডমজদবগী পাড়া অম ফানবা হোৎনবদা খব কুইনা চজবদনি অহুনবু প্রাইভেট তমজরিবনি ।

চন্দ্র—অহুবু ঐনা হায়বদি ...... ।

ডা—মবক থওনা কিংনম্মা ! ইহে হাগে তৌবদা হেক্ত কাউবা ! ওই ! নুঙাইদা হান্নগী মিংগৌহুন, ওজা হায়বসি ইকোই কোই, সিনিদা তাদ, বি এ সি লোইববদি মখা মেথখিদ্রে নত্রগা ত্রোনং চমা চৎকদ্র ? ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকা নত্রগা ডাক্তর বাবুকা ওইবগা কাব তৌবকাদি পাম্বিদকো ? সত্য !

চন্দ্র নখোয়না ডাক্তর ওইনিডবা গহুদি ডাক্তরগী মথৌ মশক মুন্না খওহুন তৌব নত্তো ।

ডা—হোয়নে অহুবু করি তৌদৌবিগে ?

চন্দ্র—ঐহাকপুদি এয়ার ফোর্সতা চঙলগা পাইলোট অমা ওইগে লেপ্লি।

ঙা—( মুন্না তারগা ) এঃ নথংাই অদুক শোনবদুনবো !

লু—করি থবক্কো অদুদি ?

ঙা—হো ইনে লানগী এরোপ্লেন থৌবা।

লু—( শুকথদুনা ) হা করি হায়বা ?

চন্দ্র—ঐগী পামজবা নীংজবদুবু হায়বনি।

লু—করি রানোনে ইবুংঙো, মদুগী শিনফম অদো নীংঙ্বা পাম্মুবা

য়াবা নত্তে। ইমা পামদে।

ঙা—অদুগা পাইলোট হায়বসিদি হেক থৌদুনা চৎখিবগা মমিং ককহৌই হায়রিবনি।

লু—য়াদেহে ইবুংঙো, ইমা পামদেকে। হায়রিসিনি ইমা ইচাদনি অদুগুম্বা শিফম নাফম খঙদবা শিনফম অদু নঙনা তৌবা য়াবা নত্তে।

( হায়রম্লগা মথৌদা পুক্নিং চঙখ্রে।)

চন্দ্র—ঙানবিত্তোন নঙ ঙসিদি চৎলো, খ্বাইদাসুম লোংশিল্লশি।

ঙা—ঙসিদি ঐসু কোকসি চিকখ্রে। লাইরিকপুদি ঙসাইনা লোইশিন্নিংলবনি। অদুদা রারী ঙহাক শাবসিসু নুঙাইরিবা

( ঙাঙথোরকপসিগা লোয়নরকপা মিৎয়েং, চন্দ্র হৈনদে। )

চন্দ্র—নঙ চৎলো। রারীদি নোংমস্ত শাবা য়াই। ঐসু পরিক্ষা নকশিল্লকএ।

ঙ—তাল্লবনিনা চৎলগে ! কাম্বোং রাইফাওদদি থিন্দোকপীয়্।

( চন্দ্র খুম্বা লৎলি) কোম্থোং ময়াদা লৈবা গুণ্ডাশিংসে হৈনদেনে।

চন্দ্র—হেরা কোক হেক চৎখ্রো কৈদৌগে।

ঙা—এঃ লিন্দা অদুনস্থু পাইলোট। ( রাশি কংনা নোক্লগা ) অদুক কিগনবা হৌনদে। ঙাইখো, তাদবু হকচাং শাজেল কা য়াম্না তৌবদাইনে, সে লাকওসে ( চন্দ্র শুমাং মতোন ফাওবা চখোরকই। )

চন্দ্র—গুণ্ডা লৈতেসে চৎখ্রে।।

ঙা—লৈত্রস্থু কোম্থোং রাংমফাওদং ইয়ুমদা লাকপা মী থিন্দোক-পীববু কয়াম হৌনদ্রবা থবক্কো ?

চন্দ্র—( য়াম্নমক হৈনদনা ) চৎলোসে। ( ঙানবিতোন মাঙ থাই। কোম্থোং লাম্থোকখ্রে। অদুগা রাম-রাংমদা )

ঙা—( ইকাইরপ তৌনা ) তাদ করিগুম্বা অমতা হায়জগেনা ?

চন্দ্র—( চিংনরপ্পা ) করিনো ?

ঙা - মরম ওকপা, লাইরিক্তা থরাই য়াওবা মীসিদি পণ্ডী হায়বসি চুমতাইয়ে।

চন্দ্র—( ঙকচাননা ) ঙানবিতোন।

ঙা—পাখণ্ড মান্দে পণ্ডমল্লি হায়মি। ঐসে লৈশাবীনে খর খণ্ডনসে।

চন্দ্র—ঙানবিতোন, ফাগীবা অওইবরা ?

ঙা—তাদসিমা ! লেংমান্নবদবু ফাগি পংতৌদা তৌ য়াব্রনে ?

চন্দ্র—অদু ওইরবদি নঙসে অমরোমদা লৈকায়গী ইচম্নি। মদুস্থু কৈস্থু থোইদোক্কে মতমগী মতুং ইন্না। অদুগা অমনা নঙ ঐবু

লাইবিক তম্বিয়ু লাকপনি। মতুগী মরীতুতা মবৈনসি। মখা তাবদা ঐবু রাবৌনু, ইচন্না নপুক্লীং অতুমক লেপ্পা তাববদি হয়েংদগী ঐগীদা লাকপীদবা মবমদি নঙগী পুক্লীংগী পাউথুম পীবা ঙম্মোইদৌবি। (ঙানবীতোন মমায ঙাঙনা ফেৎ হাইদোক্লা শাউনা চৎখ্রে, চন্দ্র হুপ্পিল্লকই)

লু—কৈদৌনবে নিপামচা? (চন্দ্র খুমদে)

কেদৌনববগে?

চন্দ্র—নহান্না নীদি য়াজদবা নত্রা?

লু—(ভাব তাবতুনা) কবি হাযবম্মগে নঙোন্দা?

চন্দ্র—অসিগুম্ব লেশাবীশি অসি লাইবিক তাক্লীংদ হাযখিদ্রা?

লু—অতুবু খিনা হাযবিক্লবব্রা?

চন্দ্র—মান লাইবিক কমগে লাকইত্র?

লু (ওজাদা ওনশিন্দুনা) কবি হাযবিনো ওজা? ইচাবু পামতুনা প্রাইভেট তম্বগী মমিংদা খুদোং চাবা লৌগে খনখিববা?

ও— অতুমক খনখিদ্রবস্ত ঙানবিতোন্না অওইবমক্তি শন্দোক্লনবা লঙ্গৈনাগী মহীরা হকথেংনক্লবা কযাদ চোংশিনখিবগুম মশাদা পকপা ঙানবিতোনগী লাইনাগী নুশি নু ওনগী মহীরা মশা ফববা চন্দ্রকংনাল্লদা শন্দোক্লে তৌখিবম্বতনি।

লু—ইচানা অশোনবা ওইবম্রবদি?

ও—শোয়দনা মাস্তু লাঙ্গৈনাগী লাঙ্গৈথুং পাল্লমগনি।

লু—অতুবু ঐখোযস্ত নুংশিনবকখি।

ও—হকচাং কয়াৎনা শোয়ফদনা পুক্লীংদা পীবকপা ইথিল্লনি।

চহীগী মতুং ইন্না মীওই মীতৌ মপূং ফারবদা। মতমহুদদি ইথিলচুতবু ফোঙদোকখিবনি. হঙ্গোইনিঙাইস্নু ওইরমদে। য়েংঙু, মতমগী য়াওন্দা অওনবা ইতিহাস অমা চৈরাক য়াওদ্রবা নুংশি নুংওনগী শাজৎ!

মখাদি ইমা ঙানবিতোন তুমিন্না লৈখ্রবরা?

লু—নোংঙাল্লগা মমা কৈবাকপী লাকই। (কৈরাকপী য়ৌরক্লে) (পাখৎলপা) ইচেমসি!

কৈ—অদু ওইরেকে ইবেম্মা! নচাহু কদায় লে?

লু—মমান্নবদগী লাইরিক অমা লৌরুনি চৎখ্রি।

কৈ—মানা ইচাবু ঙসিদগী লাক্লনু হায়বসি চুমত্র? (লুখ্রাবী খুম্বা চমদে) ইচানা কবি কায়রুদুনা মানা উশিল্লিদি? ইবেম্ম-খোয়দি মীশক মীমায় অমত্রা য়েংদনা! (লুখ্রাবী তুমিন্না লৈ) লৈশাবী পাখঙ ওইনবগী হঙ্গোইজদদনা ইচানা ফাগি তৌবনেয়ে চুন্নতা। নত্তে ফাগিহু মানা পামজদ্রগস্নু ইচনসিদি ইবুংদ ফাগিহু মতুংদা অমুক তৌরক্কনু হায়বা য়াই। (ফিভম হোংদুনা) ঐগী ইচাস্নুনে ইকাইথিগনবী লৈশাবীনি।

লু—অমুক্তা তপথবিখে ইচেমসি।

কৈ—পামদেনে কেস্নু নচা নুপাসে ইচানা পামদে। লাম্বা চাদে। ইস! লাইরিক খর ফরেদুনকাদি পাম্বোইকা খল্লুনু। হৌন-লোনচৎ খঙবা, সঙ্গ তৌবা, পু-পাং শুনা নাও কোল্লকপদি নত্রেদো! লাম্বা চাদে, ইকায়জৈ। অসিতবু মীনুংশি চাউ-বিবনি হায়দুনা ঐতনা উপায় তৌবিরুবসিনা লাল্লবনি!

লু—( মমায় ইচপমুক ঙাঙই ) চুপ্মি, ঐখোয়বু খর য়েংবিখি। অদুবু ইমাই-চাই ইরায়বকপু অদুক তাথি তাওইনা খনবীনু। হোয়, চুদংনবী লুখ্রাবীনি, ঐ, ইচানা পিদৎ পাদৎপনি।

কৈ—ঙ্গাঙাঙসিদি কলেজা মতেক অমসু ময়াওরিনে? লাইরিক ফজরবসু নচাসিনা তলব কয়া চারদনা ঐখোয়গা লাম্বা তৌবা য়াগদ্রাও?

লু—( ফাথবা ঙমহৌদনা মপান থোকখিবা খোম্থোক্তা ) ঙঃ মনুং মতম চাদনা থুপথ্রবা ঐগী নিপা! ইচাগী মপা! পুংক্ষমসি-মক্তদা ইচাগা ঐগনা উজনিংলকইকো!

কৈ—ইবেম্মা মবীল চুম্লম্লবা মবুক শেংলম্লবদি ইচানুপী তোমখিন ঙানবীদো থাজবিগেদুম খল্লম্বনি।

( অম্মুম্ন ঙাঙনরিঙৈ চন্দ্র মথুক্তা লাইরিক অথাব অমা পায়-বদুনা লাকপনা গুণ্ডাগী মপা লাম্থোরক্লে। )

গু ১বা—চন্দ্রকংনাল! ( মমায় ওম্থোরক্লগা চপ লেপ্পি। )

গু ২বা—নুংবু নুংশিরিনে, মমিৎকাসি তুথরদুনা!

গু ৩বা—লাইরিক্কাসু অথাবা অমা পায়রিনে।

গু ১বা—লাইরিক কৈ উৎলিব্রা?

গু ২বা—ঙাইখো নঙবু হকচাং শাজেল তৌবদাই!

গু ৩বা—অমুক্তং চাং য়েংসে হায়ব্রাও?

গু ১বা—খুম্মুনে নুপী মানবী! ( খিগত্তুনা নোকশিল্লকই ) তুক্কচৈ চৎহনখ্রো...... ......।

( গুণ্ডা ১বা ২বা মমিৎ খৎ-নৈ, চোংশিল্লি, চন্দ্রগী মখুদাং নাম-নাম ফাই গুণ্ডা ৩ বনা মবুক্তা তিক্রি হোৎলি। অদুবু চন্দ্রনা অরৈবা পাঙ্গল ফুদোক্তুন চোংথোবকই, মমিৎ ঈ কানা মুন্না গুণ্ডাশিংদা য়েংই। )

গু ১বা—( ইশি শিনা নোকপা ) শাউববদি নুঙাইবেদনা।

গু ২বা --মখাদি তাবক্কনু।

গু ৩বা—মরীল ফুদোবক্কেদি তোবেদনা ?

গু ১বা—ফরে চৎলো ।

কৈ—( কোম্থোং ময়াদা লেপ্লগা খোঞ্জেল য়াক্না ) কান্নদে হৌজিক্তি রা লোয়রে ইরল মাঙবা য়ারোই ?

( চন্দ্র খোঞ্জেলসিদা মপুক্লীং থেখ্রে। নাবি। )

কৈ—নখোয়না লৌখিবা পোৎ ওইনা, শেল ওইনা, পৈশা তরা ফাওবা চেঙ মেরুক অমা ফাওু কুপ্পা হিসাব তৌলগা পিরক্ক-দবনি। ( থুনমক চৎখ্রে। চন্দ্র মমাগ খংলুক লুকথৈ। অদুগা মমায় ওল্লগা কনাস্থ হন্না য়েংলমদনা ময়ুমদা চঙলক্লে, অদুগা শুমাং মচী অমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে। )

লু—লাউ ইবুংঙো, লাইরিক ঔবাইররো।

চন্দ্র—ইমা ভাইখো। ঐগী পরিক্ষাগী লুপা ৫০ দুবু থিকম খঙদ্রিবরা ?

লু-- ( শোম্থনা ) খঙদ্রি··· অদুবু····।

চন্দ্র—অদুদি কমদৌনি ? হয়েংনস্থ অরোয়বা নুমিৎনি !

( লুপ্রাবী চিন্তাগী ফিভমদা কমদৌসিগে খন্না ইমুংদা চঙখ্রে।

চন্দ্র মপান্দা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা উপাই থিবি। লুখ্রাবী ফিনুংদা পোৎ অমা পাযবকপগী ফীভমদা পবপ পবপ্ থোবকই।)

(চিংননা) ইমা।

(লুখ্রাবী খঙলেপ লেপ্পী।)

কদায়দনো? কদাযদনো ইমাবো?

(রা ঙাচবা তৌদনা ফিনুংদগী মথোম অমা পুথোবকই হা-দোকই অমস্ত টংলি মল্লবা মযক নাইব, মাগীদি ফিবোল ওইবিবা ফনেক। চন্দ্রনা মমাব মনেংজমদ কোল্লগা পুশিনবিবে অত্তুগা মফম হোন্না লৈবস্ত ওজাগী মনাক তান্ন লাকৎ।)

(খুরুম্মী) ওজাবু।

ও— কবি হাযগে হায়ব।

(চন্দ্র হায়দোকপা ঙমদে।) কবিনো হাযযুনে?

চন্দ্র— ওজা, হন্দকী পবিক্ষাসি শাযদনা থাজগেবা।

ও— (ঙক্ল) কবিনোনে নঙনা হায়বিসিবো?

চন্দ্র— (ইকায়না) ওজা ঐ পরীক্ষাসি থাব ঙম্রোইদে বে।

ও— (ঙকচাননা) হাযবিসিবু পরীক্ষাগী ফিজগী রাবনে চন্দ্র-কংনাল।

চন্দ্র—মানি ওজা।

ও— নমাহুবু অত্তুদস্ত পুখৎপা ঙমদে হায়ব্রো? অত্তুদি ঐনা পুখৎপা তায়েদনা। চিংনরুন্ত ইচাসিদি লাইবিক চঙ্খোম্না তৌ।

( চন্দ্র ওজাদা থুরুম্মী। ওজানা মকোক্তা শিৎ শিৎ নানবী। )

ওজাগী বরদগী মকোক থোংবা ঈশ্বরনা পীনবিসনু।

( চন্দ্র চৎখ্রে। ওজা হান্নগী ফিভমদা লৈ। )

অস্সুম্না ঐনা মঙোন্দা মতেংহুমা পীজখি। ইতোমদস্সু পূরিংদা মক্না লাম্না পেঙ্খি মরমদি মহাকসে ইমায় ওইনি খঙ্খি। অওইবমক্তি লৈতবনা পরীক্ষা থাহোদবা থোক,.. মাবু মশক খঙলুবা ঐগী ইথৌ খঙদবা ইরাল শীখিনি লৈবাক্তা ; মরাল লৈবস্সু ওইরমগনি ঐহাক।

লু—মহুগীদমক ওজাগী লমন তোঞ্জরে।

ও—চিংনদে, করিগীস্সু চিংননি পাঙথোক্লিংলুবনা ইথৌ তৌখিবতনি। থোইদোক্তে, লল তোনবশীঙদা চলহঞ্জরোই, ঐগী ধর্ম্মনি, পেন্দবদি নমা-নচাই শোস্নখিব' পূক্কীং অহুনি, পাঙ্গল থোকঙমদনা হিসাব শুরকপ' তাবদা শেন্দোন কোক্রবা কৈরাকপীগী।

লু—শিংদোক্লিংবগী পূক্কীং মাঙখিদে। অহুবু মতম খুদিংদা ইমা-ইচাই কোক ইপান লাংবা ঙমখিদে! হুমঃ ঐগী স্বর ফুনগৎলক্লে। বারি লোইশিন্নিংলে, কুইথগ্রবদি ঐ লীবা ঙম্নরোই। তাহোরে খুদক্তা ঐগী ইচা পরীক্ষা থাখ্রে। লোইথদোবোই নীঙবা ঙানবীতোন মমা মচাই চক্রি অমুক নৌহোনা শাংথরকখি। ( কোম্হোং মম্নাদা গুপ্তা অমস্নং ঙানবীতোন লেপ্পী। )

গু—চন্দ্রকংনাল! ( চন্দ্র ইমুংদগী চোংথোরক্নুনা চপ লেপ্পী মথোয়দা য়েংহুনা। খুদক্তা চন্দ্র কোম্হোং তম্না লাকই। )

হায়নিংবা হায়রো ঙানবীতোন।

ঙা— লৈকায়সিদা অনী তিন অহুম তিন ইমায়বা মরক্তস্থ স্কুলদস্থ।

ঐ ইকায়বনা শিদোরে। বদনাম অসি কোকহল্লু।

চন্দ্র—মহুগী রাকম অহু ঐঙোন্দা হায়গদবা নত্তমাল্লে, মরমদি ঐ নঙোন্দা লানখিদে, নঙনতা লাল্লবোই থনখিবনি !

ঙা— অহুবু বদনামদি থোকথ্রে। মীগী মচীন মেল্লুবা ঙমব্রা ?

চন্দ্র—মীগী চীন্থোক খুদিংমক ওইথোকনব' হোৎন তারবদি হিংলিসিবু মীরা ঙালিবশিংগী দমক্তরা ?

ঙা—ঐ নুপীনি, লৈশাবীনি, বদনাম চাবা য়াবা মতম নত্তে। খুদমদি মতীক চাবা নিপা কয়া হায়বা লাকই ঐবু! নঙুং-লাংগী বদনামদা পুম্নমক হন্দোকনথ্রে। ঐবু ওইজবা শিৎহনবা য়ারোই রাখল মুন্না তৌবিয়ু, থুনমক পাউখুম পীবিয়ু।

(ঙানবীতোন মমায় শৎ ওন্দুনা চৎথ্রে।)

গু— ঐখোয় সাক্ষীনি !

চন্দ্র—সাক্ষী !

গু—সাক্ষী! (চন্দ্র মথরাই শোকনা হঞ্জিল্লকই।)

লু— ঐ থাজবা রাৎলি ইচানা ঙানবীতোনগা মরী লৈনরুই হায়'সি। শাফু অহুগী চৈনাদা হুংদ য়াদদন' ইচাদা।

চন্দ্র—ঐবু থাজদরা ইমা ?

লু— থাজরবস্থ থোক্লকই রাকমসি কৈনো ?

চন্দ্র—ঐ খঙদে, করিগীনো ঐ খঙদে !

লু— অহুবু নঙনা লাম্লুদনা থোক্লকইবা বদনাম অসি করিদগীনো ?

চন্দ্র—ঐবু করিদা লানখিগে ? ইহান হানবমক্তদা ঐ য়াখিদ্রবনি।

মখোয়না তৌবিমল উৎলু চক্রি তৌবকপনি। উৎকম থোকপ্রা হায়না তম্বীরুই। অদুবু ঐগী তনীংবৈ রাংমদা লেপ্পরবদুদদি তম্বিখিদ্রে, ইকাই খাওদগী ঐবু অবানবা শীবিদুনা মথক-মথা ওল্লরে। অদুদগী মৈশা কোক্তিউৈ হৌজিকনা অমুক বদনাম! ফবে, অদুসু ঐ খন্দ মবমদি ঐ লান্দে। অদুবু কবি দক-কারনো—মখোয়গী করি অর্থনো সিবো?

লু— নমদুনা লৈবা পাম্মি ভানবীতোয়া নংঙোন্দা। নুংশিজদুনমক তৌরিব্রা?

চন্দ্র—ওস্থোকনা ইকায়খ্রেদা? ইমা ঐ থাজৈ, নুংশিববু ঐ থাজৈ। অদুবু ঐ চমৈম্মে ভানবীতোনগী মিংয়েং, রাভাং নুংশিবগী রাশি য়াওদে, ঐঙোন্দা অর্থ থোক্তে। ঐ য়ানিংদে শুকয়া য়ানিংদে ইমা।

ও— ওইজবা কংপ্রবদি মখোস্মু থো নত্তে চেল্লিবী কৈবাকপী অমসুং ভানবীতোন, কান্ননি থাজবক্রুবদা শীংনরম্নিবদো লুথা মমা মচাদা‥লৈবাকমচাশা। মাওখ্রে, মুৎখ্রে ধর্ম্মগী চৈবাক। অক্ষ-কক্ত মাইকৈ ককভাওনরবী ভানবীতোন মমা-মচা মনীং তম্লম্বা মপুক্লিংগী য়াওন্দা অনীংবৈ মথা পোনথ্রবা কনাগী পুক্লিংবু থওই উশিৎপিরুদবৈ মীগী নীতিবু খনবিকদবৈ, ওইরক্লিবা কলদি তৎনবি মবী অমগা অমগা। অঃ থাজ-রক্তে মীওইবা থাজরদে, সমাজ শমা লিংনা লিংনা অশেংবা শক্তমদো মাওখ্রে; লৈমায়থক্তা যুম্নোম্নবতা মথং মথং হিং-খিম্নরৈ, মহাওদি চেস্ত্রে খল্লি।

লু— ঐ খঙই ঐগী ইচা মথপায় নুংঙাইখিদে মপূক্নিংদা মওল মওল খনগ্রে। তহীং অমা শুক্না মমগ্রবা মালেম অসে তম্ন-লাইগী চাক্তাভমদোনা করিগুম্বদস্ত্ত তাবকখি মৈরম মায়কৈদগী মকুনা কিহল্লকপা।

লু— কৌক্রদগী ওইনা পূক্নীং নুংশিহল্লকপ তাও মতমদুদা ইচানা মচীন থোক্না শুকথবকখিবা। ঐস্ত তৃপ্পা যাংদুনা মপাল থোরকখি। ইচানা হায়বকখি।

চন্দ্র— কান্নদে ইমা চংলসি, পূম্নমক খল্লগুমসি। ঐখোয় শোন্থমনগ্রে। হয়েংদি পরীক্ষা হায়দোক্কনি হায়।

লু— ইশ্বরনা মঙ্গল পীনবিসনু। অদুগা হৌজিক কুইনা উখিদ্রবা নপানা ইনাক্ত লাক্লম্মী, হংঙৈ ইচাই মশক অমুক্তা য়েংগে। ইথাদা কোন্দুনা হিপমিন্নবিবা ইচাবু য়েংহনগে লৈথোরকপদা হৌজিক্তা খোম চুপ্লম্বা নঙসে মাঙগ্রে, লৈরমদ্রে। কপমিন্নরে নপাগা ঐগা, মঙফাওনরকপদা অহুমক তাইবংদা কপ্লম্লে ঐসে।

চন্দ্র—চৈনা ফাওরবা শোম্বরক্লবা মীগী হৌনবনি চঙঙসি ইমা। ( চন্দ্র ইমুংদা চঙগ্রে। )

লু— ঐ ইচা ঙাইরি। পরীক্ষা ফল য়েংবা চৎখিবনি। হল্লক্নি। নুমিত্তি রাতোল লোমগ্রে। কেদৌরবনো চাকস্থ চাখিদ্রি। ঐ পোথাফম খঙদ্রে! করিগীনো ঙসিদি ইচিক চিকগ্রে, ইহাঙ হাঙগ্রে ইমুং অসে। পূক্নিংসি ইলৈ লৈতাদেদকো! ( চৎলি, কোম্মোং ফাওবা য়েংলই লম্বীরোমদা, হল্লিল্লকই )

মশীং থিঙমদ্রে হুঙৎ হুন্দা অসুম্না চৎপদা! কুইনা কম্মিংদে শিঙ্খা অমতসু পাঙদে।

(লুখ্রাবী ইমুংদা চঙথ্রে। চন্দ্র মথরাই হরাওনা মায়থোং মকা লান্না লম্বীদা লাকপা উই গুণ্ডাশিং কন কন চোং-থোরকই. লম্বী থৎলি।)

গু ১-হায়য় নঙ ঙানবীতোন লৌগদৌরিব্রা?

গু ২—লৌরোইদৌরিব্রা?

গু ৩—লৌশিল্ল বুহু।

গু ১—নরাইবক থম্বাল শাৎপনি খঙঙ্।

গু ২—নুপী মানমল্লি।

গু ৩ লৈশাবীনা পাখঙদা থেমহনবা হোনদে!

গু ১—নিপাগী ইড়ৎ মাঙবনি।

গু ২—ইস খম্বনিহায়!

গু ৩—লায়র মচা খম্বা!

গু ১-থোইবীনা থেম্মিবা!

গু ২—তুক্কচ্চৈ! (মতিন পিৎ কাপ্পী!)

গু ৩—লৌদ্রবদি খঙঙ্!

গু ২ অমসুং ৩—গ্রীথোয় সাক্ষী!

(গুণ্ডাশিং নোকই ফাক ফাক চন্দ্রগী মখোইদো শিরা, চন্দ্র শাউনিংবনা মশা থক থক নিকই।)

লু—(ইমুংদগী চেঙ্খোরক্তুনা) লাক্লব্রা ইবুংঙো লাক্লিবরনে! ইবুংঙো ইবুংঙো! (চন্দ্রনা মমাগী মখোল তাবদা অশাওবা ফাথনবা হোৎনৈ, ময়ুম তম্না লাকই।)

চন্দ্র—ইমা ঐনা ফাষ্ট´ তারে —ইউনিভার্সিটিগী ফাষ্ট´ ক্লাস ফাষ্ট´।

লু— ইচান' ফাষ্ট´ তারবা! (ঙমখৈ লৈতনা হুরাগুরে) নুংঙাইবা পাউ অসিদা তাহনবিদৌগী মপা! নঙনা ঙরাং ঐগী মঙদা ইচা য়েংগে হায়রম্লিবা! (নোক্ন। নোক্না মমিত্তগী মপি শিন্থরকই।) নঙগীদি নুংঙাইমিন্নবা ফংদ্রবস্তু ঐদি নুংঙাইরে. পেল্লে। ঐ নুংঙাইবে পেল্লে।

(ঙকনা) করিগীনো নঙনা নপি তারিবদি?

চন্দ্র— কৈস্থু তৌদেদা পুক্নিং নুংশি তৌনি।

লু— হেরা নুংানবু ইচাসিদি। লাকও চাক চারুরসি ইমা চাক থিরুরগে।

(লুখ্রাবী ইমুংদা চঙখ্রে, চন্দ্র শুকথনা লেপহৌরি। অশাওবগী মৈরিলক্ত' গুণ্ডাগী খাক খাক নোক্লকপা খুৎনোক তারগা খাঙঙমদনা বারে। লেপক্ম খঙদ্রে। মমিৎনা গুণ্ডারোমদা ঈ কানা য়েংই। অমুক হন্না মখোয়গী মীনোক তানিংলক্তুবদা ফিরেপ অমা লৌরে অমস্থুং য়েন্নখারোমদা চেনশিন্দুনা ফক্লাংদা ঙারম্বা থাংজৌ মথুৎ চেৎনা পায়রগা চেস্থোরকখ্রে। খুদক্তা পেন্দবগী অরোয়বা খোল্লাওদা গুণ্ডাশিংবু থাঙয়ান অমুক মুক্তা তুনবা য়ানখ্রে। লুখ্রাবী চেস্থোরকই, চপ লেপ্পী।)

(নীংশিংলুরগা পে-ন পে-ন) ওজা ঐগী ইচাদো……!

ও—লৈবাক মচাশা! চন্দ্রকংনালগী মরাইবক ওম্থোকনা থুনা মী-হাৎপা ওইখ্রে। তম্নবিরকপদগী মতমগী তম্ন-লাইনা!

(ওজা লুখ্রাবীদগী বিদায় লৌখ্রে। লুখ্রাবী নীংশিংলি অমস্থুং পে পেত্থনা—তরংদা লেপহৌরি।)

# য়াওঙগদবা মীওই

নিপা—

১। লীলা ইবা
২। লম্বী চৎপা
৩। ভদ্রলোক
৪। মীহাৎপা

নুপী

১। লীলা ইবগী নুপী

# বস-ষ্টোপ

ফম্বাক—মনাঙদা অতিয়া উৎপা সিন অমা থাদৈ। য়েৎ থংবদা ফুট ৪ রোম রাংবা টেবল অমা, মচুগী মথক্তা টুল অমা। টেবল অচুদগী লৈমায় য়োবফাও থাক থাক নাইন। কুমথরকফম লৈ। থাক থুদিংদা লাইরিক হাপ্লবা কাংথক অমদা তৌবগুম লাইরিক পরেং পরেং থমগনি। ওইথংবা নাকন্দা উপাম্বী অঙাঙবা মনা অমা অনৌতমক পানবা অমা হৌরি 'বস-ষ্টোপ' হায়না ইংগ্রেজী অচৌবা ময়েক্ ইবা প্লেট অমা উহুদা থেৎলি। উখোঙদা ক্রোক-ক্রোক লাউবা নমঙা য়াওরবা উগী বেঞ্চ অমা লৈ। ওইগী তুংদা শোঙলবা মোংশোং অমা লৈগনি।

মতম—নুমিদাংরাইরম।

ফীজং হাংদোক্তুনা মৈ কাপ্পা মতমদা লীলা ইবা টেবল মথক্কী টুলদা ফম্লহনা নোটবুক অমদা কলম্না করি করিনো খর লেপ্পা লৈতুনা ইরি। অচোনবা অমুবা গাউন অমা লীৎলি। মক্রোক তাঙই, মকোট চোম্লই। মাগী নুগী নহা ওইরিবীনা টেবল মখোঙদা লৈমায়দা ফমহনা শাউনা রা ডাঙলি। নুপীহু মতমগী নুপী মাম্না ফি শেৎলি।

মশম ইচাই চাইনা লেংবান্দা থাদে। ফুরিৎ অমত্তং লীৎলি, কি ইন্দে। হকচাংগী অকুৎ-অতোং উহন্না কি শেৎপহনা মহাকসি কামনা খুহুম চল্লবী নুপীনি হায়না খঙহনগনি। নুপীহুগী মনাক্তা তথায় অমা য়াওরিবা য়ু লীক্লি অমগা গ্লাস অমগা লৈ!

নুপী—( শাউনা ) ঐ তল্লে, ঐ তল্লে,

মপূং কানা তল্লে ঐ,

লৈমিন্নবা ঙম্নরোই নঙগা, শুকঙম ঙম্নরোই।

ঐগী অপাম্বা দাবী নঙনা থুংহনবা ঙমদে

খ্বাইদৈ মতীক চাদবা নিপানি নঙ

মীহো চাউই, খম্বন চাউই নঙ

ইনীং তৌনা অপাম্বা লম্বী চৎচবা ঙমদে

নঙগী য়ুম্নসিদগী চৎলনি ঐ

খাম্লনুকো নিপা, ঐ চৎলনি।

( নিপাহুদা মুন্না য়েংই, ঙাইহাক্তং রা ঙাঙনদে। নিপাহুদি করিমতা থোওইরুদনা অহুম ইরি। নুপীনা গ্লাসতা থর হৈহুনা থক্লগা— ।)

কৈদৌরে ঐনা ঙাঙবদা তুমিন লৈরিবদি?

ঐগী রাসী পাউথুম পীদ্রিবদি?

লীলা ইবা—নঙ অস্থুম ঙাঙঙু, ঐ অস্থুম ইগে!

নঙনা ঙাঙলিবা লাউরিবা, খোঙলিবা

ঐগী লীলাগী মচাক ঙাক্তনি, লীলাগী রাহৈ ঙাক্তনি

নঙ অস্থুম ঙাঙঙু, ঐ লীলা ইগে।

নুপী (শাউনা হোৌগত্তুনা) লীলা! লীলা! লীলা!
কান্নদবা য়ারেম থোৌরেম!
লীলা ইবা, ঐ য়া অমা হায়গে, য়েংঙোই ঐ খঙলে,
নঙগা ঐগা সহরগা থুঙ্গংগা শন্নবা লম্বী মপানসিগী
য়ুম অসিদা লৈমিন্নবকই।
অদুবু ঐ খঙলে,
মী ঃনী লুহোংদুনা লৈমিন্নবা হায়বসে
নোং চুরক্লুনা উথোংদা ভাইহাক থুপমিন্নবনি।
য়ুমসিগী মথাদা লৈমিন্নববসু নঙ ঐ
শকখঙনদবা লমলানবা ভাক্তুনি, নত্রা মকপ?
(লীলা ইবনা ঙকনা য়েংই।)
নঙগা লৈমিন্নবা তল্লে,
সহরদা চৎলগে ঐগী হান্নগী লৈকমদ
ঐগা নুংশিননবা নিপা অমত্তুং থিবা কুইরবনি।
ঐ চৎলগে সহরদা—(ভাঙনা ভাঙনা টেবল মথাদগী সুটকেস
লৌথোকই। কোট লীৎশিল্লি।)

লীলা—(ঙকনা) ভাইখো নুপী, নঙ ঐ থাজনবা কৈ
তাইবংপান অসি ঙসিমক লোইশিল্লসিরাও?
তাৎ ওইরবসু নুপা নুপী ওইনা য়ুম পানমিন্নখিসি
অদুবু সমাজ কৌই, ভাইখো।

নুপী—মতম লৈত্রে (খুদাং ঘড়ী য়েংই) পূং মরী তাঞ্রে,
চৎলগে ঐ সহরদা বস লাকপা মতম য়োৗরে

লীলা ইবা লৈহৌরো।

( স্যুটকেস পাইখৎলগা চৎখি অদুগা বস-ষ্টোপতা লেপই। )

লীলা—হুম মতমগী নুপী। (স্বব মপী হোম্বরগা ইবা হৌই। )

কাম্নদে নুমিদাংঙ্গাইগী অঙাঙবা নোংজাবী য়েংনবা

চীংয়া লমহাংদা চৎলুখিগে।

( অপ রাইটতা চঙখি। নুপী অদুদি খুদাংঘড়ী তোয়না য়েংদুনা বস লাকপা ঙাইরি। কালদা স্যুটকেস থমই অমস্যুং মহুদা মোন খাঙহুনা ইশি শিনা তুমথোকপ্রে। মিকুপ খর লৈরগা টুপী উপ্পা গ্রেটকোট লীৎপা খুত্তা বেগ্ পায়বা লম্বী চৎপা নিপা অমা দাউন বাইট লোমদগী লাকই। হীপ্পিবী নুপী অদুবু হায়ক্ষেৎ য়েংলম্লগা লেপ্তুনা খুদাং ঘড়ী য়েংদুনা বস লাকপা ঙাইরি। লেপ্পদা কপ্লাক চোক্লদুনা কক্ষমগীদমক্ত নুপীদুবু হোঁদোকই। মনাকোং ময়াদা কৌই। )

লম্বী চৎপা—হেলো। তাবিরিব্রা? হেলো হেলো—ওঃ।

নুপী—( খংপ্রেক খংনা মমিৎ পাঙহুনা ) কনানো? নঙ কনানো?

লম্বী—( ইথৌ থৌওইদনা ) হৌগৎলু খিব্রা কমগে।

নুপী—( অদুম্মক হীপ্পি, থৌশাদে ) নঙগী কক্ষম লৈত্তে।

লম্বী—এঃ ( ঙকচানৈ )

নুপী—লৈত্তে লৈত্তে নঙগী কক্ষম লৈত্তে।

লম্বী—ঐগী কক্ষম লৈত্তে? অদুগা নঙগীদি হীপকম লৈ?

নুপী—( হৌগত্তুনা কম্লগা। ) ঐগীস্যু লৈত্তে

কম্বদি কম্মু। অদুগা নঙস্যু ঐস্যু বস ষ্টোপসিদা

খোঙদাকম মচেৎ অমতা লৈতে মসিদি অচুম্বনি।

কম্মু! ফমসি! রায়তুনা ফমসি

নঙ ঐগীদি খুসি তৌবা য়াবা মকম।

লম্বী—( মুন্না শুক্না য়েংলগা ) নহাকপু কনানো?

নুপী—হা-হা-হা? ঐবুদি ঐনি ঐ-ঐ-ঐ!

ইশা অসি ঐগী—ফিজোল অসি ঐগী........!

লম্বীচৎপা—( স্বর হোম্বরগা মথন্তা নোকক্ষেৎ তৌদুনা ) ওহ!

অঙাওবী ওইরে—খঙলুদেদনা—। হম—।

নুপী—( হৌগত্তুনা ) নঙদি কনানো?

লম্বী—ঐবুদি লম্বী চৎপনে।

নুপী—লম্বীচৎপা? চৎপনা নঙগী নথৌ?

কদায়দা চৎলুবা? কদায়দা হনগদবা?

কদায়দগী লাকপা? কদায়দা চৎকদবা?

লম্বী সহরদা চৎলুবনি, হৌজিক্তি হল্লগে য়ুমদা খুঙ্গংদা।

নুপী—ঐনা সহরদা চৎকদৌরিবা। ( অনীমক মীকুপ খরদং তুমিন্না লৈ। )

অনীমক—গাড়ীসি লাক্রেদা!

লম্বী—অঙাইবা মতমদি শাংবনি ( অসি হায়রগা চুরুপ উপুদগী মচৈ অমা লৌথোক্তুনা চমই। )

নুপী—নঙগী চুরুপতু মচৈ অমতা থক্কে। ( খুৎ তিংথোকই। )

লম্বী—চুরুপসি ঐগীনি। ঐগী পৈশানা লৈবনি

ঐতনা থরুবা নঙগী শরুক্ষ য়াশুদে। ( উপু খুমজিন্নগা

ফুরিংখাউদা হাপচিনখি। নুপীহুস্নু মাগী কোট ফুরিখাওদগী মচৈ অমা পুথোরকই।)

নুপী—চুরুপ অসিমনা ঐগীনি, ঐতনা থকনবা।

লম্বী—মানি মহুনা নঙগীনি।

নুপী—উম মচুদি চপ মান্নে। অঙৌবা! অঙৌবা!

নত্তে লম্বীচৎপা!

মচু পুম্নমক অঙৌবদা শঙলগা ওইরিবা নত্রা?

লম্বী—নঙবু কনানো?

নুপী—নঙগী মিৎনা উরিবা অসিনি, বিভুলা চুরবা উংজা পুরবা হৈনিংদবৈ মপুন অমা, অনা-অনাগী অকনবা চৈনাদা পোথাবা কংদ্রবা?

লম্বী—(হেন্না খঙনিংনা) নঙগী যুম্বু কদাইদনো?

নুপী—স্বাইদা স্নুম লৈ (খুদোম্বী থীন্দুনা) তু নীঙখায়রবা যুম অসে!

লম্বী—(য়ুমহু য়েংলগা) ভারাদা লৈব্রা?

নুপী—উম, অহুমক হায়বা য়াই।

অরায়বা, অরায়বা, অরায়বা ভাক্তনি

ভারা য়ুম খঙলেদনা?

ঐগী অমতা নত্তে।

লম্বী—কনাগা লৈম্মিন্নে? নত্তোমতরা?

নুপী—অতোপ্পা অমগা লৈম্মিন্নে।

লম্বী—কনানো অতোপ্পহু নঙগা করি থোকনবগে?

নুপী—ঐগী নিপানি …লীলা ইবা।

লম্বী—লীলা ইবা?

নুপী—উম! হৌজিক্তি কায়নরে। সহরদা চৎলগে হায়দুনা থোরক্লবনি ঐ। (মৈখেৎ খেন্তুনা চম্মিন্নৈ।)

লম্বীচৎপ, মা অমতা হায়গে
ঐ হৌজিক ঐগী নিপাগা কায়নরে
নগু ঐ নুংশিনরসিদনা?

লম্বী—(ঙক্না) নুংশিনবা? হুম ঐ তল্লি।

নুপী—অদুবু করি লৈবপোৎনো। নগু ঐ নুংশিনরিবখৈ সুম লৈমিন্নসি চাদুনা থকুনা কোয়দুনা নুংশিনরকুগা কোক হেক কায়নসি!

লম্বী—হুম ঐ তল্লে! নুংশিনবা নুপী য়াম্মন্দুনা
মশীং থীবা রারে—ঐ হৈনিংদ্রে
নগুগুম্বী নুপী অমবু দি
শেল লুপা অমনা হেন্না নুংশি ঐদি।

নুপী—করে তল্লগা তোক্লো।

লম্বী—(ঘড়ী য়েংদুনা) পুংদি তাশিনখ্রে
ফনা কুইরে ঙাইরিবসি—বস লাক্ত্রে।

নুপী—হৈনিংদ্রবা বস ঙাইবৈ মতমসি রারী শাদুনা লেনসি ঙাইখো লম্বী চৎপা! নংবু সহরদগী লাকপনি হায়বদাই?

লম্বী—উম।

নুপী—মশীং লাকখ্রবা থোঙনাও পাম্লবা

রাংবনা অতিয়া খেৎলবা লোলশিংগী মথাদা লৈবিবা
ডাবরিনগী মচা মগুশিংহু কবম কবম পালহৌবি ?

লম্বী—অবেম্বা মপৈশিংদো ?
পংলাউদা লাউই—আইন, শাসন, শক্তি, পোলিসি
মসিগী বাদ, মহুগী বাদ, অমুক্তোযবা নাকোং চেখাই
চয়েৎনৈ, য়েৎশন্নৈ, যানশন্নৈ।
অমা তরা চামা লীশীং লখা হাপ্তোক্নৈ
দাবী ময়ামগী মহৈ মহৈ তকশিন্নবকপগী
লোইনাইদ্রবা লানফমদা।

নুপী—কনানা জয় ওইহৌবি ?
লম্বী—অশিবগী মবুক্তা শিগাদোবনা ফমহুনা লৈহৌই।
নুপী—(স্বর মপী) চযেৎনবগী মপৈ।
লম্বী—পুন্সিগী তঙাইফদনা 'চঙদবা যাদ্রবা'
অমসুং 'নাম্বোকপা য়াদ্রবা' হায়বসিগী
মৈশা লাংবদা নু-পান ওন্না খাঙলবগদবা মীওইবনি।

নুপী—পাকচাওববা মপৈসিবু কনবা পান্নবদি
মঙোন্দা হংবা তাই—

লম্বী—কনাদা ?
নুপী—ঐগী নিপাদা—লীলাইবহুদা।
(অকিবা মুাউভিক)
লম্বী—(কিনা) ওসি নঙ ঐগী থরায়বু মখোয়না
প্রলয়গী খুদম মাঙজোননা পীহুমা তনিকছল্লিবসি করিগীনো ?

নুপী—মশানা মশাবু য়ৈখায়ব। ভমদ্রব
লানবল মনুংদা লৈবে খঙ্গবদগীনি।
কাং-খোং চাইরবা মপৈসিনা ঐখোয়বু হৈনিংদবা পোকহল্লে
ঐখোয়গী থরায়ন পঙথহল্লে
পঙথহনবদগী পঙলে ঐখোয অনীমক।

লম্বী—অপঙবী।

নুপী—অপঙবা।
(মিকুপ খবগী মতুংদা ফী নাল্লা শেৎপা চীং লেম্লবা ভদ্রলোক
অম লাকই, খুদা ঘড়ী যেত্তুনা।)

ভদ্রলোক—খুরুমজবি মরুপশি
বস লাক্কদবা কয়াম রাৎলিবগে ?

নুপী, লম্বী—বস ষ্টোপসিদা মী কযা লাক্লম্মী
ভাইহাক ভাইহাক ভাইরম্মী, অতুগা চৎখি।
ভাইদা ভাইবীয়ু বস শোয়দনা লাক্কনি।

লম্বী—কদায় য়ৌবীগদবনো ?

ভদ্র—সহরদা।

লম্বী—ঐ মফমত্তুদগী লাকচবনি
ঈরাং ওম্মোক্লা কলহৌবি
শরাগী মিতমশিংগী লীলা
ঈগী ভুরেল খোঙমুংদা।

ভদ্র—করি ?

লখী—প্রলয়নি প্রলয় ।

ডাররিনগী মচা মগুশিংগী মবক্তা মখোয় মশেল লাল শোরুবে,

ফীভম ফৎচিল্লক্তে । য়াম্না শাথিবে ।

(নুপীচুদা) কমদৌনি ঐখোয়

মফমসিদস্থু লানগী মৈবী হুম্লরুবদি ?

নুপী—মহুদি শোয়দবনি । (হাকাম চল্লি । )

পুন্সিসে হৈনিংদ্রে তল্লে, মরুপ তুম্মগে ।

হকচাং লংচাকসি পাঙনদেমগা লোয়ননা

কৈদৌঙৈ হুনখিনি খঙদ্রে ঐ

তন্দে-মান্দে ঙায়বগে । (বেঙ্গতা ঙাথৈ । )

লখী—( হৈনিংদনা ) উপাই লৈতে

মতমগী বোমগী মৈনা কনানা শৎকনি ?

থরায়সে নীরুা নীরুা

থম্মানা ঙামথবা ঙাইবা তাই । (নুংশামপী । )

ভদ্র—করি ? পুন্সিবু কবি হায়বা ?

অহিং নোংয়াইগী মী তাকপ্রবা কৈথেলনি হাযনু

উচান মৈরা চম্মগা চেঙ-হরায় থুল্লুচো

নোংথাং অমুক কূপ্লকপদা পৈশা তাবা উনি

লৈতানগী য়ুমসে তুনিংবা মতমদা তুথিবা য়াই

লৈতেংবদি লেপকনু অনৌ অনৌবা লৈতেংগী পোৎলম্মা ।

নুপী—অকিবা ফংলবা পোলোই অমগী মাঙজৌননা উৎলকপা থূদম্মা

মোংকমগী লখীয়োমদা চিংলরুবদা

কৈদনো পোথাদৌবিবা মরূপ ?

নুপী অমসুং লম্বী - (পূম্না) শিবা ডাইজবি ঐখোয়
তল্লে তল্লে হিংবা তল্লে।

ভদ্র—(নোকই) হা হা হা শিবা ?
নুমিৎনা তাথ্রগা মম্বা।
অমম্বগী পান্দমদা কবি পাখোং ফোঙ্গদৌবিবা ?
শাথিনা ভাওবগী রানি'
উপাই লৈবি. ঐখোয় অহুম্মক চৎসি সহবদা।
অশোক অনা লাযকন্নবা অপূনবা কাংবু অমত্তুং শেমহুনা
অশোকপশিংগী সেবা তৌরুসি।

নুপী—সেবা তৌরুবা। লাইয়েংহুনা হিংহনবা ?

ভদ্র—মহুনি। মহুবু মী—ওইবা কৌই।

নুপী—কনানা কনাবু য়েংনদনা, মী মশানা
মী ওইবা তোকচরগে হায়রবসিদা
করিগী সেবা ? দরকাব লৈতে।

ভদ্র—নখোয় অনীস্থু মী ওইবা তোক্লীংলে, নত্রা ?

অনীমক—উম।

ভদ্র—আঃ! ঐখোয় মীওইবগী দশাদি মী ওইবা লেপথিবা অসিনি।
ঐখোয় মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী মগুণ মাঙথরকপগী খুদোং-
থীবগী চৈরক্তা হিংলি।
অহুবু মক্লপশা! চাবি লৈথত্তনা হিংখো।

নঙস্থু ঐস্থু বস-ষ্টোপসিদা বস ঙাইরিবনি
লাকদ্রা লাকওইদ্রা, ওইগদ্রা ওইবোইদ্রা
মসিদা হিংনবা ঙাক্সি। চৎলুসি কৈদোগে
ঐগী মরূপ কয়ামকম সহরদা লৈহৌই
ঐ মখোয় য়েংবা চৎকদোবিবনি গুলি মবক্তা।
(মতাংসিদা টুপী উপ্পা, মচুগী অনোক উপ্পা নিপা অমা দাউন বাইক্তগী চঙলকই।)

নিপা—( ভদ্রলোক্তুদা ) খুরুমজবি।
সহরদগী পাউ অমা চেন্নকই অদোমগী মী অমন।

ভদ্র—কবি পাউনো?

নিপা—অবোনবনি, স্বায়দা চথোকপীবকউ।

ভদ্র—হোয় য়াম ফনি।

(ভদ্রলোক অদুগা লোয়ননা দাউন বাইট লোমদা চথোকই খঙহৌদনা নিপাহুনা ভদ্রলোক্তুদা থাঙনা থীল্লি। ভদ্রলোক্তু অরাবা খোল্লাউ অমা লাউরম্লগা লৈমায়দা তুথখে। নিপা অহুনা ভদ্রলোক্কী থবাক্কী ফুরিৎখাওদগী খাওমচা অমা লোথোরকই। মহুদা য়াওবস্বা নোটশিংহু মশীং থিবগা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। অদুগা থাঙ অহু শক্তোক্লগা চৎখি। তৌরিবা খিবিক অসি নুপীহুগা লম্বীচৎপগদি মাগী মাগী ফম্ফমদগী লেঙদনা তিঙক তিঙক য়েংহুনা লৈনৈ।)

নুপী—নমাঙমক্তুদা মী অমা থাঙনা থিল্লবদা
তেংবাংবিয়ু হায়না করিগী লাউক্রিবনো?

লম্বী—মীহাৎপা ওদুন ঐগোন্দা ওনশিন্দুনা থাওনা অমুক খিল্লম্নবদি ?

নুপী—ঐখোয় অনী শুবিবনি
লাকচহনখিবসি চুমদে।

লম্বী—নওগী নয়ুমগী শুমাংমক্তদ
মী অমা হাত্তোক্নুনা থনম্লে, চৎলে।
হৌজিকফাও পুলিশতা তাকউদ্রিবা করিগীনো ?

নুপী—ঐখোয় অনী চৎমিন্নকসি পুলিশত।

লম্বী—নত্তে নত্তে, হয়ে সাক্ষী ওইনা
কোর্ট কাবা ওম্মাই ঐ।

নুপী—অদুদি ঐস্যু সাক্ষী ওইনা কেশ অসিদা চেন্নবা পামদে
( চাইহাক্কং তুমিন লৈনৈ। )
তোয়দা অশিবসি শিজবসনু
নও ঐগী থৌ করিমত্তা লৈতে। তোকথোক্লসি
কনাদস্যু তাক্লগুমসি। করি হায়বগে ?
ইশাবু অমদি ঐগী মরী-মতাবু শোক্ত্রবদি
মী হাৎন-শুনবসিস্যু নুংঙাইরবা কুম্মনি।

লম্বী—রাখলদু য়াম্না ফৈ। খঙদে হায়বগা লোইরে
নও ঐগী থৌ করিমত্তা লৈতে।
(চঙশিন্দুনা অশোকপত্থ মুম্না য়েংই।)
শিববা জাৎনি মাসি।

নুপী—( চঙশিল্লক্নুনা য়েংই। ) শিনিং শিজসনু। অশিবা মশাসি

লংজা কাকী চীঙাক ওইজখিনি (মুন্না য়েংলুরগা)
শিরব্রনে ? শিদ্রিমাল্লেদা।

লম্বী—শিরবা জাৎনি।

নুপী—চাউখোক্লা হায়গে মসি শিদ্রি।

লম্বী—শিরে।

নুপী—শিদ্রি।

লম্বী—শিবে হায়মী।

নুপী—শিদ্রি হাযমী।

লম্বী—লুপা ১০ থাবে নিপাসি শিবে।

নুপী—লুপা ২০ না চাবে নিপাসি শিদ্রি।
(পৈশা পুথোরে, লুপা ৩০ দু অশোকপগী মথক্তা থমই।

লম্বী—ক্ষবে, যনা নুংঙাইবা খূৎশান্না অমা ওইরনি।
শিব্রা শিদব্রা য়েংনদুনা হৈনীদ্রবা
বস ঙাইবগী মতমসি লেনবা তাই।

নুপী—কৈ মদু কৈ, মিনিট মঙাগী মতুংদা
শিব্রা শিদব্রা মশা মশা পায়বগা য়েংনসি।
(ভনীমক ঘড়ী য়েংনদুনা মতম ঙাইনদুনা লৈ। ঙাইহাকী
মতুংদা ভদ্রলোক্তু নাহেরকই।)
য়াম্না ক্ষবে, ঐনা ঙম্লে। (পৈশা লৌই।)

লম্বী—ঙমজরো, অদুবু মিনিট মঙাগী মতুংদা
শব্দ মপুনসিদগী থরায়দু মপান থোকখ্রনি।

নুপী—নত্তে নত্তে, ঙসি নোংমা নিনি ক্ষাও মসি শিখিরোই, নুপা
১০ থাবে।

লম্বী—২০ না চারে।

ভদ্র—আহ! খনাও অসি গ্রক গ্রক কংলে,
ঈশিং য়াউম অমত্তং, মরুপ! ঈশিং........

নুপী—হোয়! ঐ লৌকুগে (চৎকে তৌই।)

লম্বী—(খাম্মী) নত্তে মহু য়াদে, নঙনা ঈশিং পিথক্লবদি
মসি মিনিট মঙাদগী হেন্না পুন্সিখিনি
ঐগী পৈশা মাঙগনি।

নুপী—উম, মহু চুমই, করিমত্তা পীজবা য়াদ্রে।

ভদ্র—(রাবব। খোঞ্জেলদা) সভ্যতাবু হু চেলহল্লিবা
সমাজগী থনুংবু লৈকাং চুহল্লিবা,
মেছিন। মেছিন! হংগী মী।
কার্টুন। কার্টুন। কার্টুন মী।
রাখস্ল অহুবা? অহুরা
নঙগী লানঙম পজেং ক্ষীরাল?
**In the last days perilous times shall come**
**For men shall be lovers of their own selves.**
**(II Timothy 3: 1-5)**
নখোয় অনীনা মীওইবা তোক্লগে হায়বহু অসিরা?

লম্বী—হা হা হা! শিরমদাইগী চোইরোলনি।
বাইবলগী রাহৈ পরেংলা হায়গ্রিবদো?

হা হা! ব্রাইবলগী কোপী অমদগী
ব্রান্দি লীক্লি অমনা হেন্না মমল য়াম্মী।
( নুপীহুগা নোকমিন্নে )

ভদ্র—অর্থ য়াওদবা মমি থনমজবা, চোইজাইনরবা পুন্সি
অপওবা অমনা তম্বা য়ারী, থুনা মুৎচখিদবা খোইরু-থাউমৈ
নহাক মেছিনগী কমুংদা হাকাম চল্লি
অম্মুম পাথরকই—অম্মুম—
নোংমদি মিহুন পুমংলেপ লেপখিরোইদ্রা ?

নুপী—( মাইথোংদা অহোংবা অমা লাকই ) লম্বী চৎপা ?
ঐগী পৈশাসি লৌবো, অহুগা অহুগা ..
মসিবুদি ঐহাক কল্লগে—।
ডাক্তরখানাদা পুবগে—।

লম্বী—( পৈশা লৌহুনা ) ক্ষমা নঙনা পাম্ব তৌ।
( নুপীহুন অশোকপদু কোন্দুনা থাগে
তৌই। মচী লেঙবা ডমদে। )

ভদ্র—( অকিবা তুজুংবা মীনোক ) হা হা হ।
হে শ্রীওইববু নুংশিবীবা মী।
খোংলি গো-গো চীকপদি ডমদে।

নুপী—( লম্বী চৎপদা ) মরুপ। অমুক্তা তেংবাংবিয়ু
নঙ ঐ চঙহুনা রারবসিবু লায়েংশঙদা পুসি।

লম্বী—নঙ ঐগী অততাই নৎতে তোকখোক্লোদা
ডাইহাকী মনুংদা শোয়দনা শিজরনি।

ভদ্র—নঙগী অকোয়বগী ফিভমনা নঙবু শুমহৎলি
ডাকথোকই, য়োকখৎলি, কিহল্লি, মাঙহল্লি;
অদুবু থঙইরুনু মখোয়বু।
নঙগী রাখলগী চীরুবা কা মনুংদা
ফিরেপ অমা লৌরগা চোংথোরকউ থোরাং অমগা লোয়ননা।

লম্বী—শিরমদাইগী চোইরোলনি
হৌজিক নুমিৎসু তাশিল্লক্লে বসমু লাক্লে
ঐগী খুঙ্গ তান্না হল্লগে—কায়নরসি মরুপ
( চৎকে তৌই। )

নুপী—অমুক্ত চাইপে, ঐন হায়নি
অশোকপা মী অসি ইতোমতনা থাংবা ভমদ্রে
ঐগী য়ুম মনুংশিদা অমুক্ত থাংজিনমিন্নসি
অহিং চুপ্পা মাবু ইথনতা লায়কন্নজহৌগে।

লম্বী—ঐগী পুন্সিসিদা পোৎলুম পুবা হৈনদে
অদুবু নঙনা মাবু কনবা পান্নবদি
ঐ য়ুম য়ৌরুখিগে, হয়েং অয়ুক ঐ লাক্কে
মহু ফাওবদা শিরমদ্রবদি
কৈ মাবু লায়েংশঙদা পুসি
ঙসিগীদি কায়নরসি!
( অশোকপা অদুবু কান্নমহনা দাউন রাইত্তা থোকখি। )

নুপী—মরুপ! মরুপ! মরুপ!

লম্বী—( মপান্দগী ) হয়েং অয়ুক লাকে শোয়দনা।

নুপী—কনা কনা লৈবগে। কনা কনা লৈষগে। তেংবাংবীয়ু!

(উপায় লৈতনা নূংগী মর্ক্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈ। মশাদা রাথল অমা লাকই।)

উম, উপায় অমা ফংলে

ঐগী নিপাহুগা তান্নরুবা তাই

মহাক্তি মীনুংশি চাউবনি—মানা শোয়দনা কনগনি।

(হাথু হাথু ময়ুমদা চঙলকই অহুবু লীলা ইবহুদি লৈরমদরে।)

নিপা। নিপা। উম মহাক লৈবমদবে।

অহুদি কবি উপাই? (শাউনা) শিংগে শিঙ্জবসনু।

ঐগী অতভাইবা সিব

নুমিৎ তাগ্রিবৈদা সহব য়োহোদব য়াদে।

(চৎকে ভোই, অমুক লেপই।)

হুম, অহুবু অশোকপসি শিববদি

ঐগী নিপাসি অরাবা তানি

মথোঙ্গালদা মী শিরম্বগীদমক।

মহাক্না খঙজনবা চিঠি অমক্তং ইবীবমগে।

(চে অমদা কলম্না ই, মচীন্না হাম্নহুনা।)

লীলা ইবা। নওগী থোঙ্গান্দা মী অমা তুহুনা লৈরিবসি হুরানবা অমনা থাঙনা থিনবীরম্বনি।

নওন মাবু নুংশিবগা লাইকন্নহুনা হিংহন্নু।

অরাবা তানিংত্রগনা মী উদবা মফম অমদা হুন্দোকখো।

নহাক্কী নুপী

( চিঠিছু থনম্লগা থোরকই। )
মসি শোয়দনা শিরনি, অপুন্বা মনম ফাওরক্লে।
হৌজিকপু কবিগী মীনুংশিনো!
ঐগী ঐগী হান্না শোয়দ্রগা লোয়রে।
হুম, থেওখিনি—নুমিৎ তাদ্রিভৈদা—
( দাউন লেফটদা হাথু হাথু চৎখি। মাগী স্যুটকেশ অদুদি বেঞ্চ মথক্তা অদুম্মক হুন্দোক্লম্মী। মীকুপ খরগী মতুংদা অপ রাইট কোর্নরদগী লীলা ইবা চঙলকই। মাগী টেবলদা কাখৎলি। চিঠি অদু মুন্না পাই অদুগা হাথু হাথুনা অশোক-পনা তুরিবা নফম অদুদা লাকই। অশোকপদুবু মুন্না য়েংই। থাঙ্গৎকে লাকৈ, ঙমদে। )
লীলাইবা মী অনীতা শুরবদি মাবু ডাক্তর খানাদা পুবা ঙমগনি!
কনা কনা লৈবগে হেংবাংবীয়ু!
আশা লৈতে। করি উপাই লৈ।

ভদ্র— খঙহৌদনা লাউরকই ) নঙ চৎলো শয়োকশঙদা
চৎলো শায়োকশঙদা
মমৈ পানবা য়োংশিংগা লৈমিন্নরু
নঙ মীওইবা তোক্লে হায়বদাই?

লীলা—শাওবীগন্ন ঐ মীনি, ঐ মী ওইবা পাম্মী।

ভদ্র—নঙ কনানো?

লীলা—ঐ লীলা ইবনি।

ভদ্র—নুপী অদুদি? নিপা অদুদি?

লীলা—খঙদে, ঐনা লাকপদা কনামত্তা লৈরমদে।

ভদ্র—লীলা ইবা! নঙ মী ওইবা পাম্মী নত্রা?

লীলা—মানি ঐ মী ওইবা পাম্মী।

ভদ্র—(হোৌগৎলগা কম্বা) উম, য়োংগা নঙগা চাংদম্নবা য়াদে

নঙগী পাঙ্গল অমা লৈ।

নথম্ত্রা অতোপ্পা মকম অমদা চোংথোক্তুনা

থনুংদা নথম্ভগী ফিরেপ লৌবা ঙম্বগী।

কল্লবা বিলাতীমাটিগী লৈমায়সিগী মখাদা

তুমিন্না কমত্থনা লেক,

অয়িংবা শাফু অমগা লোযননা

লৈপাক্লৈগুম থিনগাইত্থনা ফাওগৎলরুবা।

লীলা—ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈবা মরুপতুনা হায়

তাইবংসি তশেংবা মাঙদা লৈবিবসিতনি,

মসিগী রাংমদা অতোপ্পা তাইব অমা লৈত্রবা।

ভদ্র—হৌজিমক্তি ঐ শিবোই।

কায়ববা থম্মোযগা নাহেত্থনা অস্তুম লৈখিনি।

অত্থুবু ঐ শিনিংলে,

তাইবংসি নত্তবা করিগুম্বা মকম অমদা হেক্তা য়ৌখিনবা।

লীলা—নহাক্না অস্তুম্না রানা খাঙত্থনা লৈবসে

ঐ য়েংবা ঙমদে, লায়েংশঙদা পুবা পাম্মী

অত্থুবু ইথম্তনা ঙমদ্রে, অপূনবা লীচিং চঙই।

ঐগী নুপীত্থস্থু ঐবু থাদোক্কুন্না চৎলে

মাদি মশাগীতা খল্লি।

আহঃ ঐগা লেপমিন্ননবা মী অনম্ব্রা লৈতেদা।

ভদ্র—ঈশ্ববস্থু পণ্ডদে, লোশিং পূন্নমক মণ্ডোম্দা লৈ।

শ-ঙাস্থু পণ্ডদে, মখোযদা খন্ননব পাঙ্গল লৈতে।

পণ্ডলিবদি নখোযনি—খনবা ঙম্ন ওম্ন খন্দবা,

শাম্বাকশঙদা লৈবা যাবনি শাম্বাকশঙদা

অদুগা লীল ইবা।

লীলা—কবি গাম্বীবগে?

ভদ্র—মতম অসি কযাম থেঙখবে?

লীল—নুমিৎ তাখবে—

ভদ্র—নুমিৎতি লেঙদবনি, নুমিৎ তাবা নত্তে

নোংখোঙ-পাবেং রাংখৎলক্তুনা খনজিনখিবনি

অদুগুম্বা শাখল মতাদুনা

কয়মা অচুম্বা থিগনি?

লীলা ইবা। সহয়বোমদা যেংঙু—কমদোই?

লানগী মৈবী মুৎথ্রববা?

লীলা—(খুনিংকাংনা অথাম্লদা ওইথংবা বিঙলোমদা য়েংলগা)

অরাংবা চেক্কী যুমদোনশিংদগী

তগুপ তরেং ঙাল্লি থোঙনাও মমিৎ চাম্মনা।

অতিয়া খেৎনা বাংলবা দলালশিংসিগী মখাদা

পুন্নবা নমথিরবা মপৈ অমা

খো খো নাখোক্তুনা তূমলি। অদুগা খয়না

ওমব খাযামগী তংইনবশিং লীক্লী অমদি উনশাগী
হবাও ভযামদা লুপলি।

ভদ্র—নুংগী সহব, বিলাতীমাটিগী সভ্যতা
কালেন লৌবুক্কী অকবা চকখোক!
অকংবা কোক্কী অকংবা পাখল।
পুম্নমক চোইজাইনবা মমি ঙাক্তনি
ইতিহাসকী ঈবৈদা অরেপ্পা কাউশিং কাউবা।
অদুবু লীলাইবা হাযযু।
ডাবরিনগী কাংবুসিগী
কৈদৌইঙৈ মমৈ তৎখি খঙবগা?

লীলা—ঐ কবিমত্তা খঙদে, অদুবু মমৈদি তৎখরে।

ভদ্র—নঙনা লেবোরেটরিদা থাঙনা লেপ্লিবা
বাইয়োলোজিগী মপেশিংদা
মশাগী পুন্সিবু মশানা শেঙ্গদে,
হংগী লাইগুম লেঙজবতনি,
মশাগী মতীং য়াওজদে।
অদুবু নঙদি নমৈ তৎখিবা নুমিত্তগী
নশাবু নশানা কনবা ঙমগ্রবনি।

লীলা—(রাখল অমা লাকপা) ঐ খঙলে ঐ নঙবু কনবা ঙম্লগনি।

ভদ্র—করিনো খঙলিবহু?

লীলা—উপাই অমা লৈরে—
নঙবু কনবা ঙম্লগনি

ঐগী ঐগীতা খল্লুরে
ঐ নত্তবা "অতোপ্পা" অমহু কাউথোকল্লুরে
মঙোন্দা হংলগা খঙগনি—নঙবু কন্ননবা লম্বীহু।

ভদ্র—খঙলে হায়গনু Homo Sapiens নত্তে নঙ
খঙগদবা মখৈস্তু খঙদে, খঙগদবা করিনোম্নু খঙদে
নঙদি খঙগন্দবা খঙ্গাওনবনি।
য়েংঙোই অতোপ্পহু উনরু, মাগা খৎনো
অহুগা সন্ধি তৌ, অহুগা লানফমদৈ হল্লকউ মায়পাক্লা।

লীলা - মহু ঙমগদ্রা ঐবু!

ভদ্র—করিগী ঙমলোই?
মীওইবগী মতীক-মঙান্দি লেমনা পীবীরক্তে
মহু মশা মশানা তৌজগদবনি।
চৎলো থুনা নঙগী মরুপ "অতোপ্পা" হুদা হংলু
মানা তাক্লকনি ঐবু কন্নবা উপাইহু।

লীলা—করে চৎলগে, ঙসি নঙবু কন্নবা হোৎনগে
অহুবু রাক্ষম অমদি
নঙবু লাইয়েংশঙ তাম্না ইথন্না পুবা ঙমদ্রে
অতৈগী মতেঙ পাম্মী, অহুবু মখোয়না য়াদে।

ভদ্র—অতৈ অয়েম্বশিংহু অচঙবা থরায় ওইহল্লু।

লীলা—ঐবু মহুগী পাঙ্গল লৈগদ্রা? করে হোৎনগে।
(মশা খীংই, চৎকে তৌই।)

ভদ্র—ঙাইখো হাখিগন্
থবক্তুগীদমক খুদুম—তাশিন্দ্রিবৈদ্রা
চেৎনা শো লোল্লিবা নকোক্কী কাচিন্দা
ঙাইহাক্তুং ফমদুনা লৈরুখো
অদুগা থোরকউ, থোদাং অমগা লোইমনা।

লীলা—উম মাদুনা চৃপ্বা তাই

ভদ্র—লীলা ইবা! ঐবু লায়েংশঙদা পুবো
ঐ য়াম্না রাবে, আহ! আহ! (রাম্ভুখি, লীলা ইবন নুংশা
থীনা চঙশিন্দুনা য়েই।)

লীলা—ইস। মিতুন লৈত্রবগুম তোরে
মশাপুম্বা পাঙথরে, নমথিবা মনম ফাওবক্লে।
(মতাংসিদা নুপীদু দাউন লেফ্টতগী চঙলকই।)

নুপী—অশোকপা নিপাড় শিরবরা?

লীলা—এঃ নঙ লাক্লে, ফরে। নিপাসি শিদ্রি
ইতোমতনা ঙমদ্রে, নঙ ঐ চঙদুনা অশোকপসি
লায়েংশঙদা অমুক্তা পুসি।

নুপী—ঐ ঙম্মোই, ঐদি ঐগী স্যুটকেশসি কাউরমদুনা
অমুক লোগে লাকপনি।
শিগে শিজসনু, নঙ ঐগী থৌ করি লৈ?
অশিবা হকচাংদু পুদুনা চৎলিবৈদা
পুলিসনা ফারবদি? মদু ঐ ঙম্মোই।
(স্যুটকেস পুরদুনা থুনা চৎখি।)

লীলা—( কপই ) ঈশ্বর ! নঙগী খুৎশেমদা অশোয়বা
কয়া য়াওরে !
করিগী নঙনা হিটলর পোকহন্দুনা
ইহুদী মিলিয়ন তরুক্কী থরাই লৌহল্লি ?
মীগীতা খনবদা পুন্সিগী চহী কয়া হৌখরে
চুরুপ মচৈ কয়া থকখববা ঐরো ?
থাউ লিটব কয়া চাগ্রবা পুন্সি মেচ্ছিল্লি ?
ঐনা থম্মোয় কায়না লাউজবা
কনানম্ভ তাবিদ্রে—
ঐ লীলা ইবরোই লীলা ইবা তম্লে—
চৎলগে ঐ—( খোঙ খা চোবকপদা )

ভদ্র হা হা ? উঃ উঃ ( নোকপা কপ্পা য়ামনা )
কান্দবদা মঙগী রাখল লীশাং থারে
হু চেল্লবা পাখলদ !
কবি ? চৎলগে হায়বা ? নংগী সহরদা ?
আখা যাওদবা বিলাতিমাটিগী সভাপা
শাখোবা য়াওদন পাইবা
থৌবি শান্নবগী খুহুম মথাদা
মসিগীদমক্তরা নঙনা য়ারিবদি ?

লীলা—খুন্নমক পায়শিনবা য়াদবা মমি ভাক্কনি
মিকুপ অমদা অশাবা নুংশাস্বর অমনা
চুরুপকী তাম্বী ওইহনখিগদবা :

কায়রবা ঐগী থম্মোয়গী তেংথারোল
কনানস্থ খোয়জংনা তাবিদ্রে
মিৎনা উরিবা হৈনিংদ্রবা থোদোকশিংসে
রাকৎচবস্থ অরেম্বা তারে
মঙ মযামগী করুক্ফম তেল্লবা থুববা লমজংসিদা
অমুক হন্না লাকচববোই
ঐ লীলা ইররোই—চসি বস-ষ্টোপসিদা
ঐগী লীলাগী অর্থ লৈতে।
( মথুন্দা পায়বন্দা লীলাগী বোই অন্ত মচেৎ মচেৎ শেগায়। )

ভদ্র চাইপ্পো নিপা কাউবরা ?

লীলা ( শাউনা ) বা অমুক চাংলগনু !
খল্লম্মী শঙবু কনাগা হায়না
উপায় লৈতে হৌজিমতনি, অহুনা চৎপা তারে ঐ
মতম কুইদব মঙগী যাকাবু বস-ষ্টোপসিদা
অমুক হন্না লাকচববোই, খাইনবসি !
( থুনা চৎখি। )

ভদ্র—( রাববা খোল্লাদা ) আহ ! আহ !
ঐ শোয়দনা শিবা তারে
অহুবু ঐ কৈদোউঙ শিদৌরি
কৈদোউঙ শিদৌরি ?
কৈদোউঙ ?.....?.....?.....



---